# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা ( খণ্ড নিপালশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজগোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল যাওবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## আদি লীলা (খণ্ড নিপালগুবা)

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

(তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈমরোল য়াওবা)

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস ইউনিওন প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা।
অমসুং শীতলজিৎ-না কোঙবা।

ফংফম— ১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস ইম্ফাল।
(২) শীতলজিৎ সিংহ, বৈশামথোং,
তোপ লৈরক, ইম্ফাল

ইং কুমজা ১৯৯২

সন্ধ পুথা [illegible] ]    মমল লুপা [illegible]

# আদি লীলা

## তরামাথোইশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

নিত্যানন্দপদাম্ভোজভৃঙ্গান্ প্রেমমধূন্মদান ।

নত্বাখিলান তেষু মুখ্যা লিখ্যন্তে কতিচিন্ময়া ।। ১ ।।

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ — শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী, পদ — খোঙ, অম্ভোজ — থম্বালগী, ভৃঙ্গান্ — খোইমুশিংবু, প্রেম মধু-উন্মদান্ — প্রেম কৌবা খোইহীনা ঙাওরবা, নত্বা — খুরুমজদুনা, অখিলান্ পুম্নমকপু, তেষু — মখোয়গী মরক্তা, মুখ্যাঃ — মকোক ওইবশিংদু, লিখ্যন্তে ইজরি, কতিচিৎ — মী খরদং, ময়া — ঐহাক্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী খোঙ-থম্বালগী প্রেম-কৌবা খোইহী থকপদা ময়াই-কারবা খোইমুশিং পুম্নবু খুরুমজদুনা মখোয়গী মরক্তা মকোক মকোক ওইবা মী খরদংগী মশক তাক্কুনা ইজরি ।

### মুল ২

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় নিত্যানন্দ ধন্য ।। ২ ।।

### শব্দার্থ

জয় জয় খুরুমজরি খুরুমজরি, মহাপ্রভু — মহাপ্রভু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য — শ্রীগৌরাঙ্গ, জয় খুরুমজরি; অদ্বৈত — শ্রীঅদ্বৈত প্রভুবু, জয় — খুরুমজরি, নিত্যানন্দ ধন্য — থাগৎনঙাই-ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজরি, শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুবু খুরুমজরি, অদুগা থাগৎনঙাই ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুবু খুরুমজে ।

## নৈনরোল

করি করিগুম্বা লাইরীক্তা পয়ারসিগী মহুত্তা অসিগুম্বা পাঠ য়াওরিঃ--
"জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য। তাঁহার চরণাশ্রিত যেই সেই ধন্য॥
জয় জয় শ্রীঅদ্বৈত জয় নিত্যানন্দ জয় জয় মহাপ্রভুর সর্ব্বভক্তবৃন্দ।"

## মূল ৩

তস্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যস্য প্রেমামরশাখিনঃ।
ঊর্দ্ধস্কন্ধাবধূতেন্দোঃ শাখারূপান গণান্ নুমঃ॥ ৩॥

## শব্দার্থ

তস্য—মহু, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসৎপ্রেম-অমর-শাখিন—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মহুক ওইবা সৎ-কল্প-পাম্পী, ঊর্দ্ধ অৱাঙবা, স্কন্ধ—অচৌবা উশাগী মশক ওইবা, অবধূত ইন্দো—অবধূত-থাজগী হাযবদি শ্রীনিত্যানন্দগী মশক ওইবা থাজগী শাখারূপান মশা-মরেং ওইবা, গণান—তুংইনবা ভক্ত-শিংবু, নুমঃ—খুরুমজৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইবা প্রেমগী কল্প-পামেলগী অৱাঙবা স্কন্ধ ওইবা অবধূত হাযবদি শ্রীনিত্যানন্দ থাজগী গণশিংবু (তুংইন্বা ভক্তশিংবু) ঐখোযনা খুরমজৈ।

## নৈনরোল

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী পরিকরশিংগী শক তাকপা হৌগদোবগী মমাঙদা মখোয়গী কৃপা নিজদুন মখোয়বু গ্রন্থকারনা খুরুমজরি।

## মূল ৪

শ্রীনিত্যানন্দ বৃক্ষের স্কন্ধ গুরুতর।
তাহাতে জন্মিল শাখা-প্রশাখা বিস্তর॥ ৪॥

## শব্দার্থ

শ্রীনিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ কৌবা, বৃক্ষের—পামেলগী, স্কন্ধ—অচৌবা মাশা, গুরুতর—থোইনা থোইরিবা, তাহাতে—মহুদা, জন্মিল—পোকখি, শাখা-প্রশাখা—মাশা মরেং, বিস্তর—ময়াম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দ কোৱা পামেলগী উশাদি য়াম্না থোইবা অমনী। উশাসিদা মাশা-মরেং যাম্না লোঁওথোকখি।

## তৈনবদ্রোল

শ্রীনিত্যানন্দদি শ্রীচৈতন্যগী মশক্ক-ওইবা পামেলগী হেন্না থোইরিবা মাশানী ( স্কন্ধনী )। পামেল মউদগী ( মূল স্কন্ধদগী ) স্কন্ধ-অনী থোকখি হায়না হায়খ্রে ( ৯/৯/১৯ ), মদুদ — শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত, স্কন্ধ অনীসি অতৈ মাশা—মরেং'শ গা চাংদম্নবদা খ্বাইদগী ওরু হায়বদি মকোল্লী। অনীসিগী মরক্তুস্য অমূক শ্রীনিত্যানন্দনা হেল্লী হায়দুনা গুরুতর ( হেন্না থোইবা ) হায়রিবনী। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনীগী স্বরূপ যে লগদি অনীমক ঈশ্বর-তত্ত্বনী। অদবু শ্রীনিত্যানন্দ ( সঙ্কর্ষণ ) অসিনা শ্রীঅদ্বৈতগী ( হায়বদি কারণার্ণবশায়ীগী ) অংশনী (থোবকফম্নী), মরমদুনা স্বরূপকী হায়রগাদি শ্রীঅদ্বৈতদগী শ্রীনিত্যানন্দনা হেল্লী। তাহাতে— মদুদা হায়বদি শ্রীনিত্যানন্দগী মশক্ক ওইবা উশাদা হায়বনী।

## মূল ৫

মালাকারের ইচ্ছাজলে বাড়ে শাখাগণ।

প্রেম-ফল-ফুল ভরি ছাইল ভুবন ॥ ৫ ॥

## শব্দার্থ

মালাকারের— মালীগী, মখমসিদা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী, ইচ্ছা জলে— অনীওবা কোৱা লাইজনা, বাড়ে - হুম হুম্ চাওখৎলা, শাখাগণ— মাশা-শিংনা, প্রেম-ফল-ফুল — প্রেমগী উহৈ উপাম্না, ভরি—থম্না, ছাইল— কুপ্পুনা শনখরে, ভুবন—জগৎ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মালাকারগী হায়বদি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী অনীওবা কোৱা লাইজ চাইবনা উশাশিংদু সুম্-সুম্ চাওখৎখি। কৃষ্ণ-প্রেম কোৱা উহৈ লৈপাম্না থম্না জগৎ পুম্নদা শনখি।

## তৈনবদ্রোল

শ্রীমন্মহাপ্রভুগী ইচ্ছানা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী শিষ্য অদুগা অনুশিষ্য

( শিষ্যগী শিষ্য )-শিংদো অসুম অসুম মশীঙ হেন্নংলকখি অদুগা শিষ্যানু-শিষ্যশিংনা কৃষ্ণপ্রেমদা ময়াই কারদুনা পাপী চণ্ডাল পুম্নমকপু প্রেম-দান ফংননবা মতীক চাহন্‌খি।

## মুল ৬

অসংখ্য অনন্ত গণ—কে করু গণন।
আপনা শোধিতে কহি মুখ্য মুখ্য জন ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

অসংখ্য—শীঙলাক্‌-ঙম্‌দবা, অনন্ত—ঙমখৈ-লৈত্রবা, গণ—তুংইন্‌বা, আপনা—ইশাবু, শোধিতে—শেংদোক্নবা, কহি হায়গে, মুখ্য মুখ্য—মরু মরু ওইবা, জন—মীশিংদো।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী ) গণ-দো শীঙলাকপা ঙম্নডাই নত্তে অদুগা ঙমখৈ-লাইদবনী। অদুবু ঐহাক ইশাবু শেংদোক্নবা মরু মরু ওইবা মী খরদং হায়জগে।

## মুল ৭

শ্রীবীরভদ্র-গোসাঞি স্কন্ধ-মহাশাখা।
তাঁর উপশাখা যত—অসংখ্য তার লেখা ॥ ৭ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি—শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুগী মচানুপা অহল, স্কন্ধ-মহাশাখা—( শ্রীনিত্যানন্দগী মশক ওইবা ) স্কন্ধগী অচৌবা শাখা, তাঁর—মহাক্কী ( শ্রীবীরভদ্রগী ), উপশাখা—শাখাদগী লোঙথোরকপা মাশা, যত—লৈবক্না পুম্নদো, অসংখ্য—শীঙলাক-ঙম্নডাই নত্তে, তার—মখোয়-দুগী, লেখা—ইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবীরভদ্র গোসাঞি শ্রীমন্ নিত্যানন্দপ্রভুগী মশক ওইবা স্কন্ধগী অচৌবা শাখানী ( মাশানী )। মহাক্কী শিষ্যগী মশক ওইবা উশা মচাশিং লৈরক্না থিবিক্কো ইদুনা মশীঙ লাকপা ঙম্বা নত্তে।

## নৈনরোল

শ্রীবীরভদ্র-গোসাঞি স্কন্ধমহাশাখানী হায়বগী অর্থসি অমরোমদসু পুবা য়াই। মতুদি—স্কন্ধগা মান্নবা শাখা; শাখা ওইরবসু য়াম্না চাউবা শাখা ওইবনা স্কন্ধগা মান্নবা জাৎ হায়বসু য়াই। শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনীসে ঈশ্বরতত্ত্ব ওইবা মরম্না মখোয়নীবু স্কন্ধনী হায়খিবনী। শ্রীবীরভদ্র প্রভুসু ঈশ্বরতত্ত্বনী, মরমতুনা মহাক্তু ভক্তিকল্প বৃক্ষগী স্কন্ধগী মতৌগুম্না শক্তি-লৈবনী, অতুনা মহাকপু স্কন্ধনী হায়বসু ময়াই। অদুম ওইনমক, স্কন্ধ ওইবা শ্রীনিত্যানন্দদগী মহাক থোরকপনী হায়তুনা মহাকপু গ্রন্থকারনা স্কন্ধ অমনী হায়দতুনা শাখানী হায়বা ৎইরম্বা য়াই। অতুগা মহাকসে স্কন্ধগী মশক ওইনা লৌবা য়াবনী হায়বতু ফোঙদোক্লবগীদমক মহাকপু স্কন্ধ-মহাশাখা হায়না হায়রিবনী।

ঝামটপুরগী গ্রন্থদা স্কন্ধ-মহাশাখাগী মহূত্তা স্কন্ধ-সমশাখা হায়না ইরি। মসিগী অর্থ দি—মহাক স্কন্ধ-দগী থোরকপা ওইৎনা শাখাগী মশক ওইরবসু স্কন্ধগুম্না শক্তিশালী ওই হায়বনী।

## মূল ৮

ঈশ্বর হইযা কহায় মহাভাগবত।
বেদধর্ম্মাতীত হৈযা বেদধর্ম্মে রত ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

ঈশ্বর—ঈশ্বর [ পযোব্ধিশাযী নারায়ণসি সঙ্কর্ষণগী ব্যূহ (হায়বদি অংশগী অংশ হায়বদি কলা) অমনী। পয়োব্ধিশাযী অসিনা শ্রীবীরভদ্র ওইনা অবতার তৌরকপনী।], হইয়া—ওইরগা, কহায়—কৌহল্লী, মহাভাগবত—মহাভক্ত, বেদধর্ম্মাতীত—বেদধর্ম্মগী বাংমদা লৈব; হৈয়া—ওইরগা, বেদধর্ম্মে—বেদধর্ম্মদা; রত—লুপ্পা (ওই)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বর ওইরগা মহাবু মহাভক্তনী হায়হল্লী। বেদধর্ম্মগী ৱাংমদা লৈরগা বেদধর্ম্ম কম্না চৎলী।

## নৈনরোল

পয়োব্ধিশায়ী নারায়ণ সঙ্কর্ষণগী ব্যূহ হায়রদি অংশ-কলা অমনী। পয়োব্ধিশায়ীসিমক্তা শ্রীবীরভদ্র ৎইনা অবতার তৌরকপনী, মহাক

শ্রীচৈতন্যগা থেন্নদবা বিগ্রহনী। ময়মতুন্না মহাক ঈশ্বরতত্বনী। ঈশ্বর ওইরবসু মাগী আচরণ উরগা মীনা মাবু মহাভাগবত্ত ( ভক্ত ) অমনী হায়নৈ। মাগী ঈশ্বর ওইবগী মতৌদো করিগুম্বা তৌথোরকপা মতমদা করিম্মতা উত্তে। মহাক স্বরূপকী যেংলগদি ঈশ্বর ওইবনিনা বেদধর্ম্মগী ব্রাংমদা লৈকম থোকপনী ; অত্তুম ওইনমক মহাক বেদধর্ম্ম ভাক্তুনা চৎলী। বেদধর্ম্ম হায়বদি বেদ-না তৌ নত্রপা তৌসু হায়বা থবক অত্থবুনী।

## মূল ৯

অন্তরে ঈশ্বরচেষ্টা বাহিরে নির্দ্দম্ভ।

চৈতন্যভক্তিমণ্ডপে তেঁহো মূলস্তম্ভ ।৯॥

### শব্দার্থ

অন্তরে—মনুওদা , ঈশ্বরচেষ্টা—ঈশ্বরগী থৌদৌ , বাহিরে—মপান্থোংদনা , নির্দ্দম্ভ—নোলূকপা , চৈতন্যভক্তি—শ্রীচৈতন্যনা শন্দোক্লম্বা ভক্তিগী , মণ্ডপে—মাণ্ডপ্তা , তেঁহো—মহাক , মূল—মরু ওইবা , স্তম্ভ—যুম্বী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবীরভদ্রগী মনুংদনা ঈশ্বরগী থৌদৌনী অত্থগা মপান্থোংদনা মহাক নোলূকয়ি। মহাক শ্রীচৈতন্যনা শন্দোক্লম্বা ভক্তিগী মণ্ডপ-যুম্বী মরু ওইবা অমনী।

### টৈনবোল

শ্রীবীরভদ্রতু ভক্তভাব লৌবনা মপান্থোংদা তোম্না-নোম্না চৎলবসু মনুংদদি ঈশ্বরগী ওইবা শক্তি চেল্লম্মী। শক্তিসি লৈবন মহাক্না শ্রীমনমহাপ্রভুগী ভক্তি-মণ্ডপকী মূলস্তম্ভ ( মরুওইবা যুম্বী ) ওইরম্মী, হায়বদি জগৎতা মহাপ্রভুনা শন্দোক্লম্বা ভক্তিতু লেঙদনা লৈহন্নবা তৌবদা বীরভদ্রনা সহায় মকোক অমা ওইথি।

## মূল ১০

অদ্যাপি যাঁহার কৃপা-মহিমা হইতে।

চৈতন্য-নিত্যানন্দ গায় সকল জগতে ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

অদ্য-অপি—ঙসিফাওরা ; যাঁহার—মহাকী ( শ্রীবীরভদ্রগী ) ,

কৃপা-মহিমা—থৌজালগী মতীক ময়াই, হইতে—দগী ; চৈতন্য-নিত্যানন্দ—শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দবু, যায়—শকশোল্লী, সকল জগতে—জগৎ পুম্নমক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ওসি ফাওবা শ্রীবীরভদ্রগী থৌজালগী মতীক-ময়াইদগী জগৎ পুম্বনা শ্রীচৈতন্য অমসুং শ্রীনিত্যানন্দ অনীবু শক-শোল্লি।

## মুল ১১

সেই বীরভদ্র গোসাঞির লইনু শরণ।
যাঁহার প্রসাদে হয় অভীষ্ট পূরণ ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

সেই-মহু, বীবভদ্র গোসাঞির-বীরভদ্রগোস্বামীগী ; লইনু—লৌজরে, শরণ চঙজবা, যাঁহার—মহাক্কী, প্রসাদে—চান্‌বিবনা, হয়—ওই, অভীষ্ট-অনীঙবা, পূরণ—থুংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা চানবিরগা নীঙবা থুংগদবনীনা, বীরভদ্রগোস্বামী মহাক অদুমক্কী মফমদা চঙজরে।

## মুল ১২

শ্রীরামদাস আর গদাধরদাস।
চৈতন্য গোসাঞির ভক্ত, রহে তার পাশ ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীরামদাস—শ্রীরামদাস ; আর—অতুগা, গদাধরদাস—শ্রীগদাধরদাস, চৈতন্য গোসাঞির—শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী ; ভক্ত—ভক্ত, রহে—লৈ ; তার—মহাক্কী, পাশ—নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামদাসগা শ্রীগদাধরদাসগদি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী ভক্তনী, (অদুবু মখোযনী) মহাক্কী (শ্রীনিত্যানন্দগী) নাক্তা লৈরম্মী।

## মৈলনরোল

শ্রীরামদাসগা শ্রীগদাধরদাসগা অনীমক শ্রীচৈতন্যপ্রভুগী পার্ষদ ওইরবনু—শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী য়াথং মতুঙ ইন্না প্রেম-প্রচারগী-দমক নীলাচলদগী গৌড়দা লেঙলক্লম্বা মতমদা মহাপ্রভুগী য়াথং মতুঙ ইন্না মখোয়নীস্নু শ্রীনিত্যানন্দগা লোয়ননা গৌড়দা লাকখি। মতমতুদগী মখোয়-নীবু শ্রীনিত্যানন্দগী গণ মনুঙদা শীঙথাখি, মতৌস্নুন্না মহাপ্রভুগী গণ-দস্নু মখোয়নীশী মিং লৈ অতুগা নিত্যানন্দপ্রভুগী গণদস্নু মমিং লৈ। শ্রীমাধব ঘোষ অতুগা বাসুদেব ঘোষগী মিংস্নু মখোয়গীগুন্না গণ অনীমক্তা উবা ফংঙী।

## মূল ১৩

নিত্যানন্দে আজ্ঞা দিল যবে গৌড়ে যাইতে।
মহাপ্রভু এই দুই দিলা তাঁর সাথে ॥ ১৩ ॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দে—শ্রীনিত্যানন্দদা, আজ্ঞা—য়াথং, দিল—পীরম্মী, যবে—মতমতুদা; গৌড়ে—গৌড়দেশদা, যাইতে—চৎননবা, মহাপ্রভু—শ্রীমহাপ্রভুনা, এই দুই—অনীসীবু, দিলা—পীখি, তাঁর—মহাক্কা; সাথে—লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দবু গৌড়দা চৎনবগী য়াথং তাউথবা মতমদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা অনীসি ( শ্রীরামদাসগা শ্রীগদাধরদাসগা ) মহাক্কা লোয়নহনখি।

## মূল ১৪

অতএব দুই গণে দোঁহার গণন।
মাধব বাসুদেব ঘোষের এই বিবরণ ॥ ১৪ ॥

## শব্দার্থ

অতএব—মরমতুনা; দুই গণে—গণ-অনীমক্তা, দোঁহার—অনীবু, গণন—শীঙথাবা; মাধব-বাসুদেব ঘোষের—শ্রীমাধব ঘোষ অমসুং বাসুদেব ঘোষগী, এই—অসি, বিবরণ—য়ারোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমতুনা মখোয় অনীবু গণ অনীমক্তা চনুহন্‌বনী। শ্রীমাধব ঘোষ অমসুং বাসুদেব ঘোষগী ব্রাস্থ অসিনী।

### মূল ১৫

রামদাস মুখ্যশাখা সখ্যপ্রেমরাশি।

ষোলসাঙ্গের কাষ্ঠ যেই তুলি কৈল বাঁশী ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

রামদাস—শ্রীরামদাস, মুখ্যশাখা—শাখা মকোক, সখ্যপ্রেমরাশি—সখ্যপ্রেমগী মপৈনী, ষোল-সাঙ্গের—সাঙ্গ তরাতরক্কী হায়বদি মী কুন্থ্রানীথোই চঙনা পুগদবা উতুপ, যেই—মহাক্না, তুলি—থাঙ্গৎতুনা; কৈল বাঁশী—বাঁশী ওইহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামদাসদি মকুওইবা শাখানী অমুগা সখ্য-প্রেমগী মপৈনী। মহাক্না মী কুন্থ্রানীথোইনা থাঙ্গৎকদবা উতুপ অমবু থাঙ্গৎলগা বাঁশীনী হায়না হাযখি।

### মুল ১৬

গদাধরদাস গোপীভাবে পূর্ণানন্দ।

যাঁর ঘরে দানকেলি কৈল নিত্যানন্দ ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

গদাধরদাস—শ্রীগদাধরদাস, গোপীভাবে—গোপীগী ভাব-তা, পূর্ণানন্দ—মপুঙ ফানা নুংঙাইবা, যাঁর—মাগী, ঘরে—যুমদা, দানকেলি—দানকেলি লীলা, কৈল—তৌখি, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধরদাসদি গোপীভাব-তা চঙহুনা মপুঙফানা নুংঙাইরম্বা মীনী। মাগী যুমদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা দানখংলোলাদা ( জগোই ) শাখি।

### তৈনমরোল

ব্রজলীলাদা গদাধরদাসসি শ্রীরাধাগী বিভুতিস্বরূপা চন্দ্রকান্তি সখীনী, মরমতুনা মহাক নবদ্বীপলীলাদসু মতমপুম্বদা গোপী ভাবতা চঙহুনা লৈখি।

## মুল ১৭

শ্রীমাধব ঘোষ মুখ্য কীর্ত্তনীয়াগণে।

নিত্যানন্দ প্রভু নৃত্য করে যার গানে॥ ১৭॥

### শব্দার্থ

শ্রীমাধব ঘোষ—শ্রীমাধব ঘোষ, মুখ্য—মকোক ওইবা, কীর্ত্তনীয়াগণে—কীর্ত্তনীয়া ( কীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা ) শিংগী মরক্তা, নিত্যানন্দ প্রভু—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা, নৃত্য করে—জগোই শাই, যার—মাগী; গানে—ঈশৈদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমাধব ঘোষদি কীর্ত্তনীয়াশিংগী মরক্তা মকোক্নী। মানা ঈশৈ শকপদা শ্রীমন্নিত্যানন্দ প্রভুনা জগোই শাই।

## মুল ১৮

বাসুদেব গীতে করে প্রভুর বর্ণনে।

কাষ্ঠ-পাষাণ দ্রবে যাহার শ্রবণে॥ ১৮॥

### শব্দার্থ

বাসুদেব—শ্রীবাসুদেব ঘোষ, গীতে—ঈশৈনা, করে—তৌযি, প্রভুর—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী; বর্ণনে—ব্রা লীবা, কাষ্ঠ—উ, পাষাণ—নুঙ, দ্রবে—পেৎলী, শোদোকযি; যাহার—মহুগী, শ্রবণে—তাবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবাসুদেব ঘোষনা ঈশৈদা মহাপ্রভুগী লীলা বর্ণন তৌয়ি। মহু তাবদা ( শ্রবণ তৌবদা ) উ-নুঙ লোইনা পেৎলী।

### নৈনরোল

শ্রীবাসুদেব ঘোষ মহাশয়না মহাপ্রভুগী লীলানচিংবা বর্ণনা তৌছুনা ঈশৈ ( মহাজনীপদ ) লেংলম্মী।

## মুল ১৯

মুরারি চৈতন্যদাসের অলৌকিক লীলা।

ব্যাঘ্রগালে চড মারে, সর্পসনে খেলা॥ ১৯॥

### শব্দার্থ

মুরারি—শ্রীমুরারিগুপ্ত, ( শ্রীমুরারিগী অতেপ্পা মিং অমা চৈতন্যদাস কৌয়ি ), চৈতন্যদাসের—শ্রীমুরারিগী; অলৌকিক—মীওইবগী নত্তবা; লীলা থৌদৌ, ব্যাঘ্র—কৈ; গালে—খজাইদা, ( ব্যাঘ্রগালে—কৈগী খজাইদা ), চড় মারে—খুবাক্পা থাই, সর্প—লিল, সনে—লোয়ননা, খেলা—শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমুরারিগুপ্ত, চৈতন্যদাস হায়নস্নু কৌবা, ভক্তচুগী লীলাদি মীনা তৌনদবা অঙকপা ঙাক্লী। ( কৃষ্ণ প্রেমদা লুপ্পনা বাহ্য-জ্ঞান লৈতবদগী ) কৈগী মখজাইদা খুবাক্পা থাই অদুগা লিল্‌গস্নু লোযননা শান্নে।

### মুল ২০

নিত্যানন্দেব গণ যত—সব ব্রজের সখা।
শৃঙ্গ বেত্র গোপবেশ—শিরে শিখিপাখা॥ ২০॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী, গণ—পার্ষদশিং, যত—লৈরম্বা খিবিক, সব—পুম্নমক, ব্রজের—ব্রজগী সখা—মমান্নবা, শৃঙ্গ—শিঙা, বেত্র—চৈ, শাজৈ, গোপবেশ গোপগী ফিজেৎ, শিরে—কোক্তা, শিখি পাখা—ব্রাহোঙগী মাশা।।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দগী লৈরম্বা গণ পুম্না ব্রজগী সখা ঙাক্লী। ( চীন্দা ) শিঙা খোংঙী, খুত্তা শাজৈ পায় অদুগা গোপগী ফিজেৎ শেংলী। কোক্তনা ব্রাহোঙগী মতু থেংলী।

### লৈনথোক

শ্রীনিত্যানন্দগী পার্ষদশিংদি ব্রজলীলাদা ব্রজগী সখ্য-ভাব-পুবা শঞ্জেন্নহা ঙাক্তনী। নবদ্বীপ লীলাদস্মু মখোয়না শিঙা অমদি শাজৈ পায়হুনা অদুগা কোক্তা ব্রাহোঙগী মতু থেংতুনা ব্রজ-রাখালগী বেশ শেংলম্মী।

### মুল ২১

রঘুনাথবৈদ্যউপাধ্যায় মহাশয়।
যাঁহার দর্শনে কৃষ্ণপ্রেমভক্তি হয়॥ ২১॥

## শব্দার্থ

রঘুনাথবৈদ্য - রঘুনাথ বৈদ্য উপাধ্যায় মহাশয় —উপাধ্যায় মহাশয়, যাঁহার দর্শনে—মহাকপু উবদা, কৃষ্ণপ্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু নুংশিনা নীঙবা, হয় – ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরঘুনাথবৈদ্য উপাধ্যায়দি মহাশয়নী। মহাকপু উবদা কৃষ্ণদা প্রেমভক্তি পোকয়ি হায়রবদি কৃষ্ণবু নুংশিনা নীঙবা হৌযি।

## মূল ২২

সুন্দরানন্দ নিত্যানন্দের শাখা ভৃত্য মর্ম্ম।
যাঁর সঙ্গে নিত্যানন্দ করে ব্রজনর্ম্ম ॥ ২২ ॥

## শব্দার্থ

সুন্দরানন্দ—শ্রীসুন্দারানন্দ, নিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দগী, শাখা —শাখা; ভৃত্য—মনাই, মর্ম্ম—মনুংহঞ্জন্ন নুংশিবা, যাঁর সঙ্গে—মাগা লোয়ননা, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা, করে—তৌযি, ব্রজনর্ম্ম—ব্রজগী ভাব লৌতুনা করেমকথায়নবগা নোকমিন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসুন্দরানন্দ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শাখানী অদুগা মনুঙ হঞ্জন্না নুংশিবা মনাইনী। মহাক্কা লোয়ননা শ্রীনিত্যানন্দনা ব্রজগী ভাব লৌতুনা করেম-কথায়নরগা নোকৃমিন্নে।

## মূল ২৩

কমলাকর পিপ্পলাই অলৌকিকরীতি।
অলৌকিক প্রেম তাঁর ভুবনে বিদিত ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

কমলাকারপিপ্পলাই—শ্রীকমলাকর পিপ্পলাই, অলৌকিক রীতি—মী খাইগা মান্নদবা মতৌগীনী, অলৌকিক—খাইগা মান্নদবা, প্রেম—কৃষ্ণবু নুংশিবা; তাঁর—মহাক্কী, ভুবনে—জগত্তা, বিদিত - খঙনরবা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকমলাকর পিপ্পলাইগী রীতিদি মী খাইগীগা মান্নদে। মহাক্কী খাইগা মান্নদবা কৃষ্ণপ্রেম অদু জগৎনা খঙনরিবনী।

## নৈনরোল

কৃষ্ণপ্রেম পোক্লবদি মী লোইনমক্কী থম্মোই পেংলী, অযাম্বা মীগী পীরাংনচিংবা সাত্বিক বিকার মপান্-থোরকয়ি, অদুবু কনা কনাগুম্বা চীঙ-লেমগনবা ভক্তগী মীত্তুদি পীরাং চেন্থবা উদে। কমলাকর হায়বসি য়াম্মা চীঙ-লেম্বা ভক্ত অমনী, মাগী চিং অদু পেংলবস্ত মহাক্কী মীত্তা পিরাং শিন্থরমদে। মলমতুনা দৈনভাবতা মহাক্কা মছাবু থম্মোই য়াম্মা কনবা অমনী হায়না খল্লরম্মী। নুঙফাওববু মহীচেলহনঙম্বা হরিনাম শ্রবণ তৌবদা পুন্নমক্কী মীত্তা পিরাং চেন্থ অদুবু মাগী মীত্তি অসুম কংতুনা লৈ হায়তুনা,—নুঙগা মান্নরবা মাগী মীৎপু শান্তি পীননবা হায়তুনা—মহাক্কা নোংমদি মমীত্তা পিপ্পল (খোংনাংমহৈ) মকুপ হাপ্লগা পি থোকহনখি। মরমসিনা মহাপ্রভুনা মাগী মিং পিপ্পলাই হায়না থোনখি, মতুদগী হৌতুন মচ ক কমলাকর পিপ্পলাই হায়না খঙনখি।

## মুল ২৪

সূর্য্যদাস সরখেল তাঁর ভাই কৃষ্ণদাস।
নিত্যানন্দে দৃঢ়বিশ্বাস—প্রেমের নিবাস॥ ২৪॥

## শব্দার্থ

সূর্য্যদাস সরখেল—শ্রীসূর্য্যদাস সরখেল, তাঁর—মহাক্কী, ভাই—মনাও; কৃষ্ণদাস শ্রীকৃষ্ণদাস, নিত্যানন্দে—শ্রীনিত্যানন্দদা, দৃঢ়—অচেৎপা, বিশ্বাস—থাজবা প্রেমের কৃষ্ণপ্রেমগী; নিবাস ময়ুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসূর্য্যদাস সরখেলগা অদুগা মনাওনুপা কৃষ্ণদাসগা অনীনা শ্রীনিত্যানন্দবু চেৎনা থাজে। মখোয়দি কৃষ্ণপ্রেমগী তুঙযম্মী।

## নৈনরোল

শ্রীসূর্য্যদাস সরখেল গৌরীদাস পণ্ডিতকী মনাওনী। সরখেল হায়বদি মাগী উপাধিনী (মিংথোল্লী)। সরখেল শব্দসি যবনগী লোন্নী, মসি

গৌড়েশ্বরনা পীবা উপাধি অমনী। শ্রীনিত্যানন্দদি অবধূতনী মহাকপু যাম্না চেৎনা থাজখিবদগী মহাক্কী জাতি অমদি শাগৈ করিনে, হায়বা হৎদবমখৈ সূর্য্যদাস সরখেল অসিনা নিত্যানন্দ প্রভুগী খুত্তা মছামক্কী মচান্নুপী বসুধা অমসুং জাহ্নবাদেবীবু কৎখি।

**মূল ২৫–২৬**

গৌরীদাস পণ্ডিত যাঁর প্রেমোদ্দণ্ড ভক্তি।
কৃষ্ণপ্রেম দিতে নিতে ধরে মহাশক্তি ॥ ২৫ ॥
নিত্যানন্দে সমর্পিল জাতিকুল পাঁতি।
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ করি প্রাণপতি ॥ ২৬ ।

**শব্দার্থ**

গৌরীদাস পণ্ডিত - শ্রীগৌরীদাস পণ্ডিত যাঁর—মহাক্কী প্রেম উদ্দণ্ড —কৃষ্ণপ্রেম পোকপদগী য়ৈরগে হায়ন থাঙ্গৎলবা চেগুম্বা, ভক্তি—ভক্তিনা, কৃষ্ণপ্রেম - কৃষ্ণবু নুংশিবা, দিতে—পীবা নিতে—লৌবা, ধরে—পুই, মহাশক্তি অচৌবা শক্তি নিত্যানন্দে—শ্রীনিত্যানন্দদা, সমর্পিল— কৎখি, জাতিকুল জাতি অমসুং শাগৈগী, পাঁতি—পংক্তি শ্রীচৈতন্য— শ্রীচৈতন্যবু, নিত্যানন্দ শ্রীনিত্যানন্দবু, করি—ওইহনুনা, প্রাণপতি— থবাইগী মপু।

**মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা**

শ্রীগৌরীদাস পণ্ডিত শ্রীনিত্যানন্দগী ভক্তনী। মাগী ভক্তিদি কৃষ্ণ-প্রেমদগী য়ৈরগে হায়না থাঙ্গৎলনা চৈংশ (উদ্দণ্ড) ভক্তিনী। মহাক কৃষ্ণপ্রেম পীবগী অমদি লৌবগী মহাশক্তি পুবিবনী। মহাক্না শ্রীচৈতন্যগা শ্রীনিত্যানন্দগবু থবাইগী মবুঙো ওইহল্লগা শ্রীনিত্যানন্দদা মাগী জাতি-কুল-পংক্তি লোইনা কৎথোকখি।

**চৈনবোল**

**গৌরীদাস পণ্ডিত**—কাল্না মনাক্তা লৈবা অম্বিকাদা মহাক্কী শ্রীপাট-নী, মহাক সূর্য্যদাস সরখেলগা হেক পোকমিন্নবনী। ব্রজগী সুবল সখাদুমক্কী গৌরীদাস পণ্ডিতসে।

**প্রেমোদ্দণ্ডভক্তি** – কৃষ্ণপ্রেম লৈবদগী ( রারাক্-রাতেমগে হায়দুনা ) মথন্না হাইগৎলবা দণ্ড ( চৈ ) মাগী ওইরিবা অদুগুম্বা ভক্তিগী মিংবু উদ্দণ্ড ভক্তি কৌয়ি। রারাক্-রাতেমগে হাযনা থাঙ্গৎলকপা চৈবু উবদা লমহেনবা মীশিংনা চেল্লী, মতৌ অদুগুম্বা গৌরীদাসগী পাঙ্গল লৈরবা ভক্তিগী মতীক-মযাই উরগনু ভগবদবহির্মুখতানচিংবা ( ভগবানবু য়েংনীওদবদু ) লাপ্না চেনখি। মবমদুনা মাগী ভক্তিবু উদ্দণ্ড ভক্তি কৌরিবনী। শ্রীগৌরনিত্যানন্দদা অদুগা শ্রীকৃষ্ণদা মহাক্কী লৈরম্বা প্রেমদি য়াম্না গভীর ওইরম্মী হায়দুনা মখোন্দা হাযবিবা মতৌগী ভক্তিসে পোকপনী, মরমদুনা মাগী ভক্তিবু **প্রেমোদ্দণ্ডভক্তি** হাযনা কৌরিবনী।

**কৃষ্ণপ্রেম দিতে ধরে মহাশক্তি** কৃষ্ণপ্রেম লৌছনবগী লৈরম্বা শক্তিশম অতোপ্পদা কৃষ্ণপ্রেম পিননবগী শক্তিসু গৌরীদাস পণ্ডিতকী লৈবম্মী হাযবদি মহাক্কা কৃষ্ণপ্রেমগী শক্তিদি থ্বাইগা মান্নরমদে।

**নিত্যানন্দে সমর্পিল**-নচিংবা – জাতিগী শাগৈগী মরমদা সমাজগী লৈরম্বা প্রথাগা য়েংদবমথৈ অবধূত নিত্যানন্দদা মনাওনুপানা পোকপা মচানুপী অনীসু ( বসুধ-জাহ্নবা ) লুহোংদুনা পীখিবম্মী। শ্রীনিত্যানন্দদি অবধূত ওইরম্ব মরম্না মাগীদি জাতি কুলগী বিচার লৈবমদে। গৌরীদাস পণ্ডিতকুম্বা সমাজগী মনুংদা লৈবম্বা ব্রাহ্মণশিংনা নিত্যানন্দদা মচানুপী থাজদনা পীবদু মতমদগী সমাজগী প্রথান যারমদে। অমসুঙ্গা সম্বন্ধ থম্বা মীদু সমাজদা পতিত হাযবদু ওই, কনাগুম্বন মহাক্কা পংক্তি ভোজন ( পরেং অমতদা ফমদুনা চামিন্নবা ) তৌনরমদে অদুগুম্বু নত্তনা সমাজনা মাপু ৎৎ-নেবাবনা কযানী। গৌরীদাস পণ্ডিতন সমাজগী অসিগুম্বা নৈ খোংপদু কিবিদবমথৈ শ্রীনিত্যানন্দগী মচানুপা বসুধ-জাহ্নবাব-কৎখি।

**পাঁতি**—পংক্তি হাযবনি, মফমসিদা সদব্রাহ্মণগা লোযননা পংক্তি-ভোজন তৌবগী সম্মান হাযবনী।

**মূল ২৭**

নিত্যানন্দ-প্রিয অতি পণ্ডিত পুরন্দর।
প্রেমার্ণবমধ্যে ফিরে যৈছন মন্দর ॥ ২৭ ॥

**শব্দার্থ**

নিত্যানন্দ-প্রিয – নিত্যানন্দবু নুংশিবা, অতি – য়াম্না, পণ্ডিত

পুরন্দর—শ্রীপুরন্দর পণ্ডিত, প্রেম-অর্ণব—প্রেমগী সমুদ্র ; মধ্যে ময়াযদা, ফিরে—কোয়রৈ লৈ, যৈছন - গুম্না, মন্দর—মন্দর পর্ব্বত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপুরন্দর পণ্ডিত শ্রীনিত্যানন্দবু যাম্না থু শিবা অমমী। মহাক মন্দর পর্ব্বত-কুম্না প্রেমগী সমুদ্রদা কোয়চৎ চৎলী।

## তৈনবমোল

মন্দর পর্ব্বতনা নৈননবা মচৈ 'মন্থনদণ্ড' ওইরগা মমাঙৈতদা দেবশিংগা অসুরশিংগা ( লাইগা হি চাবগা ) সমুদ্র নৈখি। পুরন্দর পণ্ডিত অতু প্রেম-সমুদ্র নৈবদা মন্দর-পর্ব্বত কুম্বনী। সমুদ্রগী মনুঙদা মন্দর-পর্ব্বত-না কোয়নৈ নৈরগা অমৃতনচিংবা পোৎ মথল মথল থোকখি, মতৌ অতুগুম্না কৃষ্ণপ্রেম কৌবা সমুদ্রদা পুরন্দর পণ্ডিতপু কোয়নৈ নৈহল্লবদি ( হায়বদি কৃষ্ণলীলানচিংবা বিষয়দা মহাক্না য়ারী-বাতাই তৌনরগদি ) হায়বদা-থোক্কবা প্রেম-রস মথল মথল থোরকযি। নত্রগা মন্দরপর্ব্বতপু সমুদ্র ময়াযদা কোযলৈ লৈহনবা মতমদা যেংথি-যেংথিবা মায়কৈদ সমুদ্রদমক উবগুম্না পুরন্দর পণ্ডিতস্মু মানা য়েংথি-যেংথিবা মাযকৈদা নত্রগা মহাক্না মনাকোঙনা তাখিবা নত্রগ মহাক্না করিগুম্বা অমা তৌরু তৌরুবা মতমদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্রবগী মশক ঙাক্তা ওইথি। পৌনা হায়রগা, মহাক মতম পুম্বদা প্রেম সমুদ্রদা লুপ্তুনা ঙাক্তা লেরম্মী।

## মূল ২৮

পরমেশ্বরদাস নিত্যানন্দৈকশরণ।

কৃষ্ণভক্তি পায়—তাঁর যে করে স্মরণ ॥ ২৮ ॥

### শব্দার্থ

পরমেশ্বরদাস—শ্রীপরমেশ্বরদাস, নিত্যানন্দ-এক-শরণ—শ্রীনিত্যানন্দ হায়বা অমতন্তুদদা চঙজবা মী, কৃষ্ণভক্তি—শ্রীকৃষ্ণবু নীঙবা, পায—ফংঙী, তাঁরে—মাবু, যে—কনাগুম্বনা, করে—তৌয়ি, স্মরণ—নীঙশীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপরমেশ্বর দাসদি শ্রীনিত্যানন্দদদা চঙজরবা মীনী। মহাকপু কনাগুম্বনা হেক নীঙশীঙবগা মীচুনা কৃষ্ণভক্তি ফংজৈয়ে।

## মূল ২৯

জগদীশ পণ্ডিত হয় জগত-পাবন।
কৃষ্ণপ্রেমামৃত বর্ষে যেন বর্ষাঘন ॥ ২৯ ॥

### শব্দার্থ

জগদীশ পণ্ডিত—শ্রীজগদীশ পণ্ডিত, হয়—ওই, জগত-পাবন—জগৎপু শেংদোকপীবা, কৃষ্ণপ্রেমামৃত—কৃষ্ণবু হুংশিবা কৌবা অমৃত, বর্ষে—হৈথৈ, যেন—গুম্না, বর্ষা—নোংজুথাগী, ঘন—নোং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগদীশ পণ্ডিত জগৎ শেংদোকপীবা ভক্তনী। মহাত্মা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা অমৃতবু নোংজুথাগী নোং হৈথবগুম হৈথৈ।

## মূল ৩০

নিত্যানন্দ প্রিয়-ভৃত্য পণ্ডিত ধনঞ্জয়।
অত্যন্ত বিরক্ত সদা কৃষ্ণ প্রেমময় ॥ ৩০ ॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দপ্রিয়-ভৃত্য—শ্রীনিত্যানন্দগী হুংশিনবা মনাই, পণ্ডিত ধনঞ্জয়—শ্রীধনঞ্জয় পণ্ডিত, অত্যন্ত—যাম্না য়োৌনা, বিরক্ত—সংসারদা হৈনত্রবা, সেবা—মতম পুম্নমক্তা, কৃষ্ণপ্রেম-ময়—কৃষ্ণ প্রেমগী মশক্লী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীধনঞ্জয় পণ্ডিত অসু শ্রীনিত্যানন্দগী হুংশিনবা মনাইনী। মহাক সংসার বিষযাবু য়োৌনা হৈনত্রবা মীনী, মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণপ্রেমগী মশক্লী।

## মূল ৩১

মহেশ পণ্ডিত ব্রজের উদার গোয়াল।
ঢক্কা বাদ্যে নৃত্য করে—প্রেমে মতোয়াল ॥ ৩১ ॥

### শব্দার্থ

মহেশ পণ্ডিত—শ্রীমহেশ পণ্ডিত, ব্রজের ব্রজগী, উদার—পূকচেল-চাউবা, গোয়াল—গোপনী, ঢক্কা—পুঙ মথল অমা, বাদ্যে—য়েঙনা, নৃত্য করে—জগোই শাই, প্রেমে—কৃষ্ণপ্রেমদা, মাতোয়াল—ঙাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমহেশ পণ্ডিত ব্রজগী পূকচেল চাউবা গোপনী। ঢকা য়ৈতুনা জগোই শাই অচুগা প্রেম্না পুঙত্তাও ত্তাওবনী।

মুল ৩২

নবদ্বীপে পুরুষোত্তম পণ্ডিত মহাশয়।

নিত্যানন্দ নামে যাঁর মহোন্মাদ হয়॥ ৩২॥

শব্দার্থ

নবদ্বীপে—নবদ্বীপধামদা; পুরুষোত্তম পণ্ডিত শ্রীপুরুষোত্তম পণ্ডিত, মহাশয়—পূকচেন-চাউবা, নিত্যানন্দ নামে—শ্রীনিত্যানন্দগী মিংদা, যাঁর—মহাকী, মহা-উন্মাদ—পুঙত্তাও ত্তাওবা, হয়—ওই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নবদ্বীপ ধামদা শ্রীপুরুষোত্তম পণ্ডিত হায়বা ভক্ত অমা লৈরম্মী। মহাক শ্রীনিত্যানন্দগী নাম তাবা নত্রগ শোন্‌বদা পুঙত্তাও হেক্তা ত্তাওয়ি।

মুল ৩৩

বলরামদাস কৃষ্ণপ্রেমরসাস্বাদী।

নিত্যানন্দ নামে হয় পরম উন্মাদী॥ ৩৩॥

শব্দার্থ

বলরামদাস - শ্রীবলরামদাস, কৃষ্ণপ্রেমরস - কৃষ্ণপ্রেমগী বস, আস্বাদী—তাংলবা অমনী, নিত্যানন্দ নামে—শ্রীনিত্যানন্দগী মিংলেন্দা, হয়—ওই, পরম—থমথেংবা, উন্মাদী—অত্তাওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবলরামদাস ভক্তদি কৃষ্ণপ্রেমরস চৃপ্লবা ভক্তনী। মহাক্তি শ্রীনিত্যানন্দগী মিং শোন্‌বা নত্রগা মনাকোঙনা হেক তাবদদা থমথেংনা ত্তাওরিবনী।

মুল ৩৪

মহাভাগবত যদুনাথ কবিচন্দ্র।

যাঁহার হৃদয়ে নৃত্য করে নিত্যানন্দ॥ ৩৪॥

### শব্দার্থ

মহাভাগবত—মহাভক্ত, যদুনাথ কবিচন্দ্র—শ্রীযদুনাথ কবিচন্দ্র, যাঁহার—মহাকী, হৃদয়ে—থম্মোইদা, নৃত্য করে—জগোই শাই, নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীযদুনাথ কবিচন্দ্র মহাভাগবত অমনী। মহাকী থম্মোইদা শ্রীনিত্যানন্দনা জগোই শাই।

### মূল ৩৫

রাঢে জন্ম যাঁর কৃষ্ণদাস দ্বিজবর।
শ্রীনিত্যানন্দের তিঁহো পরম কিঙ্কর॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

রাঢে—রাঢদা, জন্ম—পোকপা, যাঁর—মহাকী, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস দ্বিজবর—ব্রাহ্মণ অথোইবা, শ্রীনিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দগী, তিঁহো—মহাক, পরম—অথোইবা, কিঙ্কর—মনাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাঢ়দা পোকপা শ্রীকৃষ্ণদাস ব্রাহ্মণ অথোইবহু শ্রীনিত্যানন্দগী অথোইবা মনাইনা।

### মূল ৩৬

কালা কৃষ্ণদাস—বড় বৈষ্ণব প্রধান।
নিত্যানন্দচন্দ্র বিনু নাহি জানে আন॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

কালা কৃষ্ণদাস—কালা কৃষ্ণদাস; বড—য়াম্না; বৈষ্ণব প্রধান—বৈষ্ণব মকোক্নী, নিত্যানন্দচন্দ্র বিনু—শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্র নত্তনা, নাহি জানে—খঙদে, আন—অতৈমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকালা কৃষ্ণদাস য়াম্না চাউবা বৈষ্ণব মকোক্নী। মহাক শ্রীনিত্যানন্দবু নত্তনা অতৈ অমা খঙদে।

### মূল ৩৭

শ্রীসদাশিব কবিরাজ বড় মহাশয় ।
শ্রীপুরুষোত্তমদাস তাঁহার তনয় ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীসদাশিব কবিরাজ—শ্রীসদাশিব কবিরাজ , বড়—য়াম্না , মহাশয় —পূকচেল চাউবা , শ্রীপুরুষোত্তমদাস—শ্রীপুরুষোত্তমদাস ; তাঁহার—মহাক্কী , তনয়—মচানুপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসদাশিব কবিরাজ পূকচেল যাম্না চাউবনী । মহাক্কী মচানা শ্রীপুরুষোত্তমদাসনী ।

### মূল ৩৮

আজন্ম নিমগ্ন নিত্যানন্দের চরণে ।
নিরন্তর বাল্যলীলা করে কৃষ্ণসনে ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

আজন্ম—পোকপদগী , নিমগ্ন—লূপ্পী , নিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দগী , চরণে—খুয়াখাদা , নিরন্তর—তত্তনা , বাল্যলীলা—অঙাঙ লীশক্কী লীলা , করে—তৌয়ি , কৃষ্ণসনে—শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীসদাশিব কবিরাজহু পোকপদগী হৌনা শ্রীনিত্যানন্দগী খুয়াখাদা লূপ্লক্পনী । মহাক শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা তত্তনা বাল্যলীলা শান্নি ।

### মূল ৩৯

তাঁর পুত্র মহাশয় শ্রীকানুঠাকুর ।
যাঁর দেহে রহে কৃষ্ণপ্রেমামৃতপুর । ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী , পুত্র—মচানুপা , মহাশয়—পূকচেল চাওবা , শ্রীকানু-ঠাকুর—শ্রীকানুঠাকুরনী , যাঁর—মাগী ; দেহে—হকচাঙদা , রহে—লৈ , কৃষ্ণপ্রেমামৃতপুর—কৃষ্ণপ্রেম কৌবা অমৃতকী ফু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মাগী মচানুপা শ্রীকানুঠাকুর মহাশয়নী। মাগী হৃদচাওদা কৃষ্ণপ্রেমামৃতগী
থু ( পাত্র ) লৈ।

মূল ৪০

মহাভাগবতশ্রেষ্ঠ দত্ত উদ্ধারণ।

সর্ব্বভাবে সেবে নিত্যানন্দের চরণ॥ ৪০॥

শব্দার্থ

মহাভাগবত—মহাভক্ত, শ্রেষ্ঠ—অথোইবা; দত্তউদ্ধারণ—শ্রীউদ্ধারণ দত্ত, সর্ব্বভাবে—মপুং পূন্নমক্তা, সেবে—সেবা তৌয়ি, নিত্যানন্দের চরণ—শ্রীনিত্যানন্দগী খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাভাগবতশিংগী মরক্তা অথোইবা ওইরিবা উদ্ধারণ দত্তনা শ্রীনিত্যানন্দগী চরণ অদু মপুং পূন্নমক্তা সেবা তৌয়ি।

মূল ৪১

আচার্য্য বৈষ্ণবানন্দ ভক্তি-অধিকারী।

পূর্ব্বে নাম ছিল যাঁর রঘুনাথ পুরী॥ ৪১॥

শব্দার্থ

আচার্য্য বৈষ্ণবানন্দ—শ্রীবৈষ্ণবানন্দ আচার্য্য, ভক্তি-অধিকারী—ভক্তি-থঙবা, পূর্ব্বে—মমাঙৈগুদা, নাম—মিং, ছিল—লৈরম্মী। যাঁর—মহাক্কী, রঘুনাথপুরী—শ্রীরঘুনাথপুরী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবৈষ্ণবানন্দ আচার্য্য ভক্তি মুন্না থঙবনী। হান্নদি মাগী মিং শ্রীরঘুনাথ-পুরী হায়না লৈরম্মী।

মূল ৪২

শ্রীবিষ্ণুদাস, নন্দন, গঙ্গাদাস-তিন ভাই।

পূর্ব্বে যাঁর ঘরে ছিলা নিত্যানন্দ গোসাঞি॥ ৪২॥

শব্দার্থ

শ্রীবিষ্ণুদাস—শ্রীবিষ্ণুদাস, নন্দন - শ্রীনন্দন; গঙ্গাদাস—শ্রীগঙ্গাদাস, তিন ভাই—মচীমনাও অহুম, পূর্ব্বে—মমাচৈঙডা, যাঁর—মথোয়গী, ঘরে—য়ুমদা, ছিলা—লৈরম্মী; নিত্যানন্দ গোসাঞি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীবিষ্ণুদাস, নন্দন, গঙ্গাদাস—মচীমনাও অহুম্মী। মমাচৈঙডা মথোয়গী মযুমদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু লৈরম্মী।

মূল ৪৩

নিত্যানন্দ-ভৃত্য পরমানন্দ উপাধ্যায়।

শ্রীজীবপণ্ডিত নিত্যানন্দ-গুণ গায়॥ ৪৩॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ-ভৃত্য—শ্রীনিত্যানন্দগী মনাই, পরমানন্দ উপাধ্যায—শ্রীপরমানন্দ উপাধ্যায়, শ্রীজীব পণ্ডিত—শ্রীজীব পণ্ডিতনা; নিত্যানন্দ-গুণ—শ্রীনিত্যানন্দগী গুণ, গায়—শকয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপরমানন্দ উপাধ্যায় নিত্যানন্দগী মনাইনী। শ্রীজীব পণ্ডিতনা শ্রীনিত্যানন্দগী মগুণ শক-শোল্লী।

মূল ৪৪

পরমানন্দ গুপ্ত কৃষ্ণভক্ত মহামতি।

পূর্ব্বে যাঁর ঘরে নিত্যানন্দের বসতি॥ ৪৪॥

শব্দার্থ

পরমানন্দ গুপ্ত—শ্রীপরমানন্দ গুপ্ত, কৃষ্ণভক্ত—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্ত; মহামতি—লৌশিং য়াম্মা লৈবা, পূর্ব্বে—মমাচৈঙডা, যাঁর—মহাক্কী, ঘরে—য়ুমদা, নিত্যানন্দের—শ্রীনিত্যানন্দনা, বসতি লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীপরমানন্দগুপ্ত মহাবুদ্ধি-লৈবা কৃষ্ণভক্তনী। মমাচৈঙডা মাগী য়ুমদা শ্রীনিত্যানন্দনা লৈরম্মী।

যুল ৪৫

নারায়ণ, কৃষ্ণদাস, আর মনোহর ।

দেবানন্দ,—চারি ভাই নিতাই কিঙ্কর ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

নারায়ণ—শ্রীনারায়ণ, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস, আর— অতুগা, মনোহর —শ্রীমনোহর, দেবানন্দ—শ্রীদেবানন্দ, চারি ভাই— মচীম্নাও মরি, নিতাই কিঙ্কর—শ্রীনিত্যানন্দগী মনাই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনারায়ণ, শ্রীকৃষ্ণদাস অতুগা শ্রীমনোহর, শ্রীদেবানন্দ—মচীম্নাও মরিসে শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী মনাইনী ।

যুল ৪৬

বিহারী কৃষ্ণদাস নিত্যানন্দপ্রভু-প্রাণ ।

নিত্যানন্দপদ বিনু নাহি জানে আন ॥ ৪৬ ॥

শব্দার্থ

বিহারী—বিহার দেশগী মী, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস, নিত্যানন্দপ্রভু-প্রাণ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা মথৱাইনী. নিত্যানন্দপদ—শ্রীনিত্যানন্দগী খোঙ, বিনু—নত্তনা; নাহি জানে—খঙদে, আন—অতোপ্পা অমা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বিহার-দেশদগী লাকপা শ্রীকৃষ্ণদাস বিহারীগীদি শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা মথৱাইনী । শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুগী খোঙ-থম্বাল নত্তনা অতৈমা খঙলমদে ।

যুল ৪৭-৫২

মকড়ি মুকন্দ সূর্য্য মাধব শ্রীধর ।

রামানন্দবসু জগন্নাথ মহীধর ॥ ৪৭ ॥

শ্রীমন্ত গোকুলদাস হরিহরানন্দ ।

শিবাই নন্দাই অবধূত পরমানন্দ ॥ ৪৮ ॥

বসন্ত নবমী হোড় গোপাল সনাতন।
বিষ্ণাই হাজরা কৃষ্ণানন্দ সুলোচন ॥ ৪৯ ॥
কংসারিসেন রামসেন রামচন্দ্র কবিরাজ।
গোবিন্দ, শ্রীরঙ্গ মুকুন্দ--তিন কবিরাজ ॥ ৫০ ॥
পীতাম্বর মাধবাচার্য্য দাস দামোদর।
শঙ্কর মুকুন্দ জ্ঞানদাস মনোহর ॥ ৫১ ॥
নর্ত্তক গোপাল রামভদ্র গৌরাঙ্গদাস।
নৃসিংহ চৈতন্যদাস মীনকেতন রামদাস ॥ ৫২ ॥

## নৈনবোল

মূল পয়ার ৪৭-৫২ অসিদা যাওরিবা অসি শ্রীনিত্যানন্দগী ভক্তশিংগী মিং ওাক্তনী ; মিং নত্তবা রাহৈ অনী অহুমদং য়াওরি, মথোয়সিগী শব্দার্থ মখাদা পীরি—তিন কবিরাজ ( পয়ার ৫০ )-কবিরাজ অহুম, নর্ত্তক ( পয়ার ৫২ )-জগোই শাবা মী।

পয়ারশিংসি মিং ওাক্তগী ওইবনা মৈতৈলোন্দা পযার খুদিংগী অর্থ হন্দোক্তরবনী।

## মূল ৫৩

বৃন্দাবনদাস—নারায়ণীর নন্দন।
চৈতন্য-মঙ্গল যেঁহো করিলা রচন ॥ ৫৩ ॥

## শব্দার্থ

বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবনদাস, নারায়ণীর—শ্রীনারায়ণীগী, নন্দন—মচানুপা, চৈতন্যমঙ্গল—শ্রীচৈতন্য ভাগবত, যেঁহো—মহাক্না, করিলা—তৌরম্মী, রচন—লেংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমতীনারায়ণীগী মচানুপা শ্রীবৃন্দাবনদাস কৌবা মহাক্না চৈতন্যমঙ্গল ( হৌজিক্না শ্রীচৈতন্যভাগবত কৌরবা ) লাইরীক অমু লেংখি। ( মহাক্সু শ্রীনিত্যানন্দগী ভক্তনী )।

## মুল ৫৪

ভাগবত কৃষ্ণলীলা বর্ণিলা বেদব্যাস।
চৈতন্যলীলাতে ব্যাস—বৃন্দাবনদাস ॥ ৫৪ ॥

### শব্দার্থ

ভাগবতে—শ্রীমদ্ভাগবতমদা, কৃষ্ণলীলা—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা, বর্ণিলা—লীরম্মী, বেদব্যাস—কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা, চৈতন্যলীলাতে—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা, ব্যাস—(ওইরিবা) ব্যাসদি, বৃন্দাবনদাস—শ্রীবৃন্দাবন-দাসনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বেদব্যাসনা শ্রীমদ্ভাগবতমদা কৃষ্ণগী লীলা ব্লারীখি, অদুগা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলা বর্ণনা তৌরিবা ব্যাসদি বৃন্দাবনদাসনী।

## মুল ৫৫

সর্ব্বশাখাশ্রেষ্ঠ শ্রীবীরভদ্র-গোসাঞি।
তাঁর উপশাখা যত—তার অন্ত নাই ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বশাখা—শাখা পুম্নমক্কী মনুঙদা, শ্রেষ্ঠ—খ্বাইদগী থোইবা, শ্রীবীরভদ্র-গোসাঞি—শ্রীবীরভদ্র প্রভুনী, তাঁর—মহাক্কী। উপশাখা—শাখা মচা, যত—লৈবম্বা খিবিক্তো, তার—মাগী, অন্ত—লোইখম্বা, নাই—লৈতে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা লোইনমক্কী অথোইবদি শ্রীবীরভদ্র প্রভুনী। মঙোন্দগী থোকখিবা উপশাখা ময়ামত্তুদি শীঙথাবদা লোই-খম্বা নাইদে।

## মুল ৫৬

অনন্ত নিত্যানন্দগণ কে কঁক গণন।
আত্মপবিত্রতাহেতু লিখিল কথোজন ॥ ৫৬ ॥

## শব্দার্থ

অনন্ত—লোইবা নাইদে, নিত্যানন্দ গণ শ্রীনিত্যানন্দগী গণ-দি; কে—কনানা, কত তোগনী, গণন—শীঙথাবা, আত্মপবিত্রতাহেতু—ইশাবু শেংদোক্নবা মরমগীদমক, লিখিল—ইজরি, কথো—কয়াদং, জন—মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দগী ভক্তশিংগী গণদি লোই-খন্না নাইদে, কনানা মশীঙ থীগনী? ঐগী ইছাবু পবিত্র ওইহন্‌গে হায়বগী দমক মাগী ভক্ত খরথকী মিং ইজবনী।

## মূল ৫৭

এই সর্ব্বশাখা পূর্ণ পক-প্রেমফলে।

যারে দেখে তারে দিয়া ভাসাইল সকলে ॥ ৫৭ ॥

## শব্দার্থ

এই—অসি, সর্ব্বশাখা—শাখা পুম্না, পূর্ণ- থল্লী, পক অমূনবা, প্রেমফলে—কৃষ্ণ-প্রেম কৌবা উহৈনা, যারে- কনানো অমবু, দেখে—উই, তারে—মঙোন্দা, দিয়া—পীদুনা, ভাসাইল—তাউহনখি, সকলে খ্বাই পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিত্যানন্দগী শাখা পুম্নমক অসি অমূনবা কৃষ্ণপ্রেম হায়বা উহৈনা থন্না পাল্লবনী। প্রেমফল অসি উক-উক্নবা মীদা পীরগা মী পুম্নমকপু (প্রেমগী ঈপাক্তা) তাউহন্‌খি।

## মূল ৫৮

অনর্গল প্রেমা সভার—চেষ্টা অনর্গল।

প্রেম দিতে কৃষ্ণ দিতে ধরে মহাবল ॥ ৫৮ ॥

## শব্দার্থ

অনর্গল—অপন্‌-অয়াক-লৈতবা, প্রেমা—কৃষ্ণ-প্রেম্না, সভার—লোইনমক্কী, চেষ্টা—হোৎনবসু, অনর্গল—অপন-অয়াক য়াওদবনী, প্রেম—কৃষ্ণপ্রেম, দিতে—পীবা, কৃষ্ণ—কৃষ্ণ, দিতে—পীবা, ধরে—পুই, মহাবল—অচৌবা পাঙ্গল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা পুম্নমক্কী কৃষ্ণপ্রেমদি অপন-অরাক-লৈত্তবনী। মখোয়না হোৎনবসু অপন-অরাক য়াওদবনী। মখোয়দি কৃষ্ণ-প্রেম পীবগী অহুগা কৃষ্ণ পীবগী মহাশক্তি-চেন্‌বনী।

মূল ৫৯

সংক্ষেপে কহিল এই নিত্যানন্দ গণ।

যাঁহার অবধি না পায় সহস্রবদন ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

সংক্ষেপে - শম্না, কহিল—হায়জরে, এই - অসি, নিত্যানন্দ-গণ—শ্রীনিত্যানন্দগী গণ, যাঁহার—মতুগী, অবধি - ওমথৈ, না-পায় - ফংদে, সহস্রবদন চীন লীশীঙ-লোংবা অনন্তনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ঐনা ) শ্রীনিত্যানন্দগী গণ অসি শম্না হায়জরে। গণসিগী ওমথৈদি চীন লীশীঙ-লোঙবা অনন্তনসু ফংলরোই নত্রগা চীন লীশীঙ-না হায়হুনসু ওমথৈদু য়োৗবা ওয়রোই।

মূল ৬০

শ্রীরূপ-রঘুনাথ পদে যার আশ।

চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ।৬০ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ পদে—শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ গোস্বামীগী খুয়াদা, যার মহাক্কী, আশ—আশা লৈবা, চৈতন্যচরিতামৃত—শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃত, কহে—লীজৈ, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামীগা শ্রীরঘুনাথগা অনীগী খুযাদা আশা থমজরগা কৃষ্ণদাস কবিরাজ ঐনা চৈতন্যচরিতামৃত লীজরি।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে নিত্যানন্দ স্কন্ধ-শাখাবর্ণনং নাম একাদশপরিচ্ছেদঃ ১১ ॥

---

# আদি লীলা

## তরানীথোইশুবা পরিচ্ছেদ

### মুল ১

অদ্বৈতাঙ্ঘ্র্যব্জভৃঙ্গাংস্তান্ সারাসারভৃতোঽখিলান্।
হিত্বাসারান্ সারভৃতো নৌমি চৈতন্যজীবনান্ ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

অদ্বৈত অঙ্ঘ্রি-অব্জ-ভৃঙ্গান— শ্রীঅদ্বৈতগী খোঙ-থম্বালগী খোইহী থক্লিবা খোইমুগী মশক ওইবা ভক্তশিংগী মনুঙদা, তান্—মখোয়বু, সার-অসারভৃত —মচি অমসুং মচি-নত্তববু লৌরিবা, অখিলান—পুম্নমক, হিত্বা —থাদোক্লুনা, অসারান্ অসার ওইবা মত পুরিবশিংবু, সারভৃতঃ—সার ওইবা মত পুরিবশিংবু, নৌমি—খুরুমজরি, চৈতন্যজীবনান— শ্রীচৈতন্যনা মথৱাই ওইরিবশিংবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাব অমসুং অসার মত পুরিবা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুগী খোঙথম্বালগী খোইমুগী মশক্ ওইবা ভক্তশিংগী মনুঙদা অসার-মত-পুবশিংবু থাদোক্লগা, শ্রীচৈতন্যনা মথৱাই ওইজরিবা সার-মত-পুবশিংবু খুরুমজরি।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈত যাম্না অহন-ওইরবনী অদুগী মথক্তা মতাক শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী গোস্বামীগী শিষ্যনী, অদুগা মহাপ্রভুদি মাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্য ঈশ্বরপুরীগী শিষ্যনী। মরমসিনা মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতপ্রভুবু যাম্না মান্য তৌয়ি। মতুদা শ্রীঅদ্বৈতগী পুক্নীঙদা যাম্না নুংঙাইরমদে। শ্রীঅদ্বৈতদি মছাবু মহাপ্রভুগী মনাইনী হায়না খনবনী অদুনা মনাই অমদা তৌগদবা ব্যবহার মতাদু পাম্লম্বনী, অদুবু মহাপ্রভুনদি মহাক্কী গুরুগুম্না মর্য্যাদা-উৎপা ব্যবহার মতাদু তৌরম্মী, মতুদা অদ্বৈতগী পুক্নীঙ নুংঙাইহৈরমদে। মহাপ্রভুগী মথৃত্তা শান্তি ফংলগে হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতনা পুক্নীঙ চপ যুংনা নোংমা লেপ খি। মহাক্না খল্লম্মী - "মহাপ্রভুনা অবতার তৌরকপদি ভক্তি প্রচার তৌগে হায়বগীদমক্নী। ভক্তিনা হেল্লী হায়বসি ঐহাক যাররোই, অদু ওইরবদি মহাপ্রভুনা

শাউহনা ঐঙোন্দা শান্তি পীগনী ।" অদুম্না খল্লগা করিগুম্বা মরম অমা লৈরে হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈত নবদ্বীপ-ভগী শান্তিপুর-লেঙ খি। লেঙলগা মাগী শিষ্য-শিংদা যোগবাশিষ্ঠ-গ্রন্থগী ব্যাখ্যা তৌবদা মরু ওইনা জ্ঞান-বু থাঙ্গৎলগা ব্যাখ্যা তৌরম্মী। লোইনমক-উবা মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতগী আচরণগী রাহু খঙলম্লে। অদুনা শ্রীনিত্যানন্দগা লোয়ননা নোংমা যাম্না শাউনা শান্তিপুরদা মহাপ্রভু থুংলখি। মহাপ্রভু শাউবে হায়বদু মহাভাগবত শ্রীঅদ্বৈতসু মপুরুংদা খঙলম্মী, অদুনা ইমুংগী ফান্দা ফম্লগা থৌনা হেন্না ফগৎনা জ্ঞান্না থোইবনী হায়না ব্যাখ্যা তৌথরম্মী। মতমদুদা মহাপ্রভুগা নিত্যানন্দগা লেঙভুনা সুমাঙ-দা থুংলরে। অদুদগী মহাপ্রভুনা শ্রীঅদ্বৈতদা হংখি— হায়যু হাযযু নাড়া, জ্ঞানগা ভক্তিগা অনীসি কনানা হেল্লী ? রাহংদু তাবদা শ্রীঅদ্বৈতনা মরায়বক ফরক্কদোরে হাযনা খল্লগা মহাপ্রভুবু অমূক হেন্না শাউহন্নবগীদমক থৃম্লম্মী—"মতম পুম্বদা জ্ঞান্না চাউযি। জ্ঞান লৈতবা মীগীবু ভক্তিনা করি কান্নগনী ?" মতমদুদা মহাপ্রভুনা শাউখিবনা ফান্দগী অদ্বৈতবু থৃৎনা লাকুনা পুথোরক্লগা সুমাঙদা ইন্থুবগা কিন থিন্জল্লম্মী। মদুদা শ্রীঅদ্বৈত খমথেংনা মুংঙাইজখি থৃবাক থৃরগা জাগাই শারম্মী অদুগা হাযরকয়ি—হে প্রভু, অসিনীদো মপু ওইবগী থৌদৌ। ইরালগী মতীকচাবা শাস্তি নঙনা পীবিরে ঐঙোন্দা।"

শ্রীঅদ্বৈতগী নীঙবা থুংলে, মহাক্কী শিষ্যশিংসু ভক্তিদগী জ্ঞান্না হেল্লী হায়জন্নবগী রাহু খঙলম্মী। মতমদুদা কনা খরনা হান্নগুম্না ভক্তিনা থোইবনী হায়বদু যাব্রম্মী, অদুগা কনা খরনা জ্ঞান্না হেল্লী হায়জন্নখিবদুবু অওইবা ওইনা লৌদুনা লৈখিবা য়াওরম্মী। মখোয়না শ্রীঅদ্বৈতবু গুরুনী হায়দুনা মান্ন তৌরম্মী, জ্ঞানমার্গীশিংগুম্না গুরুবু সাক্ষাৎ ব্রহ্মনী হায়না খল্লম্মী, অদুগা শ্রীমন্ মহাপ্রভুবুদি স্বযং ভগবাম্নক্কী হায়বদু য়াবমদে। মরমদুনা মখোয়বু শ্রীঅদ্বৈতনা থাদোকখি হায়নৈ। মখোযদুবুনী নৈনরিবা শ্লোকসিদা 'অসারান—জ্ঞান্না হেল্লী হাযবা অসার ( মচি-নত্তবা ) মত লৌরিবা হাযনা হাযরিবসে। অদুগা হান্নগুম্না ভক্তিনা হেল্লী হায়না লৌরগা শ্রীমন মহাপ্রভুবু স্বযং ভগবান্নী হাযনা লৌরিবা মখোযবুনা "সারান—সার ( মচি-ওইবা মত লৌরিবা হাযনা হাযবিবসে।

**মূল ২**

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয় জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত ধন্য ॥ ২ ॥

## শব্দার্থ

জয় জয় — খুরুমজরি খুরুমজরি　মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য — শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু, জয় জয় — খুরুমজরি হৌরা, নিত্যানন্দ — হে নিত্যানন্দ প্রভু; জয় — খুরুমজরি, অদ্বৈত — শ্রীঅদ্বৈতবু, ধন্য — থাগৎনভাই ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু খুরুমজরি শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজরি অমত্তা থাগৎনভাই ওইরিবা শ্রীঅদ্বৈতবুসু খুরুমজরি।

## মূল ৩

শ্রীচৈতন্যামরতরো দ্বিতীয়স্কন্ধরূপিণঃ।

শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রস্য শাখারূপান গণান নুমঃ ॥ ৩ ॥

## শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য অমর-তরো: — শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা অমর পাম্বীগী; দ্বিতীয়স্কন্ধরূপিণঃ — অনীশুবা স্কন্ধগী মশক ওইরিবা, শ্রীমদ-অদ্বৈতচন্দ্রস্য — শ্রীমৎ অদ্বৈতচন্দ্রগী　শাখারূপান — শাখাগী মশক ওইবা, গণান্ — পরিকর-শিংবু, নুমঃ — খুরুমজরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা কল্প-পাম্বীগী অনীশুবা স্কন্ধ ওইবা শ্রীঅদ্বৈত-চন্দ্রগী শাখা ওইরিবা পরিকর পুম্নবু খুরুমজরি।

## মূল ৪

বৃক্ষের দ্বিতীয় স্কন্ধ আচার্য্যগোসাঞি।

তাঁর যত শাখা হৈল, তার লেখা নাঞি ॥ ৪ ॥

## শব্দার্থ

বৃক্ষের — উপাম্বীগী, দ্বিতীয় স্কন্ধ — অনীশুবা অরাংবা উশা, আচার্য্য-গোসাঞি — শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভু, তাঁর — মহাক্কী, যত — লৈরম্বা খিবিক; শাখা — উশা, হৈল — পোক্লম্মী, তার — মখোয়শিংবু, লেখা নাঞি — ইবা ঙম্বা নত্তে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা কল্প-পাম্বেনগী অনীশুবা স্কন্ধদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনী। মহাক্কী মৈরম্বা শাখাশিংদু ইতুনা লোইবা নত্তে।

## মূল ৫

চৈতন্য-মালীর কৃপাজলের সেচনে।

সেই জলে পুষ্ট স্কন্ধ বাঢে দিনে দিনে ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্য-মালীর—শ্রীচৈতন্য কৌবা মালীগী, কৃপাজলের—কৃপাগী মশক ওইবা লাইজগী, সেচনে—চাইবদা, সেই জলে—ঈশীংদুনা, পুষ্ট—যোক্লবা, স্কন্ধ—স্কন্ধ, বাঢে—চাওরকয়ি, দিনে দিনে—নোংমা নোংমগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য কৌবা মালীগী কৃপাগী মশক ওইবা লাইজ চাইবদা ঈশীংদুনা য়োক্লবা স্কন্ধ অদু নোংমা নোংমগী চাউশল্লকয়ি।

## মুল ৬

সেই স্কন্ধে যত প্রেমফল উপজিল।

সেই কৃষ্ণ প্রেমফলে জগৎ ভরিল ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

সেই স্কন্ধে—স্কন্ধদুদা, যত—অদুকখিবিক, প্রেমফল—কৃষ্ণবু নুংশিবা কৌবা উহৈ, উপজিল—চোংখি, সেই কৃষ্ণপ্রেমফলে—কৃষ্ণপ্রেম কৌবা ফল অদুনা, জগৎ ভরিল—জগৎ থন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( অনীশুবা ) স্কন্ধদুদা চোংখৎলকপা কৃষ্ণপ্রেম কৌবা উহৈ খিবিক্তুনা জগৎ পুম্ভথন্ থনখি।

## মুল ৭

সেই জল স্কন্ধে করে শাখায় সঞ্চার।

ফল-ফুলে বাঢে শাখা হইল বিস্তার ॥ ৭ ॥

## অন্বয়

( অদ্বৈতরূপ ) স্কন্ধে ( চৈতন্যমালীর ) সেই ( কৃপারূপ ) জল শাখায় সঞ্চার করে। শাখা ফল ফুলে বাঢে ( এবং ) বিস্তার হইল।

## শব্দার্থ

স্কন্ধে—( অদ্বৈতগী মশক ওইবা ) স্কন্ধনা, ( চৈতন্যমালীব—চৈতন্য-মালীগী ), সেই—মতু, ( কৃপারূপ কৃপাগী মশক ওইবা ) জল—লাইজ, শাখায়—শাখাদা, সঞ্চার করে—চঙহল্লী, শাখা—শাখানা, ফল-ফূলে—হৈগা লৈগা লোান্না, বাঢে—চাউখৎলবয়ি ( এবং—অমসুং ), বিস্তার হৈল—ফন্দোকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( অদ্বৈতগী মশক ওইবা ) স্কন্ধনা (চৈতন্যমালীগী কৃপাগী মশক ওইবা) লাইজ অদু শাখাদা চঙহল্লে, মতুনা মরম ওইদুনা শাখানা হৈগা লৈগনা জম্ জুম্ হেন্না পাল্লকুনা ( মায়কৈ মরিদা ) ফান্দারকখি।

## নৈনবোল

শ্রীচৈতন্যগী কৃষ্ণপ্রেমদুনে অদুগা প্রেম যেনবগী শক্তিদুনে শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী মপানা শ্রীঅদ্বৈতগী পরিকরশি দা চঙখি, অদুন্না চঙখিবনা মখোয়সু মায়কৈ মারিমক্তা প্রেম শন্দোকখি।

## মুল ৮

প্রথমেত একমত আচার্য্যের গণ।

পাছে দুইমত হৈল দৈবের কারণ ॥ ৮ ॥

## শব্দার্থ

প্রথমেত—অহান্‌বদদি, একমত—মত অমতগী ওইরম্মী, আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, গণ পরিকরশিংদু, পাছে—মতূঙদা, দুই মত—মত অনী, হৈল—ওইখ্রে, দৈবের কারণ—লাইগী নোংদমদগী ; মহাক্লক মপোক্কী তৌজমল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী পরিকরশিংদো অমতগী ওইরম্মী, তুংদদি লাইগী নোংদমদগী মত অনী থোকখি।

## নৈনরোল

অহানবদদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী পরিকরশিংদু ভক্তিনা সাধন পূম্নমক্কী অথোইবনী হায়না মত অমতগী ওইরম্মী। অদুবু তুংদদি, হাযবদি জ্ঞান-মার্গনা ভক্তিমার্গদগী হেল্লী হায়না হায়রুবদা অদ্বৈতাচার্য্যনা মহাপ্রভুদগী শাস্তি ফংখিবা তুংদগী মত অনী থোকখি শ্রীঅদ্বৈতগী শিষ্য খরনা জ্ঞান-মার্গদা চৎখ্রে খরমনা ভক্তিমার্গদা চৎখ্রে,

## মূল ৯

কেহোত আচার্য্য-আজ্ঞায় কেহোত স্বতন্ত্র।
স্বমত-কল্পনা করে দৈবপরতন্ত্র ॥ ৯ ॥

### শব্দার্থ

কেহো ত--কনা অমনা আচার্য্য আজ্ঞায়—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী যাথংদা কেহো ত—কনা অমনা স্বতন্ত্র—মনীঙ তম্বা ( ওইখ্রে ), স্বমত—মছাগী লম্নাই মত, কল্পনা করে–শাগৎলী, দৈব–নহান্নুক মপোক্কী, পরতন্ত্র– মখাপোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনা অমনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী য়াথং ইনখি, কনা অমনা মনীঙ তনখি, নহান্নুক মপোক্কী তৌজমল ওইনা মরম্নাই মত শাগৎচরি।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী য়াথং ঙাক্লম্বা মীশিং গী মত অমতা ওইরম্মী, মখোযনা ভক্তিনা হেল্লী হায়বদু য়ারম্মী। অদুগা অদ্বৈতাচার্য্যগী য়াথং ইন্দবা মীশিংনা মাগী মাগী অপাম্বা মতুঙ ইন্না মত পুনরম্মী—মখোযনা জ্ঞাম্না হেল্লী হায়দুনা জ্ঞানমার্গদা সাধন তৌখি। শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইনবা মীশিংনা ভগবাম্না সেব্যনী ( সেবা-তৌফম্নী ) অদুগা মখোয় মছা মছাবুনা সেবকনী ( সেবা-তৌবা মীনী ) হায়না খল্লম্মী, অদুগা জ্ঞানমার্গগী মীশিংনা মখোয় মছা মছাবু ব্রহ্ম হায়বদি ভগবাম্নী হায়না খল্লী। শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইনবা মীশিংনা মহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্‌মক্কী হায়না লৌযি, অদুগা জ্ঞানমার্গগী মীনা মদু য়াদে।

## মূল ১০

আচার্য্যের মত যেই – সেই মত 'সার'।
তাঁর আজ্ঞা লঙ্ঘি চলে-সেইত 'অসার' ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যের – শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, মত যেই—মত অদু, সেই মত—মত অদু, সার—মচিনী, তাঁর মহাক্কী, আজ্ঞা—য়াথং, লঙ্ঘি—লঙ-খাযদুনা, চলে চৎলী, সেইত—মদুমক, অসার—মচি-নত্তবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মত অদুন সার-নী ( মচিনী ) অদুগা মাগী য়াথং লংখাযবা মত অদুনা অসার-নী।

## মূল ১১

অসারের নামে ইহাঁ নাহি প্রযোজন।
ভেদ জানিবারে করি একত্র গনন ॥ ১১ ।

### শব্দার্থ

অসারের – মচি নত্তবগী, নামে মিংনা, ইহাঁ—মফমসিদা, নাহি প্রযোজন কান্নদ্রে, ভেদ - খেন্নবা, জানিবারে—খঙননবগীদমক, করি – এৈনা তৌরি, একত্র পুন্নপ, গণন – শীঙথাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

'অসার' ওইবা শিষ্যশিদুগী মিংদ মফমসিদা কান্নদ্রে। খেন্নবা খঙননবগী দমক এৈনা পুন্নপা শীঙথকবদনী।

## মূল ১২

ধান্যরাশি মাপি যৈছে পাতনা সহিতে।
পাছে পাতনা উড়াইযে সংস্কার করিতে। ১২ ॥

### শব্দার্থ

ধান্যরাশি ফৌ মপৈ, মাপি—লৈগা, যৈছে—মতৌঙদুম্না, পাতনা – ফৌৱামগা, সহিতে—লোয়ননা, পাছে তুদা, পাতনা—ফৌৱামদু, উড়াইয়ে হুমদোকয, সংস্কার—শেংদোকপা; করিতে – তৌনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফৌরানগা লোয়ননা ফৌ ওল্লগা মতুঙদা শেংদোক্লবা হাযত্না ফৌরাম ছমদোক্লনা পাইথোকহল্লী , মতৌ অদুগুম্বনী (সার অসার অনীমক পল্লুবগী ৱাদি)।

## মৈনক্লোল

শ্রীঅদ্বৈতগী মত অনীগী শিষ্যশিংবু পূন্না পল্লগা অসার মত-চৎপা মীশিংবু থম্লগা সার-মত (ভক্তিমার্গ) চৎপা শিষ্যশিংত্নগী মমিংতা লাইরীকসিদা পল্লে হায়রিবনী।

## মূল ১৩

অচ্যুতানন্দ বড়শাখা আচার্য্যনন্দন।
আজন্ম সেবিলা তিঁহো চৈতন্যচরণ॥ ১৩॥

## শব্দার্থ

অচ্যুতানন্দ—শ্রীঅদ্বৈতগী মচানুপা অহল , বড়শাখা—অচৌবা উশা , আচার্য্যনন্দন—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপা , আজন্ম—পোকপদগী , সেবিলা—সেবা তৌরকখি , তিঁহো—মহাক , চৈতন্যচরণ—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপা শ্রীঅচ্যুতানন্দ শাখা অচৌবা অমনী। মহাক্তি পোকপদগী শ্রীচৈতন্যগী চরণ সেবা তৌরকখি।

## মূল ১৪-১৭

চৈতন্যগোসাঞি গুরু কেশব ভারতী।
এই পিতার বাক্য শুনি দুঃখ পাইল অতি॥ ১৪॥
"জগদগুরুতে কর ঐছে উপদেশ।
তোমার এই উপদেশে নষ্ট হইল দেশ॥ ১৫॥
চৌদ্দ ভুবনের গুরু-চৈতন্যগোসাঞি।
তাঁর গুরু অন্য—এই কোন শাস্ত্রে নাই॥ ১৬॥"
পঞ্চমবর্ষের বালক কহে সিদ্ধান্তের সার।
শুনিয়া পাইল আচার্য্য সন্তোষ অপার॥ ১৭॥

## শব্দার্থ

চৈতন্যগোসাঞির — শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী , গুরু — গুরু ; কেশব ভারতী — শ্রীকেশব ভারতী-নী ; এই — মসি ; পিতার — মপাগী , বাক্য — ৱা ; শুনি — নাকোঙনা তারগা , দুঃখ — লুংঙাইতবা ; পাইল — ফংখি ; অতি — য়াম্না , জগদ্‌গুরুতে — জগৎগুরুদা , কর — তৌবা , ঐছে — অসিগুম্বা , উপদেশ — পাউতাক , তোমার — নহাক্কী , এই উপদেশে — পাউতাকসিনা , নষ্ট — মাঙবা , হৈল — ওইরে , দেশ — দেশ , চৌদ্দ ভুবনের — মরোল তরামরিগী , গুরু — গুরুনী ; চৈতন্যগোসাঞি — চৈতন্য মহাপ্রভুদি , তাঁর — মহাক্কী , গুরু — গুরু , অন্য — অতোপ্পা অমা , এই — মসি , কোন — করিগুম্বা ; শাস্ত্রে — শাস্ত্রদা , নাই — লৈতে পঞ্চমবর্ষের — চহী মঙাতা ওায়রিবা , বালক — মুপামচানা , কহে — হায় , সিদ্ধান্তের — ৱারোইগী , সার — মচি ; শুনিয়া — নাকোঙনা তারগা ; পাইল — ফংখি , আচার্য্য — শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; সন্তোষ — পেন্‌বা , অপার — মপাল্লাইদবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী গুরুদি কেশব ভারতী-নী হায়না মপাবুং শ্রীঅদ্বৈতনা হায়খিবা ৱাসি মনাকোঙনা তাখিবা শ্রীঅচ্যুতানন্দগী অবুক্লীঙ যাম্না লুংঙাইখিদে । ( অদুদা মহাক্না মপাবুংদা হায়খি—) "জগৎগুরুদবু অসিগুম্বা ৱা হায়বরা ? নহাক্কী ৱাকমসিনা দেশ মাঙবা তারে । মরোল তরামরিগী গুরুনী চৈতন্য মহাপ্রভুদি । মহাক্কী গুরু অতোপ্পা অমা— হায়বসিদি করিগুম্বা শাস্ত্রদা য়াওদে ।" চহী মঙাতা ওায়রিবা মুপামচানা সিদ্ধান্তগী ৱা-মচং হায়খি । ( মচানুপাগী ৱা ) তাবদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ওমথৈ নাইদনা লুংঙাইখি ।

## নৈনমরোল

অচ্যুতানন্দগী চহী মঙাতা ওায়রিভৈদা সন্যাসী অমা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী যুমদা লাকখি। শ্রীগৌরাঙ্গগী মরমদা ৱারী-ৱাতাই লাত্নরকলা মতমদা মহাক্না শ্রীঅদ্বৈতনা হংখি — "শ্রীগৌরাঙ্গগী গুরু কনোনো ?" শ্রীঅদ্বৈতনা হায়খি— "মহাক্কী গুরুদি কেশব-ভারতী-নী ।" অচ্যুতানন্দনা ৱাসি তাবদা মথৱাই য়াম্না লুংঙাইরমদে অদুগা মপাবুংদা হায়রম্মী—"পাবুং, করিনো হায়রিবদুবু ? লাবুংঙম্না মীনা অদুম্না হায়ররবদি জগৎকী থোইনা মাঙবা অমা ওইরগনী। শ্রীগৌরাঙ্গদি মরোল তরামরিগী গুরুনী—মহাক্কি কেশব-ভারতীসিদু

গুরুনী ; মরমদি, কেশব ভারতীদি মহোদল তরামরিগী মনুঙ চন্‌বা পৃথিবী-শিগী মী অমনী।_ কেশব ভারতীনা মহাকী গুরু করম্না ওইগদৌরিবনো ? হনা অতোপ্পা অমনা মাগী গুরু ওইবা ঙমগনী ? অন্তাঙ্গ শিশক ওইরিবেদগী শ্রীঅচ্যুতনা শ্রীগৌরাঙ্গবু চেৎনা থাজরকপন্থ ( বিশ্বাস তৌরকপন্থ উৎনবা হায়রুনা ) মফমসিদা বারীসি পল্লিবনী।

## মূল ১৮

কৃষ্ণমিশ্র নাম আর আচার্য্যতনয়।
শ্রীচৈতন্য-গোসাঞি বৈসে যাঁহার হৃদয়॥ ১৮॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণমিশ্র—শ্রীকৃষ্ণমিশ্র, নাম—কৌবা, মিং, আর—অতোপ্পা, আচার্য্যতনয়—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপানী চৈতন্য গোসাঞি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা, বৈসে—লৈ, যাঁহার হৃদয়—মহাকী থম্মোইদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপা অতোপ্পা অমনা শ্রীকৃষ্ণমিশ্র কৌয়ি। মহাকী থম্মোইদা শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনা থিন্দুনা লৈ।

## মূল ১৯

শ্রীগোপাল-নামে আর আচার্য্যের সুত।
তাঁহার চরিত্র শুন অত্যন্ত অদ্ভুত॥ ১৯॥

### শব্দার্থ

শ্রীগোপাল-নামে—শ্রীগোপাল কৌবা, আর—অতোপ্পা অমা : আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, সুত—মচানুপা ; তাঁহার—মহাকী, চরিত্র—চোরিত, শুন—তাবিয়ু ; অত্যন্ত—য়াম্না য়ৌম্না, অদ্ভুত—অঙকপনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতগী শ্রীগোপাল কৌবা মচা অমগা লৈরম্মী। মহাকী চোরিত্তি যমথেংনা ঙকপনী। অমুক্তা তাবিয়ু।

মুল ২০

গুণ্ডিচা মন্দিরে মহাপ্রভুর সম্মুখে।
কীর্ত্তনে নর্ত্তন করে বড প্রেমসুখে ॥ ২০ ॥

শব্দার্থ

গুণ্ডিচা মন্দিরে— শ্রীক্ষেত্রগী গুণ্ডিচামন্দিরদা ; মহাপ্রভুর—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী , সম্মুখে—মাঙদা , কীর্ত্তনে—কীর্ত্তন শকপদা , নর্ত্তন—জগোই , করে—শাই , বড—য়াম্না , প্রেমসুখে—কৃষ্ণবু মুংশিবদগী নুংঙাইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীক্ষেত্রগী গুণ্ডিচামন্দিরদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মাঙদা কীর্ত্তন শক্লিংদা শ্রীগোপাল-না কৃষ্ণপ্রেমগী নুংঙাইবনা জগোই শাই ।

মৈনবোল

গুণ্ডিচা মন্দির হায়বসি শ্রীক্ষেত্রদনী । রথযাত্রাদা শ্রীজগন্নাথনা মন্দিরদা লেঙঙকুনা লৈ । কুম অমদি মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা গুণ্ডিচা মন্দির মার্জ্জন ( য়াই শীং খোংতুনা ঈশীঙনা য়াই তৈরম্মী । তৈরিবগী মতমদা মায়কৈ মরিমক্তা কীর্ত্তন শক্লম্মী । মতুদা শ্রীগোপালহু কৃষ্ণপ্রেমা নুংঙাইরতুনা জগোই শাখি ।

মুল ২১

নানা ভাবোদগম দেহে—অদ্ভুত নর্ত্তন ।
দুই গোসাঞি 'হরি' বোলে আনন্দিত মন ॥ ২১ ॥

শব্দার্থ

নানা—মথল মথাগী , ভাব-উদগম—পিরাংনচিংবা সাত্ত্বিক ভাব পোকপা , দেহে—হকচাঙদা , অদ্ভুত—অঙকপা , নর্ত্তন—জগোই মশানী , দুই গোসাঞি—প্রভু অনী ( মহাপ্রভু অমসুং শ্রীঅদ্বৈত ) , হরি—হরি , বোলে—শোল্লী , আনন্দিত—নুংঙাইবা , মন—থমোইনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপালগী দেহদা সাত্ত্বিক ভাব মথল মথা পোকখি , অঙকপা জগোই মশানী । প্রভু অনীনা (শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু অমসুং শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা) 'হরি হরি' হায়না মপুক্কীগ নুংঙাইনা শোল্লখি ।

## মূল ২২

নাচিতে নাচিতে গোপাল হইয়া মূর্চ্ছিত।
ভূমিতে পড়িলা, দেহে নাহিক সংবিত ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

নাচিতে নাচিতে—জগোই শানা শানা ; গোপাল—শ্রীগোপাল, হইয়া—ওইরহনা ; মূর্চ্ছিত—রাম্থবা ; ভূমিতে—লৈপাক্তা, পড়িলা—তুরম্মী ; দেহে—হকচাঙদা, নাহিক—লৈরমদ্রে ; সংবিত—জ্ঞান।

### মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

জগোই শানা শানা শ্রীগোপালদু রাম্থরম্রে, অদুনা লৈপাক্তা তুমখরে, মশাদা জ্ঞান লৈরমদ্রে।

## মূল ২৩

দুঃখী হইলা আচার্য্য-পুত্র কোলে লৈয়া।
রক্ষা করেন নৃসিংহের মন্ত্র পড়িয়া ॥ ২৩ ॥

### শব্দার্থ

দুঃখী—থরাইরাবা ; হইলা—ওইরম্রে, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, পুত্র—মচানু, কোলে—তম্পাক্তা, লইয়া—লৌরগা, রক্ষা—ঙাকপা, করেন—তৌরম্মী, নৃসিংহের—নরসিংহ ভগবানগী, মন্ত্র—মন্ত্র ; পড়িয়া—শোন্দুনা।

### মৈতৈলোন্দা ছন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী থরাই রারম্রে ; মচানু মতম্পাক্তা কোল্লগা নৃসিংহগী মন্ত্র শোন্দুনা ঙাকু-শেনখি।

### টৈনন্দ্রোল

শ্রীগোপালনা ভূক চঙলে হায়না শ্রীঅদ্বৈতনা থরম্মী ; অদুনা ভূক ঙাম্থোক্নবা হায়দুনা নৃসিংহগী মন্ত্র শোন্নখি। অদুগা মন্ত্র অতৈ অতৈ শোন্নখি।

## মূল ২৪

নানা মন্ত্র পড়েন আচার্য্য না হয় চেতন।
দুঃখী হইয়া আচার্য্য করেন ক্রন্দন ॥ ২৪ ॥

শব্দার্থ

নানা—মথৌ মথাগী, মন্ত্র—মন্ত্র, পঢেন—শোল্লী; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা, না হয়—ওইদে, চেতন—জ্ঞান তাবা, দুঃখী হইয়া—রায়তুনা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত, করেন—তৌয়ি, ক্রন্দন—কপ্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা মন্ত্র মথৌ মথা শোল্লী অদুবু হন্দ্রকুনা জ্ঞান-তাবা ওইদ্রে। মতুংদা আচার্য্যনা থরাই রায়তুনা কপ্লক্লে।

মুল ২৫

তবে মহাপ্রভু তাঁর হৃদে হস্ত ধরি।

উঠহ গোপাল। কৈল—বোল হরি হরি ॥ ২৫ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুম ওইরবদা, মহাপ্রভু—শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা, তাঁর—মাগী (শ্রীগোপালগী), হৃদে—থবাক্তা; হস্ত—খুৎনা, ধরি—পায়রগা, উঠহ—হৌগৎলো, গোপাল—হে গোপাল, কৈল—হায়খি, বোল—হায়য়ু, শোল্লু, হরি হরি—হরি হরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুম ওইরবদা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা শ্রীগোপালগী মথবাক্তা খুৎনা পায়রগা হায়রকখি—"হে গোপাল, হৌগৎলো, হরি হরি শোল্লো।"

মুল ২৬

উঠিল গোপাল প্রভুর স্পর্শধ্বনি শুনি।

আনন্দিত হৈয়া সভে করে হরিধ্বনি ॥ ২৬ ॥

শব্দার্থ

উঠিল—হৌগৎলে, গোপাল—শ্রীগোপাল, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, স্পর্শ—খুৎনা শোকপা, ধ্বনি—খোন, শুনি—নাকোঙনা তাদুনা, আনন্দিত—দুংজাইবা, হৈয়া—ওইদুনা, সভে—মী পুম্নমক, করে—তৌয়ি, হরিধ্বনি—হরি হরি হায়বা খোল্লাও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা শোকপনে অদুগ। মাগী খোন তাবনে অদুনা মরম ওইদুনা শ্রীগোপাল হৌগৎলক্লে। মী পুম্নমক হুংঙাইরদুনা হরিধ্বনি তৌয়ি।

## মূল ২৭

আচার্য্যের আর পুত্র শ্রীবলরাম।
আর পুত্রস্বরূপ-শাখা জগদীশ নাম॥ ২৭॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, আর—অতোপ্পা, পুত্র—মচানুপা; শ্রীবলরাম—শ্রীবলরাম, আর—অদুগা, পুত্রস্বরূপ—মচাগী মশক ওইবা, শাখা—সেবক, জগদীশ—জগদীশ, নাম—কৌয়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী অতোপ্পা মচানুপা অমনা শ্রীবলরাম-নী। অদুগা মচাগী মশক ওইবা শিষ্য অমনা শ্রীজগদীশ কৌয়ি।

### তৈনবক্নোল

কনা কনাগুম্বনা হায় মদুদি—স্বরূপ অমসুং জগদীশ হায়বা অনীসিসু শ্রীঅদ্বৈতগী মচানুপানী। করি করিগুম্বা লাইরীক্তা পাঠান্তর লৈবনা অসিনী—"আর পুত্র রূপ, শাখা জগদীশ নাম।" মসি মাখনলাল ভাগবত-ভূষণগী সংস্করণ-দা য়াওবনী। ভাগবতভূষন্না হায়—"শ্রীঅদ্বৈতগী অচ্যুতানন্দ, কৃষ্ণ, গোপাল, বলরাম অমসুং রূপ কৌবা মচানুপা মঙানী। জগদীশ কৌবা শাখা অমনী।"

## মূল ২৮

কমলাকান্ত বিশ্বাস নাম আচার্য্যকিঙ্কর।
আচার্য্যের ব্যবহার তাঁহার গোচর॥ ২৮॥

### শব্দার্থ

কমলাকান্ত বিশ্বাস—শ্রীকমলাকান্ত বিশ্বাস, নাম—কৌবা, আচার্য্য-কিঙ্কর—আচার্য্যগী মনাইনুপা, আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, ব্যবহার—সংসারগী শেলথুম থাকপা-চৎপনচিংবগী ব্যবহারিক বিষয়, তাঁহার—মহাক্না, গোচর—য়েংলম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কমলাকান্ত বিশ্বাস কৌবা অমা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মনাইনী। মহাক্না আচার্য্যগী শেলথুম্নচিংবগী ব্যবহারিক বিষয় পানরম্মী।

মূল ২৯

নীলাচলে তেঁহো এক পত্রিকা লিখিয়া।
প্রতাপরুদ্রের পাশ দিলা পাঠাইয়া ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

নীলাচলে—নীলাচলদা, তেঁহো—মহাক্না; এক—অমা, পত্রিকা—চিঠি, লিখিয়া—ইদুনা; প্রতাপরুদ্রের--প্রতাপরুদ্র নিংথৌগী, পাশ—নাক্লা, দিলা—পীরম্মী; পাঠাইয়া—থাদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীলাচল লমদমদা মহাক্না ( কমলাকান্ত বিশ্বাসনা ) চিঠি ইরগা শ্রীপ্রতাপরুদ্র নিংথৌগী নাক্লা থাদুনা পীথি।

তৈনবোল

চিঠিসিদা ইবদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মীগী শেল তোনবা শিংদোকে হায়বগীদমক লুপা চহুমদং মতেঙ পাঙননবা হায়জবগী রানী।

মূল ৩০

সেইত পত্রীর কথা আচার্য্য নাহি জানে।
কোন-পাকে সেই পত্রী আইল প্রভুস্থানে ॥ ৩০ ॥

শব্দার্থ

সেইত মহু, পত্রীর—চিঠিগী, কথা - রা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, নাহি জানে—খঙদে, কোন-পাকে - কৈনোমা তৌবদগী; সেই পত্রী—চিঠিহু, আইল—লাকখি, প্রভুস্থানে—মহাপ্রভুগী মফমদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিঠিগী রাদি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদি খঙলমদে। কৈনোমা তৌবদগী চিঠিহুমক মহাপ্রভুগী মফমদা লাকখি।

## মুল ৩১-৩২

সেই পত্রীতে লিখিয়াছে এইত লিখন —
ঈশ্বরত্বে আচার্য্যেরে ক'রেছে স্থাপন ।। ৩১ ।।
কিন্তু তাঁর দৈব কিছু হইয়াছে ঋণ ।
ঋণ শোধিবারে চাহি তঙ্কা শত তিন ।। ৩২ ।।

### শব্দার্থ

সেইপত্রীতে—চিঠি অদুদা, লিখিয়াছে—ইবম্লে, এইত—অসিমক; লিখন—ইবা; ঈশ্বরত্বে—ঈশ্বর ওই হায়না, আচার্য্যেরে—অদ্বৈতাচার্য্যবু; ক'রেছে স্থাপন—থাজংলে। কিন্তু—অদুবু, তাঁর—মহাকী; দৈবে—লাইগী নোংদম্না; কিছু—খরা; হইযাছে—ওইরে ঋণ—লমন্, ঋণ—লমন্, শোধিবারে—শিংদোক্লবা, চাহি—পাম্মী, তঙ্কা—লুপা, শত তিন—চহুম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিঠিদুদা ইরম্বা য়াদি অসিনী—অদ্বৈতাচার্য্যবু ঈশ্বরনী হাযরম্মী। অদুবু লাইগী নোংদমদগী মীগী শেল খরা তৌরুরে। মীগী লমন অদু শিংদোক্লবগীদমক লুপা চহুমদং পামজে।

## মুল ৩৩

পত্র পড়িয়া প্রভুর মনে হৈল দুখ।
বাহিরে হাসিয়া কিছু কহে চন্দ্রমুখ ।। ৩৩ ।।

### শব্দার্থ

পত্র—চিঠি, পড়িয়া—পারগা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, মনে—পুক্নীঙদা, হৈল—ওইখি, দুখ—মুংঙাইতবা, বাহিরে মপান্থোংদদি, হাসিয়া—নোক্লগা, কিছু—খরা, কহে—হায়, চন্দ্রমুখ—থাজ-মানবা মায়থোং-পানবা মহাপ্রভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিঠি পারগা মহাপ্রভুগী পুক্নীঙদা মুংঙাইরমদে। মপান্থোংদদি নোক্লগা থাজ মায়থোং-পানবা মহাপ্রভুনা খরা হায়খি।

## মূল ৩৪

আচার্য্যেরে স্থাপিয়াছে করিয়া ঈশ্বর।

ইথে দোষ নাহি আচার্য্য দৈবত ঈশ্বর ॥ ৩৪ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যেরে—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু, স্থাপিযাছে—মানী হায়না প্রমাণ তৌরে, করিযা—ওইহন্দুনা ; ঈশ্বর—ঈশ্বর, ইথে—অসিদা ; দোষ নাহি—অকাযবা লৈতে, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; দৈবত—চাননমক, ঈশ্বর—ঈশ্বরনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যবু ঈশ্বরনী হায়না প্রমাণ তৌরে। মসিদা অকায়বা লৈতে, মরমদি আচার্য্যদি তশেংনমক ঈশ্বরনী।

## মূল ৩৫

ঈশ্বরেব দৈন্য করি করিয়াছে ভিক্ষা।

অতত্রব দণ্ড কবি কবাইব শিক্ষা ॥ ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

ঈশ্বরের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বরগী, দৈন্য করি—লৈত-লায়রবা উৎতুনা ; করিযাছে—তৌরে, ভিক্ষা—নিবা, অতএব—মরমতুনা, দণ্ড করি—শাস্তি পীতুনা, কবাইব শিক্ষা—খণ্ডহনগে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশ্বরগী লৈত-লায়রবা উৎতুনা শেল নিরুরে। মরমতুনা শাস্তি পীতুনা মাবু খণ্ডহনগে।

### তৈনবোল

কমলাকান্তনা ঈশ্বরতত্ত্ব ওইবা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী লৈত লাযরবা উৎতুনা মহাক্কী ঈশ্বর ওইবতুগী চাং তাহল্লে হায়তুনা মহাপ্রভুনা মুংঙাইরমদে। মরমতুনা মহাপ্রভুনা কমলাকান্তবু শাস্তি পীগে হাযনা চপ লেপখি।

## মূল ৩৬

গোবিন্দেরে আজ্ঞা দিল—ঞিহা আজ হৈতে।

বাউলিযা বিশ্বাসেরে না দিবে আসিতে ॥ ৩৬ ॥

## শব্দার্থ

গোবিন্দেরে—গোবিন্দদা ' আজ্ঞা—য়াথং , দিল পীরম্মী , ঐহা—মফমসিদা , আজ হৈতে—ঙসিদগী , বাউলিয়া—অঙাওবা , বিশ্বাসেরে—কমলাকান্ত বিশ্বাসবু , না দিবে আসিতে লাক্কে হায়বদা য়াগনু হায়বদি চঙহল্লকনু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(মহাপ্রভুনা মনাইগী গোবিন্দদা য়াথং তাউথরম্মী— মফমসিদা ঙসিদগী হৌনা অঙাওবা কমলাকান্ত বিশ্বাসবু চঙহল্লকনু ।

## মূল ৩৭

দণ্ড শুনি বিশ্বাস হৈলা পরমদুঃখিত।
শুনিয়া প্রভুর দণ্ড আচার্য্য হর্ষিত। ৩৭ ॥

## শব্দার্থ

দণ্ড—শাস্তি , শুনি—মনাকোঙনা তাবদা , বিশ্বাস—কমলাকান্ত বিশ্বাস , হৈলা ওইখি ; পরমদুঃখিত—খমথেংনা মু ঙাইতবা , শুনিয়া—নাকোঙনা তারগা প্রভুর দণ্ড—প্রভুনা পীবা শাস্তিদু , আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , হর্ষিত— হরাওখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্তিগী ৱা তাবদা কমলাকান্ত বিশ্বাস খমথেংনা দুখ্ঙাইজরমদে। মহাপ্রভুনা পীরবা দণ্ডিগী ৱাদু তাবদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যদি হরাওরম্মী ।

## মূল ৩৮

বিশ্বাসেরে কহে—তুমি বড ভাগ্যবান।
তোমারে করিল দণ্ড প্রভু ভগবান্ ॥ ৩৮ ॥

## শব্দার্থ

বিশ্বাসেরে—কমলাকান্ত বিশ্বাসদা , কহে—( শ্রীঅদ্বৈতনা ) হায় ; তুমি—নহাক ; বড—য়াম্না , ভাগ্যবান্—লাইবকফবা (ওইরে) , তোমারে—নহাকপু , করিল—তৌরে , দণ্ড—দণ্ডি ; প্রভু - মহাপ্রভু ; ভগবান্—ভগবান্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা কমলাকান্ত) বিশ্বাসদা হায়রম্মী—"মহাক নরাযবক য়াম্না ফত্ত্রবনী, ( মরমদি ) মহাপ্রভু ভগবান্না মহাকপু দণ্ডি তৌরিবনী।

## মূল ৩৯-৪০

পূর্ব্বে মহাপ্রভু মোরে করেন সম্মান।
দুঃখ পাই মনে আমি কৈল অনুমান॥ ৩৯॥
'মুক্তি' শ্রেষ্ঠ করি কৈল বাশিষ্ঠ ব্যাখ্যান।
ক্রুদ্ধ হঞা প্রভু মোরে কৈল অপমান॥ ৪০॥

## শব্দার্থ

পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা, মহাপ্রভু শ্রীগৌরাঙ্গনা, মোরে ঐবু, করেন—তৌযি, সম্মান—ঈকাই খুম্নবা, দুঃখ পাই মুংঙাইতে, মনে—পুক্নীঙদা, আমি—ঐনা, কৈল—তৌরে অনুমান—হ্রাখল্ল' শাগৎপা; মুক্তি—অরান্-খুভম, সাযুজ্য (হায়বদি ঈশ্বরদা তিনবা ) মুক্তি, শ্রেষ্ঠ করি—হেল্লী হায়না কৈল—তৌকরে, বাশিষ্ঠ—বশিষ্টমুনিনা লেংবা যোগশাস্ত্র, ব্যাখ্যান-ব্যাখ্যা, ক্রুদ্ধ-অশাউবা, হৈযা—ওইদুনা, প্রভু—মহাপ্রভুনা, মোরে ঐবু, কৈল তৌখ, অপমান-ইকায়বা পীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা মহাপ্রভুনা ঐবু যাম্না ঈকায় খুম্নৈ। মতুদা ঐগী পুক্নীঙদা মুংঙাইতদুনা ঐনা অনুমান তৌখি। মুক্তিন' অথে ইবনী হায়দুনা ঐনা বশিষ্টনা লেংলম্বা যোগশাস্ত্র ব্যাখ্যা মতৌ তৌখি। মতুদা শাউরদুনা প্রভুনা ঐঙোদা ইকায়বা পীখি।

## নৈনরোল

পয়ার অনীসিদা য়াওরিবা হ্রারী-দমক পরিচ্ছেদসিগী শ্লোক-অহানবদুগী নৈনরোল য়েংবিয়ু।

## মূল ৪১

দণ্ড পাঞা হৈল মোর পরম আনন্দ।
যে দণ্ড পাইল ভাগ্যবান্ শ্রীমুকুন্দ॥ ৪১॥

## শব্দার্থ

দণ্ড—শাস্তি , পাঞ্চা—ফংহুনা , হৈল - ওইখি , মোর—ঐগী , পরম—খমথেংবা , আনন্দ—নুংঙাইবা , যে দণ্ড—দণ্ডিহুগুম্বা , পাইল—ফংখি , ভাগ্যবান—লাইবক-ফবা , শ্রীমুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীঅদ্বৈতনা হায়খি— ) শাস্তি ফংহুনা ঐগী খমথেংনা নুংঙাইবা হায়বহু ওইখি । ( ঐনা ফংবা শাস্তিহু ) লাইবকফবা শ্রীকুমুন্দস্নু ফংখি ।

## নৈনরোল

মহাপ্রভুগী মহাপ্রকাশ তৌবগী মতমদা মী পুম্নমকপু কৌরগা প্রভুনা কৃপা তৌবিখি । অদুবু মুকুন্দ দত্তবুদি কৌবিখিদে । মুকুন্দস্নু প্রভুনা কৌবদবদুদা কিহুনা প্রভুগী মাঙদা চঙঙকপগী থৌনাহু চেল্লমদে । মতমদুদা শ্রীবাস পণ্ডিতনা প্রভুদা হঙ্গংখি—“প্রভু, মুকুন্দদি প্রভুগী যাম্ন নুংশিবা মীনী, মাগী ঈশৈ তাবদা প্রভুদি যাম্না নুংঙাইবনী । ঙসিদি মী অতৈ পুম্নমকপু কৃপা তৌহুনা কৌবিরে , অদুবু মুকুন্দবু কৌবিদবদি করিগীনো ? মহাক্কী থরাই য়াম্না নুংঙাইত্রে , মাগী দোষ লৈরগনা মাবু কৌবিবগা শাস্তি পীনবিয়ু ।” অসি তারগা প্রভুনা খুমখি—“কান্নদে, শ্রীবাস, মুকুন্দগী রাহু ঐঙোন্দা হায়রগনু , মুকুন্দ হায়বসে মানা থেংন-থেংনরুবা মী হুগী মতৌংম্না রা ঙাঙবা জাৎনী । জ্ঞানমার্গগী মীতা মনাক চৎপা মতমদা যোগবাশিষ্টগী রা ঙাঙঙী, ভক্তগী মনাক চৎপা মতমদনা ভক্তিনা হেল্লী হাযবা । অদুনা ভক্তিগী মফমদা মহাক অপরাধ তৌবে, মরম্সনা মহাক ঐগা উনবা য়াদবে ।” মুকুন্দদো মপান্দা লৈহুনা রা পুম্নমক্তি তারম্মী , মদু স্তারগা মহাক শিরগে হায়না মপুক্লীঙ চপযুংলম্মী । অদুগা কপ্না কপ্না শ্রীবাসদা হায়খি—“শ্রীবাস, করিগুম্বা মতমদস্নু প্রভুগী দর্শন ফংলরোইদ্রা অমুক্তা হংবিয়ু ।” হঙ্গৎলুবদা প্রভুনা হায়রকখি—“মপোক কোটিরক্কী মতুঙদা দর্শন শোযদনা ফংগনী ।” শোযদবা রাসি তাবদা হরাউমনখিহুনা মুকুন্দনা মহা আনন্দদা জগোই শাখি । মুকুন্দগী থৌদোহু উবদা প্রভুনা নোক্লক্লে । মুকুন্দহু থুনমক পুশল্লকউ হায়না য়াথং তাউথখিরকখি । থুদক্তা মুকুন্দনা প্রভুগী দর্শন ফংজখি । অহানবদা চঙবা য়াদে হায়না থিংখিবহু মুকুন্দনা ফংখিবা শাস্তিনী ।

## মূল ৪২

যে দণ্ড পাইলেন শ্রীশচী ভাগ্যবতী ।
সে-দণ্ড-প্রসাদ অন্যলোক পাবে কতি ।। ৪২ ।।

### শব্দার্থ

যে দণ্ড—দণ্ডিদু ; পাইলেন—ফংখি , শ্রীশচী—শ্রীশচীদেবীনা , ভাগ্যবতী লাইবকফবী , সে দণ্ড-প্রসাদ—দণ্ডগী মশক ওইবা প্রসাদ অদু ; অন্যলোক অতোপ্পা মীনা , পাবে—ফংগনী , কতি—কদায়দা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইবক ফবী শ্রীশচীদেবীনা ফংখিবা দণ্ডিগী মশক ওইবা প্রসাদ অদু অতোপ্পা মীনা কদায়দা ফংগদগে ?

### তাৎপর্য

শ্রীশচীদেবীগী মচানুপা অহল শ্রীপাদবিশ্বরূপ অদ্বৈতগী সভাদা মতম লৈবা খিবিক্তা চৎলী ; শ্রীঅদ্বৈতপ্রভু মহাক্না লোয়ননা ভগবৎ-কথানচিংবা ব্রারী-ব্রাতাই তৌনদুনা নুংঙাইনৈ । মতম খবা লৈবগা বিশ্বরূপ লম্বোইদুনা যুম থাদোকখ্রে । মচা মুংশিবগী শকফম লৌরিবী শ্রীশচীমাতানা খল্লম্মী—"অদ্বৈতনা ঐগী ইচানুপাদু যুম থাদোকহনখিবনী ।" মসুম্না খনবদগী শচীমাতানা অদ্বৈতবু ব্রারৌখি । কোন্থংদা বিশ্বম্ভরব য়েংদুনা অদুগা বিশ্বম্ভরনা মাদি সংসারদা লেগনী হায়বদা শচীমাতাগী মপূক্কীণ্ড লুম্নদুনা বিশ্বরূপকা কাযনবগী ব্রাদু কাউখবে অদুগা অদ্বৈতবু ব্রারৌলম্বদু তোকখি । মতম খর লৈরগা বিশ্বম্ভরনা আত্মপ্রকাশ তৌরবা মতমদা মহাপ্রভু শ্রীঅদ্বৈতগা লোয়ননা মতম পূম্নমক লেনবা হৌগৎলকখি । মতমদুদা শচীমাতানা হান্নগী ব্রাদু নীঙশীঙলক্লে । মহাক্না চিংখৎলক্লে, বিশ্বরূপতৌনা বিশ্বম্ভরসু সংসার থাদোক্ল-বনী হায়না । মতুদ মথৎনাই বামনখিদুনা শচীমাতানা থোক হায়দোক্লকখি—"কনানা হায়রিবনো অদ্বৈতনী হায়না ? গোসাঞ্জি অসিদি দ্বৈত অচৌবনী । থাজনানবা ইচানুপা অমবু যুম থাদোকহল্লগা ইচা অমা লেবিশিন্দ্রিবসু লাভ-তকহল্লে । কনা-লেত্রবী ঐবুদি কনামতনা দয়া তৌনীঙদে । জগৎনদি অদ্বৈত হায়বা, ঐঙোন্দদি মহাক দ্বৈত মায়ানা " শ্রীঅদ্বৈতবু অসুম্না ব্রারৌলুবসিদা শচীমাতাগী বৈষ্ণব-অপরাধ হায়বদু ওইবে হায়না মহাপ্রভুনা খনখি, মরমদুনা মহাপ্রকাশগী মতমদা মী অতৈদদি প্রেম পীরগা শচীমাতাদদি প্রেম পীখিদে ।

অসুম্না শচীমাতাদা প্রেম পীদবসি শচীমাতাদা পীবা দগুনী। তৌবগীদি, শ্রীঅদ্বৈতনা অপরাধ ক্ষমা তৌরবা মতমদদি শচীমাতা প্রেম ফংখি। শচীমাতাগা মুকুন্দগা অনীবু মহাপ্রভুনা য়াম্না চান্‌বীবা মরম্না মখোয়বু প্রভুনা শাস্তি পীরগা চুমথোকপিরম্বনী।

## মুল ৪৩

এত কহি আচার্য্য তাঁরে করিয়া আশ্বাস।

আনন্দিত হৈয়া আইলা মহাপ্রভুর পাশ ॥ ৪৩ ॥

### শব্দার্থ

এত —অসূকথক, কহি—হায়রগা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, তাঁরে —মহাকপু, করিযা আশ্বাস - থেমজন্দুনা, আনন্দিত হৈয়া—নুংঙাইরদুনা, আইলা—লাকখি; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী পাশ—নাক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসূকথক হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা মহাকপু (কমলাকান্ত বিশ্বাসপু) মপূক্লীঙ লুম্‌হল্লগা নুংঙাইরদুনা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাকখি।

## মুল ৪৪

প্রভুকে কহেন—তোমার না বুঝিয়ে লীলা।

আমা হৈতে প্রসাদপাত্র ক'রলা কমলা ॥ ৪৪ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুকে—মহাপ্রভুদা, কহেন—হঙ্গংলী, তোমার—নহাকী, না বুঝিয়ে—খঙদে, লীলা—লীলা, মতৌ, আমা হৈতে—ঐঙোন্দগী হেন্না; প্রসাদপাত্র—চান্‌বিফম্, করিলা—ওইহল্লে, কমলা—কমলাকান্তবু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা মহাপ্রভুদা হঙ্গংলী—"নহাকী লীলাসে খঙবা ঙমদে। ঐঙোন্দগী হেন্না কমলাকান্তবুনা চান্‌বিফম ওইহল্লে।"

## মুল ৪৫

আমারেহ কভু যেই না হয় প্রসাদ।

তোমার চরণে আমি কি করিনু অপরাধ ॥ ৪৫ ॥

### শব্দার্থ

আমারেহ — ঐঙোন্দফাওবা ; কভু — কদৌঙৈদা , যেই — মহু ; না হয় — ওইদে , প্রসাদ — চান্‌বীবা ; তোমার চরণে — নখুয়াদা , আমি — ঐনা , কি — করি , করিনু — তৌগ্রবনো ; অপরাধ — অয়োল-অরাল ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

"ঐঙোন্দফাওবা কদৌঙৈদা ওইখ্রিদ্রিবা মচান্ অহু ( কমলাকান্তদা চান্‌বিরে ) । ঐনা নখুয়াদা করি অয়োল-অরাল তৌগ্রবনো ?" —( অসুম্না শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রম্মী ) ।

### মুল ৪৬

এত শুনি মহাপ্রভু হাসিতে লাগিলা ।

বোলাইলা কমলাকান্তে—প্রসন্ন হইলা ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

এত - অসুকথক , শুনি — নাকোঙনা তারগা , মহাপ্রভু — মহাপ্রভুনা , হাসিতে লাগিল — নোক্‌খৎলম্মী , বোলাইলা — কৌহল্লে , কমলাকান্তে — কমলাকান্তবু , প্রসন্ন হইলা — পেল্লে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাসুকথক নাকোঙনা তারগা মহাপ্রভুনা নোকপা হৌরকখি । কমলাকান্তবু কৌহল্লে, মরমদি প্রভু পেন্‌বিরম্লে ।

### মুল ৪৭

আচার্য্য কহে—ইহাকে কেনে দিলে দরশন ?

দুই প্রকারেতে করে মোরে বিডম্বন ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্য — শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য , কহে হায় , ইহাকে — মঙোন্দা ; কেনে — করিগীদমক , দিলে — পীরিবনো , দরশন — উবা (দর্শন) , দুই — অনী , প্রকারেতে — মওংদা ; করে — তৌরে , মোরে — ঐঙোন্দা ; বিডম্বন — লোলন্বা ( প্রতারণা ) ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায়রম্মী—মসিদা করিগীদমক দর্শন পীনখিরিবা ? (মহাকা) ঐগোন্দা মগুং অনাদা লৌনমগুবনী।

## নৈনবোল

বিডম্বনা অনীগী মওংদি অসিনী—অহানবদনা, অদ্বৈতাচার্য্যদা খঙহনম্বা চৈতন্য প্রতাপরুদ্রদগী শেল ভিক্ষা নিতুনা চিঠি ইরম্লে, অনীশুবদনা, অদ্বৈতাচার্য্যবু ঈশ্বরনী হায়রম্লে। মসিদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মহাপ্রভুদা হায়রম্মী--"ঐবু ঈশ্বরনী হায়জন্দুনা মীগী মমাঙদা তুক্কচনগাই ওইহল্লে অদুগা ঈশ্বরগী মফমদা অপরাধ ওইগদৌবে।" তৌবগীবুদি শ্রীঅদ্বৈতদি ঈশ্বরনী, অদুবু দৈন্য উৎপগী দমক্তা মথক্কী বা শংসি মহাক্না হায়রনী।

### মূল ৪৮

শুনিয়া প্রভুর মন প্রসন্ন হইল।

দোঁহার অন্তরকথা দোঁহে সে বুঝিল ॥ ৪৮ ॥

#### শব্দার্থ

শুনিয়া—নাকোঙনা তারগা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, মন—পুক্নীঙ, প্রসন্ন—পেনবা হইল ওইরে দোঁহার—অনীগী, অন্তরকথা—মনুংগী বা, দোঁহে—অনীনা, সে—মদু, বুঝিল—খঙনরম্মী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতগী বা তারগা মহাপ্রভুগী পুক্নীঙ পেনখি। মখোয় অনীগী বাদো মাখোয় অনীমা খঙনখি।

### মূল ৪৯

প্রভু কহে—বাউলিয়া। ঐছে কাহে কর ?

আচার্য্যের লজ্জাধর্ম্মহানি সে আচর ॥ ৪৯ ॥

#### শব্দার্থ

প্রভু—মহাপ্রভুনা, কহে—হায়, বাউলিয়া—অঙাওবা; ঐছে—অদুম্না; কাহে—করিগী, কর—তৌবিবনো; আচার্য্যের—আচার্য্যগী, লজ্জাধর্ম্মহানি—ইকাইবসু ধর্ম্মসু মাঙহনবা, সে—মদু, আচর—তৌরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায়রম্মী—হে অজাওবা ! অদুম্না কয়িগী তৌরিবনো ? আচার্য্যগী লজ্জাসু ধর্ম্মসু মাঙনবা আচরণ তৌরে।

## তৈনবোল

শেন্দোরা শিংননবগীদমক কনাগুম্বা অমগী মতেঙ নিরুমবদি ইশাগী অরাংপা অচুগা তোন্নবদু কোঙদোকয়ি , মচুদা ঊকায়বা মাঙলে। অচুগা নিংথৌগী লন লৌরগদি ধর্ম্মসু মাঙলে। ধর্ম্ম মাঙবগী মরমদু মথংগী পয়ার ৫০/৫১-দা য়েংবিয়ু।

মুল ৫০–৫১

প্রতিগ্রহ না করিয়ে কভু রাজধন।

বিষয়ীর অন্ন খাইলে দুষ্ট হয় মন ॥ ৫০ ॥

মন দুষ্ট হৈলে নহে কৃষ্ণের স্মরণ।

কৃষ্ণস্মৃতি বিনু হয় নিষ্ফল জীবন ॥ ৫১ ॥

## শব্দার্থ

প্রতিগ্রহ—দান লৌবা , না করিয়ে- তৌকদে , কভু – কদৌমৈদসু ; রাজধন— নিংথৌগী মরল , বিষয়ীর—ইন্দ্রিয়-পেমবা-পোৎ পাম্বা মীগী ; অন্ন—চাক্ , খাইলে—চারগদি , দুষ্ট—মোৎপা , হয়—ওই , মন—পুক্নীঙ , মন দুষ্ট হইলে—পুক্নীঙ মোৎলগদি , নহে - ওইদে, যাদে , কৃষ্ণের স্মরণ —কৃষ্ণবু নীঙশীঙবা , কৃষ্ণস্মৃতি—কৃষ্ণ-নীঙশীঙবা , বিনু—নত্তনা , হয়— ওই , নিষ্ফল—মহৈয়াদ্রবা , জীবন—পুন্সী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কদৌমৈদসু নিংথৌগী লন দান ওইনা লৌফদে। বিষয়ীগী মচেঙ চারগদি পুক্নীঙ মোৎলকয়ি। পুক্নীঙ মোৎলবদি কৃষ্ণবু নীঙশীঙদে। কৃষ্ণ নীঙশীঙদ্রবদি পুন্সী মহৈ য়াদ্রে।

## তৈনবোল

মফমসিদা বিষয়ী হায়রিবসি রাজা প্রতাপরুদ্রবু হায়রিবনী। পরম-ভক্ত রাজা প্রতাপরুদ্রগী মফমদা কমলাকান্ত বিশ্বাসনা শেল নিরম্মী। প্রতাপরুদ্র মশামক্তি বিষয়-পাম্বা নৎলম্দে, অদু ওইরবসু মরল-মথুম

শীঙলাকপা রাবমথৈ লৈরম্বা মী ওইবনা নিংথৌশিংনা বিষয়-দা লুপ্পদি য়াম্না য়াবনী অহুগা নিংথৌ অয়াম্বনা বিষয়দা আসক্ত ওইগনী ; পরলোকদা মঙ্গল পাম্বশিংগীদি নিংথৌগী ময়ম লৌকদে হায়। নিংথৌদগীদা নত্তে, শেল্লৈতবা মীশিংগী মরক্তা বিষয়াসক্ত ওইরবদি মতুগুম্বা মীদগী দান লৌরগদি মাঙনভাই মশক্কী। মরমদি—প্রাচীন মহাজনশিংনা থাজনরম্বা অমা লৈ মতুদি—কনাগুম্বা মী অমগী মচেঙ চারুরবদি, মীতুগী দোষগুণ অতু মাগী চেঙ চারুবা মীগী চিত্তদা চঙভকৃণী হায়। মরমতুনা বিষয়না চিত্ত মোৎলবা মীভাদগী দান লৌরগদি দান-লৌবা মীগী চিত্তসু মোৎকনী। মনুসংহিতাদা হায়রি ( ৪/৯১ )—"ন রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্নন্তি প্রেত্য শ্রেয়োঽভিকাঙ্ক্ষিণঃ— পরলোকদা মঙ্গল পাম্বা মীশিংনা নিংথৌগী লন লৌফদে।" হরিভক্তিবিলাসদসু মতুম্না হায়, "ন রাজ্ঞঃ প্রতিগৃহ্ণীয়ান্ন শূদ্রাৎ পতিতাদপি। নান্যস্মাদ যাচকত্বঞ্চ নিন্দিতাদ্বর্জ্জয়েদ্ বুধ। —নিংথৌদগী শূদ্রদগী নত্রগা পতিত ওইবা মীদগী প্রতিগ্রহ তৌফদে অতুগা নিন্দা তৌনরবা মীতাদগীসু নিফদে /১১/৪৫৬॥"

মুল ৫২

লোকলজ্জা হয়, ধর্ম্ম-কীর্ত্তি হয় হানি।
ঐছে কর্ম্ম না করিহ কভু ইহা জানি॥ ৫২॥

শব্দার্থ

লোকলজ্জা—মীগী মমাঙদা ঈকাইবা, হয়—ওই, ধর্ম্ম-কীর্ত্তি—ধর্ম্ম অমসুং মিংচৎ, হয়—ওইনী, হানি—মাঙবা, ঐছে—অতুগুম্বা, কর্ম্ম—থৌদৌ, না করিহ—তৌগনু ; কভু—কদৌঙৈদা, ইহা- মসি, জানি—খঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুনা অসিমু হায়রম্মী— ) "মীগী মমাঙদা ঈকায়বা অমনী। ধর্ম্মগা মিংচৎকসু মাঙগনী। অসি খঙনা অসিগুম্বা থৌদৌ কদৌঙৈদা তৌরনু।"

মুল ৫৩

এই শিক্ষা সভাকারে—সভে মনে কৈল।
আচার্য্য—গোসাঞি মনে আনন্দ পাইল॥ ৫৩॥

### শব্দার্থ

এই—মসি, শিক্ষা—পাউত্তাক; সভাকারে—মী পুম্নমক্তনী, সভে লোইনমক্লা, মনে কৈল—খল্লম্মী, আচার্য্যগোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য প্রভু, মনে—পুক্লীওদা, আনন্দ—নুংঙাইবা; পাইল—ফংলে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পাউত্তাকসি মী পুম্নমক্কী মফমদনী হায়না ময়াম পুম্নমক্লা মপুক্লীওদা খল্লম্মী। শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যস্থ মপুক্লীওদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

### মূল ৫৪-৫৫

আচার্য্যের অভিপ্রায় প্রভুমাত্র বুঝে।
প্রভুর গম্ভীরবাক্য আচার্য্য সমুঝে ॥ ৫৪ ॥
এইত প্রস্তাবে আছে বহুত বিচার।
গ্রন্থবাহুল্যভয়ে নারি লিখিবার ॥ ৫৫ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী, অভিপ্রায়—অপাম্বা, প্রভুমাত্র—মহাপ্রভুত্তনা, বুঝে খঙঙী, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, গম্ভীরবাক্য—চীঙলেম্না ঙাঙবা রা, আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, সমুঝে—খঙঙী, এইত প্রস্তাবে—রাফমসিদা (দান লোবগী মরমদা), আছে—লৈ বহুত—য়াম্না, বিচার—খন্নগদবা রা; গ্রন্থবাহুল্য—লাইরীক পাক্‌থোকখিবগী, ভয়ে—কিবনা, নারি—ঙমদ্রে, লিখিবার—ইগদবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী অপান্বদো শ্রীমন্ মহাপ্রভুত্তনা খঙঙী, অদুগা মহাপ্রভুগী চীঙলেম্না ঙাঙথোরকপা রাহু শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা খঙঙী। (প্রতি-গ্রহগী মত্তাঙদা) নৈনননাওয় রা য়াম্না লৈ, অদুবু লাইরীক পাকথোক-চাউথোকখরনী হায়না কিবদগী মদু পুম্নমক ইগদবহু ঙমদ্রে।

### মূল ৫৬-৫৭

শ্রীযদুনন্দনাচার্য্য অদ্বৈতের শাখা।
তাঁর শাখা-উপশাখার নাহি হয় লেখা ॥ ৫৬ ॥

## তৈনবয়োল

মালীনা চাইবা লাইজত্থু পাম্বীগী স্কন্ধমা চিংশরগা লাইজত্থু অমুক শাখা—প্রশাখাশিংদা শীবগুম্বা শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীচৈতন্যদগী ফংবা কৃষ্ণপ্রেম অত্থু মাগী পরিকরশিংদা য়েনখি।

## মূল ৬৭

ইহার মধ্যে মানি পাছে কোন শাখাগণ।

না মানে চৈতন্য মালী দুর্দ্দৈব কারণ ॥ ৬৭ ॥

## শব্দার্থ

ইহার—মসিগী, মনুঙদা, মানি—যাবগা, পাছে—তুংদা, কোন—কনা, শাখাগণ—শাখাশিং; না মানে—য়াদ্রে, চৈতন্য মালী—শ্রীচৈতন্য মালীবু; দুর্দ্দৈব—নোংদম থীবা, কারণ মরম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয়সিগী মনুঙদা শ্রীঅদ্বৈতবু মানিরগা কনা কনাগুম্বনা নোংদম থীবা মরম্বা শ্রীচৈতন্য মালীবু মানিরমদে।

## তৈনবয়োল

শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইন্‌বা মীশিংগী মনুঙদা অহানবদদি শ্রীমনমহাপ্রভুবু স্বয়ং ভগবান্নী হায়দুনা মানিরম্মী, অদুবু শ্রীঅদ্বৈতনা যোগবাশিষ্ট ব্যাখ্যা তৌবদা জ্ঞানবু মরু ওইনা থাজংলম্বগী মতুঙদগী কনা কনানা শ্রীঅদ্বৈতবু ঈশ্বরনী হায়দুনা মানিরম্মী; অদুগা মহাপ্রভুবুদি মানিরমদ্রে।

## মূল ৬৮

যে জন্মাইল জীয়াইল—তাঁরে না মানিল।

কৃতঘ্ন হইল, তারে স্কন্ধ ক্রুদ্ধ হৈল। ৬৮ ॥

## শব্দার্থ

যে—মহাক্না, জন্মাইল—পোকহল্লে, জীয়াইল—হিংহল্লে; তারে—মহাকপু; না মানিল—য়াদরে, কৃতঘ্ন—তৌবিমল-খঙদবা, হইল—ওইরে; তারে—মাবু (য়াদবা মীদুবু), স্কন্ধ—স্কন্ধ অদ্বৈতনা, ক্রুদ্ধ—শাউবা, হৈল—ওইরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ঐখোয় খাইবু ) পোকহল্লিবা অহুম্বা হিংহল্লিবা মহাকপু মানিত্রবা অতুগুম্বা মীভাদি তৌবিমল-খণ্ডদবা ওইরে। মীতাংবু প্রেমবৃক্ষগী স্কন্দ ( শ্রীঅদ্বৈতনা ) শাউখি।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতগী তুংইনবা মী থরনা মহাপ্রভুবু ভগবান্নী হায়না মানিদবহুদা শ্রীঅদ্বৈতনা মখোয়বু শাউরম্মী, শাউবদগী মখোয়দা কৃষ্ণপ্রেম পীবা লেপ খি। অহুনা মখোয়দা লৈরম্বা প্রেমহু মাঙখিরম্মে। মরমহুনা মখোয়গী হৃদিশু কংলম্মে।

## মূল ৬৯

ক্রুদ্ধ হএগ স্কন্ধ তাঁরে জল না সঞ্চারে।

জলাভাবে কৃশ শাখা শুকাইয়া মরে ॥ ৬৯ ॥

## শব্দার্থ

ক্রুদ্ধ—অশাউবা, হএগ—ওইরদুনা, স্কন্ধ—স্কন্ধ ( শ্রীঅদ্বৈত ), তারে—মগোন্দা ( মহাপ্রভুবু মানিদবা উশা ওইবা মীদা ), জল—ঈশীঙ, না সঞ্চারে—য়োঁহল্লে, জল-অভাবে—ঈশীঙ ৱাংপনা। কৃশ—য়াঙকংবা, শাখা—উশা, শুকাইয়া—কংশন্দুনা, মরে—শিরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাউরদুনা স্কন্ধ ওইবা শ্রীঅদ্বৈতনা মহাপ্রভুবু য়ারমদবা মীতাদা প্রেম কৌবা ঈশীঙ য়োঁহল্লমদে। ঈশীঙৱাংপদগী য়াঙগঙলবা শাখাহু কংশিন্দুনা শিরে।

## নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতনা চান্বিত্রবহুদা মাবু য়ারবা মীশিংহুগী থম্মোইগুংদগী কৃষ্ণপ্রেম মাঙখি।

## মূল ৭০

চৈতন্যরহিত দেহ—শুষ্ক কাষ্ঠসম।

জীবিতেই মৃত সেই, দণ্ডে তারে যম ॥ ৭০ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যরহিত—শ্রীচৈতন্য যাওদ্রবা, দেহ—হকচাঙদি; শুষ্ক—অকণ্ডবা, কাষ্ঠ—উককা, সম—মাদৈ; জীবিতেই—হিংলা হিংনা; মৃত—শিরবনী; সেই—মহাক, দণ্ডে—দণ্ড পীয়ে, তারে—মঙোন্দা, যম—যমরাজনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনী দেহদা চৈতন্য যাওদ্রবদি দেহ্তু উকংগা মাদ্রে। মত্থু হিংনা হিংনা শিরবনী; মাবু যমরাজনা দণ্ডি পীয়ে।

### মূল ৭১

কেবল এ গণ প্রতি নহে এ দণ্ড।

চৈতন্যবিমুখ যেই—সেই ত পাষণ্ড॥ ৭১॥

### শব্দার্থ

কেবল—দমক, এ অসি, গণ-প্রতি—শ্রীঅদ্বৈতগী পরিকরশিংদা; নহে-নত্তে, এ—অসি, দণ্ড—শাস্তি, চৈতন্যবিমুখ—চৈতন্যদা মমায ওন্সন্দ্রবা হায়বদি চৈতন্যবু যাদ্রবা, যেই—মহাক, সেই ত—মহাক্তো; পাষণ্ড—বিষ্ণুভক্তি-লৈতবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীঅদ্বৈতগী) পরিকরশিং অসিদদা দণ্ডসি ওইবা নত্তে। শ্রীচৈতন্যবু হেক ময়াদ্রবা মীতুদি পাষণ্ডনী (কৃষ্ণভক্তি লৈতবা হিংচাবনী)।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতগী গণ নত্রবসু কনাগুম্বমা শ্রীচৈতন্যবু মানিদ্রবদি মহাক্তো পাষণ্ডনী অদুগা মাবু যমনিংথৌনা দণ্ডি পীয়ে।

### মূল ৭২

কি পণ্ডিত কি তপস্বী কিবা গৃহী যতি।

চৈতন্যবিমুখ যেই, তার এই গতি॥ ৭২॥

### শব্দার্থ

কি—করি; পণ্ডিত—লাইরীক-হৈবা; কি—করি, তপস্বী—তপ

কয়া তৌবা মী, কিবা—মন্ত্রগা, গৃহী—যুম্মানবা মী, যতি—সন্ন্যাসী (লম্বোইবা), চৈতন্যবিমুখ—শ্রীচৈতন্যবু য়াদবা মী; যেই—মহাক, তার—মহাকী, এই—মসি; গতি—চংফম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পণ্ডিত ওইগে ওইসনু, তপস্বী ওইরে অদু মঙায়, মন্ত্রগা যুম্মানবা ওইরবসু, লম্বোইবা ওইরবসু মহাক্কুনা শ্রীচৈতন্যবু মানিত্রবদি মাগী চংফম অসি ওইগদবনী (হায়বদি যমরাজনা দণ্ডি পীগনী)।

## মুল ৭৩

যে যে লইল শ্রীঅচ্যুতানন্দের মত।

সেই আচার্য্যের গণ মহাভগবত ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

যে যে—মহাক মহাক, লইল লৌরম্মী, শ্রীঅচ্যুতানন্দের—শ্রীঅচ্যুতানন্দগী, মত—মত, সেই—মদু, আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতগী, গণ—পরিকরশিং, মহাভাগবত—মহাভক্ত।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মত লৌরম-লৌরম্বা শ্রীঅদ্বৈতগী পরিকরশিংদু মহাভক্ত ওাক্লী।

### নৈনরোল

শ্রীঅদ্বৈতনা পোকপা মচানুপা অহল শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মত অসিনী মদুদি—শ্রীচৈতন্যদি পূম্নমকী মপুনী (সর্ব্বেশ্বরনী), খ্বায়-পূম্নমকী লাৎনফম্নী (সর্ব্বারাধ্যনী)। মাগী মত অসি যারম্বা শ্রীঅদ্বৈতগী গণশিংদি মহাভক্ত ওাক্লী।

## মুল ৭৪

অচ্যুতের যেই মত—সেই মত সার।

আর যত মত—সব হৈল ছারখার ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

অচ্যুতের—শ্রীঅচ্যুতানন্দগী, যেই মত—মত অদু, সেই মত—মত

অতুনা ; সার—মচিনী ; আর—অতৈ , যত মত—লৈরম্বা মত মখৈ , সব —পুম্নমক , হৈল—ওইরে , ছারখাব—মথোঙমরমখঙলবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মত অতুমক্কা সার ওইবা মতনী। অতৈ লৈরম্বা মত মখৈনা মথোঙমরমখঙত্রবা মত ডাক্কী।

## মুল ৭৫

সেই সেই আচার্য্যের কৃপার ভাজন।

অনায়াসে পাইল সেই চৈতন্যচরণ ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই সেই –মহাক মহাক্কো ( শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মত লৌরম্বশিংহু ) ; আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী ; কৃপার ভাজন—কৃপা ফংবদা মতীক্ চাবনী ; অনায়াসে—ইলায লায়না , পাইল—ফংলে , সেই—মহাক্কা , চৈতন্য-চরণ —শ্রীচৈতন্যগী খোঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মত লৌরম্বা মহাক মহাক্কো শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী কৃপা-পাত্রনী। মখোয়তুনা শ্রীচৈতন্যগী চরণ ফংখি।

## মুল ৭৬

সেই আচার্য্যের গণে মোর কোটি নমস্কার।

অচ্যুতানন্দপ্রায় চৈতন্য জীবন যাহার ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতু , আচার্য্যের—শ্রীঅদ্বৈতগী ; গণে—পরিকরশিংদা ; মোর—ঐগী , কোটি—কোটি , নমস্কার—খুরুম্বা অচ্যুতানন্দপ্রায়—শ্রীঅচ্যুতানন্দগুম্না , চৈতন্য—শ্রীচৈতন্যনা , জীবন—পুন্সী , যাহার—মহাক্কী ( মখোয়গী )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী গণ অতুদা ঐনা কোটিরক খুরুমজরি। অচ্যুতানন্দগী মতোগুম্না মখোয়গীদি শ্রীচৈতন্যনা (পুন্সীনী হায়বদি পুন্সীগী লৈজবা লমী)।

## মূল ৭৭

এইত্ত কহিল আচার্য্যগোসাঞির গণ ।

তিন-স্কন্ধ-শাখার কৈল সংক্ষেপ-গণন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

এইত - অসিনী , কহিল - হায়জরিবা , আচার্য্যগোসাঞির— শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী , গণ—পরিকরশিং তিন স্কন্ধ-শাখার— স্কন্ধ অহুমগী শাখাশিংগী , কৈল—তৌজরে , সংক্ষেপ-গণন—শম্পৎপা শীংথা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুগী গণগী ৱাসি হায়জরে । স্কন্ধ অহুমগী শাখাশিংগী শম্পৎপা শীংথা থাজরে ।

### নৈনরোল

অসিদা তিন স্কন্ধ ( স্কন্ধ অহুম ) হায়রিবসে শ্রীচৈতন্যগী মশক ওইবা মূল স্কন্ধ অমা, শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈতগী মশক ওইবা ঊর্দ্ধ (অৱাওবা) স্কন্ধ অনীগা অহুমসিবুনী । তিন-স্কন্ধ-শাখা হায়রিবসিনা প্রভু অহুমগী পরিকরশিংবুনী ।

## মূল ৭৮

শাখা-উপশাখা তার নাহিক গণন ।

কিছুমাত্র কহি করি দিগ দরশন ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

শাখা-উপশাখা—( প্রভু অহুমসিগী ) শাখা অমসুং উপশাখা ; তার —মতুগী ; নাহিক গণন - শীংথাদুনা লোইবা নত্তে , কিছুমাত্র—খরদং , কহি—হায়জরে , করি—তৌদুনা , দিগ দরশন—মায়কৈ লাকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভু অহুমগী শাখা উপশাখাদি শীংথাদুনা লোইবা নত্তে । অদুক খরদং দিগদর্শন ওইনা হায়জরে ।

## মূল ৭৯

শ্রীগদাধর পণ্ডিত শাখাতে মহোত্তম ।

তাঁর উপশাখা কিছু করিয়ে গণন ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীগদাধর পণ্ডিত—শ্রীগদাধর পণ্ডিত, শাখাতে—শাখাশিংদা, মহোত্তম - পূণ্ডথোই-থোইবনী, তাঁর—মহাক্কী, উপশাখা—শাখাদগী লোণ্ডথোরকপা শাখা মচা, কিছু—খরদং, করিয়ে—তৌজগে, গণন—শীণ্ডথাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধর পণ্ডিত হায়বা শাখাদি শ্রীচৈতন্যগী শাখালক্ত পূণ্ডথোই-থোইবনী। শ্রীগদাধর-শাখাগী উপাশাখাশিংগী মশীণ্ড খরদং শীণ্ডথাজগে।

### মূল ৮০

শাখা শ্রেষ্ঠ ধ্রুবানন্দ শ্রীধর ব্রহ্মচারী।

ভাগবত আচার্য্য হরিদাস ব্রহ্মচারী ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

শাখা-শ্রেষ্ঠ - শাখা অথোইবা, ধ্রুবানন্দ—ধ্রুবানন্দ, শ্রীধর ব্রহ্মচারী, ভাগবত আচার্য্য—ভাগবত আচার্য্য, হরিদাস ব্রহ্মচারী—হরিদাস ব্রহ্মচারী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাখা অথোইবদি শ্রীধ্রুবানন্দ, শ্রীধর ব্রহ্মচারী, শ্রীভাগবত আচার্য্য, শ্রীহরিদাস ব্রহ্মচারী-নী।

### মূল ৮১

অনন্ত আচার্য্য কবি দত্ত মিশ্র নয়ন।

গঙ্গামন্ত্রী মামুঠাকুর কণ্ঠাভরণ ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

অনন্ত আচার্য্য—শ্রীঅনন্ত আচার্য্য, কবিদত্ত মিশ্র - কবিদত্ত মিশ্র, নয়ন—মীৎনী, গঙ্গামন্ত্রী - গঙ্গামন্ত্রী, মামুঠাকুর মামু ঠাকুর, কণ্ঠাভরণ—কণ্ঠগী লৈতেংনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅনন্ত আচার্য্যগা শ্রীকবিদত্ত মিশ্রগদি মীৎনী। গঙ্গামন্ত্রীগা মামুঠাকুরগনা কণ্ঠগী লৈতেংনী।

### ৱৈনরোল

গদামন্ত্রীগী মামুঠাকুরগা অনীসি উৎকলদেশগী ভক্তনী। মামুঠাকুরবু প্রভুনা মামা হায়না কৌরি; মরমদুনা মখোয় পুম্নমক্না মহাকপু মামুঠাকুর হায়রিবনী।

### মূল ৮২

ভূগর্ভ গোসাঞি আর ভাগবতদাস।
এই দুই আসি কৈল বৃন্দাবনে বাস॥ ৮২॥

### শব্দার্থ

ভূগর্ভ গোসাঞি—শ্রীভূগর্ভ গোসাঞি, আর—অদুগা, ভাগবতদাস—শ্রীভাগবত দাস; এই দুই—অনী অসি, আসি—লাকুনা, কৈল—তৌখি, বৃন্দাবনে—শ্রীবৃন্দাবন-দা; বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীভূগর্ভ গোসাঞি অদুগা শ্রীভাগবত দাস অনীসি লাকুনা বৃন্দাবন দা বাস তৌখি।

### মূল ৮৩-৮৮

বাণীনাথ ব্রহ্মচারী বড় মহাশয়।
বল্লভ চৈতন্যদাস কৃষ্ণপ্রেমময়॥ ৮৩॥
শ্রীনাথ চক্রবর্ত্তী আর উদ্ধবদাস।
জিতামিত্র কাষ্ঠকাটা জগন্নাথদাস॥ ৮৪॥
শ্রীহরি-আচার্য্য সাদিপুরিয়া গোপাল।
কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী পুষ্পগোপাল॥ ৮৫॥
শ্রীহর্ষ রঘুমিশ্র পণ্ডিত লক্ষ্মীনাথ।
রঙ্গবাটী চৈতন্যদাস শ্রীরঘুনাথ॥ ৮৬॥
চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ শাখাতে উদ্দাম।
মদনগোপাল পায়ে যাঁহার বিশ্রাম॥ ৮৭॥
অমোঘ-পণ্ডিত হস্তিগোপাল চৈতন্যবল্লভ।
শ্রীযদুগাঙ্গুলী আর মঙ্গল বৈষ্ণব॥ ৮৮॥

### ৱৈনরোল

মূল পয়ার ৮৩-৮৮ অসিদা য়াওরিবা অসি শ্রীগদাধর শাখাগী উপশাখা ভক্তশিংগী মিংতাক্তনী, মিং নত্তবা য়াউই থরা য়াওরি, মখোয়দুগী শব্দার্থ মথাদা পীরি—

বড মহাশয় ( পয়ার ৮৩ )—যাম্না পূকচেল চাওবা ; কৃষ্ণপ্রেমময় (পয়ার-৮৩)—কৃষ্ণবু নুংশিবন্না মশক ওইবা ; আর (পয়ার ৮৪)—অতুগা, কাষ্ঠকাটা ( পয়ার ৮৪ )—শীঙ্ চনবা মী, শাখাতে উদ্দাম (পয়ার ৮৭)—শাখালক্তা মকোক ওইবা, পায়ে ( পয়ার ৮৭ )—মখোঙদা ; যাহার ( পয়ার ৮৭ )—মহাক্কী, বিশ্রাম ( পয়ার ৮৭ ) – পোথাবা।

পয়ারশিংসি মিং ডাক্তগী ওইবনা মৈতৈলোন্দা পয়ার খুদিংগী অর্থ হন্দোক্তরবনী।

মুল ৮৯

সংক্ষেপে কহিল পণ্ডিত গোসাঞির গণ।

ঐছে আর শাখা উপশাখার গণন ॥ ৮৯ ॥

শব্দার্থ

সংক্ষেপে—শম্না, কহিল—হায়জরবনী, পণ্ডিতগোসাঞির—শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী, গণ—পরিকরশিং, ঐছে—মতৌ অতুম্না ; আর—অতৈ ; শাখা-উপশাখার—শাখা-উপশাখাগী, গণন শীঙথাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী গণ অতুগা মতৌ অতুম্না অতৈ শাখা-উপশাখাগী মশীঙসু শম্পংনা থারবনী।

মূল ৯০

পণ্ডিতের গণ সব ভাগবত ধন্য।

প্রাণবল্লভ সভার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ॥ ৯০ ॥

শব্দার্থ

পণ্ডিতের—শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী ; গণ সব--গণ পুম্নমক ; ভাগবত—ভক্ত ; ধন্য থাগৎনঙায় ওইবা, প্রাণবল্লভ—থরাইগী নুংশিবা, সভার—পুম্নমকী, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধর পণ্ডিতকী গণ পুম্নমক থাগৎনঙাই ওইবা ভাগবত ডাক্তনী। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মখোয় লোইনমকী থরাইগী নুংশিজবনী।

## মুল ৯১

এই তিন স্কন্ধের ( কৈল ) শাখার সংক্ষেপ গণন ।
যাঁ-সভার স্মরণে হয় বন্ধবিমোচন ।। ৯১ ।।

## শব্দার্থ

এই তিন স্কন্ধের—স্কন্ধ অহুমসিগী, কৈল—হায়জরে, শাখার—শাখাগী; সংক্ষেপ—শম্না; গণন—শীঙথাবা; যাঁ-সভার—মখোয় পুম্বগী; স্মরণে—নীঙশীঙবদা, হয়—ওই, বন্ধ—পুন্বা, বিমোচন—কোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্কন্ধ অহুমসিগী শাখাশিংগী মশীঙ শম্পৎনা থাজরে। মখোয় লোইনমকপু নীঙশীঙবদা মায়া-লাংদা থুবা কোকফি।

## মুল ৯২

যাঁ সভার স্মরণে পাই চৈতন্যচরণ ।
যাঁ-সভার স্মরণে হয় বাঞ্ছিতপূরণ ।। ৯২ ।।

## শব্দার্থ

যাঁ-সভার—মখোয় পুম্ববু, স্মরণে—নীঙশীঙবদা, পাই—ফংঙী, চৈতন্যচরণ—চৈতন্যগী খোঙ; যাঁ-সভার স্মরণে—মখোয় পুম্ববু নীঙশীঙলগা, হয—ওই; বাঞ্ছিত—অপাম্বা; পূরণ—থুংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় পুম্ববু নীঙশীঙবদা শ্রীচৈতন্যগী চরণ ফংঙী, মখোয পুম্ববু নীঙশীঙবদা অপাম্বা থুংঙী।

## মুল ৯৩

অতএব তাঁ-সভার বন্দিয়ে চরণ ।
চৈতন্যমালীর কহি লীলা-অনুক্রম ।। ৯৩ ।।

## শব্দার্থ

অতএব—মরমদুনা, তাঁ-সভার—মখোয় পুম্বগী, বন্দিযে—থুরুমদুনা,

চরণ—মখোঙদা, চৈতন্যমালীর—শ্রীচৈতন্য কোবা প্রেম-পাম্বীগী মালীগী ; কহি—হায়জগে ; লীলা-অনুক্রম—লীলাগী মথং-মনাও।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা।

মরমদুনা মখোয় পুম্বগী খুয়া-খাদা খুরুমজদুনা শ্রীচৈতন্য কোবা প্রেম-পাম্বীগী মালী অদুগী লীলা মথং মনাও লীথজগে।

মূল ৯৪

গৌরলীলামৃতসিন্ধু অপার অগাধ।

কে করিতে পারে তাহে অবগাহ-সাধ॥ ৯৪॥

শব্দার্থ

গৌরলীলামৃতসিন্ধু—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলা-অমৃতগী সমুদ্র, অপার—লানঙমদবনী ; অগাধ—লেপ লুবনী, কে—কনানা, করিতে—তৌবা, পারে—ঙম্মী, তাহে—মদুদা, অবগাহ—ঈরুপ্পগী, সাধ—নীঙবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগৌরাঙ্গগী লীলামৃত-সমুদ্রদি লানঙমদবনী অদুগা লেপ্ তমঙমদবনী। মদুদা ঈরুপ্‌কে হায়না নীঙবদি কনানা ঙম্বগনী ?

মূল ৯৫

তাহার মাধুর্য্যগন্ধে লুব্ধ হয় মন।

অতএব তটে রহি চাখি এক কণ॥ ৯৫॥

শব্দার্থ

তাহার—মদুগী (সমুদ্রদুগী) ; মাধুর্য্যগন্ধে—মাধুর্য্যনা ওইবা মনমদুদা ; লুব্ধ—পাম্বা, হয়—ওই, মন—পুক্নীঙ, অতএব—মরমদুনা, তটে—তোর্ব্বান্দা, রহি—লৈরগা, চাখি—লৈনা লেকয়ি। এক কণ—মরীক অমতং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(লীলা-সমুদ্র) অদুগী মাধুর্য্য-মনম্‌দো পুক্নীঙনা মিহৌকরে। মরমদুনা সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা লৈরগা (চাঙয়েংগে হায়দুনা) মরীক অমতং লৈনা লেকৈ।

মূল ৯৬

শ্রীরূপ-রঘুনাথ-পদে যার আশ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৯৬ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপ-রঘুনাথ পদে — শ্রীরূপ অমসুং শ্রীরঘুনাথ অনীগী খুয়াখাদা, যার — মহাকী আশ — আশা (থমজরিবা), চৈতন্য-চরিতামৃত — শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃত, কহে — লীজৈ; কৃষ্ণদাস — কৃষ্ণদাসনা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীরূপকা শ্রীরঘুনাথগা অনীগী চরণ-খাদা আশা থমজরিবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ইজৈ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদিখণ্ডে অদ্বৈত-স্কন্ধ শাখা-বর্ণনম নাম দ্বাদশপরিচ্ছেদঃ ॥ ১২ ॥

---

# আদি লীলা

## তরাহুমদোইশুবা পরিচ্ছেদ

মুল ১

স প্রসীদতু চৈতন্যদেবো যস্য প্রসাদতঃ।

তল্লীলাবর্ণনে যোগ্যঃ সদ্যঃ স্যাদধমোঽপ্যয়ম্ ॥ ১ ॥

শব্দার্থ

সঃ—মহাক, প্রসীদতু—পেন্‌বিসনু চৈতন্যদেবঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব, যস্য—মহাক্কী ; প্রসাদতঃ—চান্‌বিবদগী, তৎ-লীল।-বর্ণনে মাগী লীলা বর্ণন তৌবদা, যোগ্যঃ—মতীকচাবা, সদ্যঃ—খুদক্তা ; স্যাৎ—ওইয়ে ; অধমঃ—অতোন্‌বা, খওদবা ; অপি—সু ; অয়ম্—মসি (ঐগুম্বা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা চান্‌বিবদগী ঐগুম্বা খওদবা মীসু মহাক্কী লীলাবর্ণন তৌবদা মতীক চাজৈ, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা পেন্‌বিবা ওইসনু।

নৈনরোল

পরিচ্ছেদ অসিদগী শ্রীচৈতন্যগী লীলা-বর্ণন হৌগদৌরে, অদুনা ইহান হান্‌বদা গ্রন্থকারনা শ্রীচৈতন্যগী মফমদা কৃপা নিজরি। কবিরাজ গোস্বামীনা মছাবু অধম (করিসু খওদবা) অমনী হায়রি। শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা অধম ওইবা মীসু মাগী লীলা বর্ণনা তৌবা ঙম্মী মরমদুনা মাগী কৃপা নত্তুন'দ পণ্ডিত ওইবা মীসু মাগী লীলা বর্ণনা তৌবা ঙমদে হায়বা উৎলিবনী।

মুল ২

জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্র।

জয়াদ্বৈতচন্দ্র জয় জয় নিত্যানন্দ ॥ ২ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মিংথোক্লবা গৌরচন্দ্র প্রভুনা জয় ওইরে। শ্রীঅদ্বৈতনসু জয় ওইরে অদুগা শ্রীনিত্যানন্দনসু জয় ওইরে।

## মূল ৩

জয় জয় গদাধর জয় শ্রীনিবাস।
জয় মুকুন্দ বাসুদেব জয় হরিদাস ॥ ৩ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগদাধরনা জয় ওইরে, শ্রীনিবাসনা জয় ওইরে। শ্রীমুকুন্দ অমসুং শ্রীবাসুদেবনা জয় ওইরে; শ্রীহরিদাসনা জয় ওইরে।

## মূল ৪

জয় দামোদর স্বরূপ জয় মুরারি গুপ্ত।
এই সব চন্দ্রোদয়ে তম কৈল লুপ্ত ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

জয় দামোদর স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদরনা জয় ওইরে, জয় মুরারিগুপ্ত—শ্রীমুরারিগুপ্তনা জয় ওইরে, এই-সব—মসি পুম্বা, চন্দ্র-উদয়ে—থাজনা থোরকপদা, তম—অমম্ববু, কৈল—তৌরে, লুপ্ত—মাঙহন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীস্বরূপ দামোদরনা জয় ওইরে অমসুং শ্রীমুরারিগুপ্তনা জয় ওইরে। থাজ পুম্নমকসিনা থোরকপদা অমম্বা মাঙহন্‌খরে।

### তৈনচোল

তম—অমম্বা হায়বদি অজ্ঞান হায়বদি ভগবান্‌গী মরম খঙদবা অদুগা ভগবান্-লোমদা মায়-ওন্‌সন্দবা।

নো দোন-থকী থাজনা থোরকপদা অমম্বা কোব্‌পগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা পরিকরশিংগা লোযননা জগৎতা অবতার তৌরকপসিদা জগৎকী মীনা ভগবান্‌গী মরম খঙদবা ( অজ্ঞান ) অদুগা ভগবান্ নীঙদবা অদু পুম্বা মাঙখরে।

## মূল ৫

জয় শ্রীচৈতন্যচন্দ্রের ভক্তচন্দ্রগণ।
সভার প্রেমজ্যোৎস্নায় উজ্জ্বল কৈল ত্রিভুবন ॥ ৫ ॥

### শব্দার্থ

জয়— থৌরমজরি ; শ্রীচৈতন্যচন্দ্রের —শ্রীচৈতন্যথাজগী ; ভক্তচন্দ্রগণ— ভক্ত-থাজশিংবু , সভার—পুম্নমক্কী ; প্রেমজ্যোৎস্নায়— কৃষ্ণপ্রেম কৌবা থাবম্না ; উজ্জ্বল — লংবা, ঙানবা , কৈল — ওইহল্লে ; ত্রিভুবন—মরোল অহুম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য-থাজগী ভক্ত-থাজশিংবু থৌরমজরি । মখোয় পুম্নমক্কী কৃষ্ণপ্রেম কৌবা থাবম্না মরোল অহুম্ ঙাম্না লংহল্লে ।

### তৈনরোল

শ্রীচৈতন্যদেবগী ভক্ত খুদিংমক থাজ অমগা পাংথক্কী । নোংদোন্ থাজনা মাগী থাবম্না জগৎকী অমম্বা কোকহল্লগা মঙাম্না জগৎপু ঙালহনবগুম শ্রীচৈতন্যদেবগী ভক্তশিংসু জগৎত-লৈবা মীগী থম্মোইগী ফত্তবা ব্রাথলশিংবু তাম্মোক্লগা মখোয়গী থম্মোইদু প্রেম ঙাক্তনা থলহন্দুনা লংত্রিক-লংনা ঙালহল্লে ।

### মূল ৬

এই ত কহিল গ্রন্থারম্ভে মুখবন্ধ ।
এবে কহি চৈতন্যলীলার ক্রম-অনুবন্ধ ॥ ৬ ॥

### শব্দার্থ

এই ত — মসিনীদো , কহিল — হায়জরে , গ্রন্থারম্ভে— লাইরীক হৌবদা , মুখবন্ধ—ব্রাহৌদোক ; এবে—হৌজিক , কহি—হায়জগে , চৈতন্য-লীলার —শ্রীচৈতন্যগী লীলাগী , ক্রম— মথংমনাওগী ; অনুবন্ধ- অহৌবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক হৌবগী ব্রাহৌদোক হায়জরবা অসিনে । হৌজিক শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী লীলাগী মথং-মনাও নাইনা লীথরকপগী অহৌবদু হায়জরগে ।

### মূল ৭

প্রথমে ত সূত্ররূপে করিয়ে গণন ।
পাছে তাহা বিস্তারি করিব বিবরণ ॥ ৭ ॥

শব্দার্থ

প্রথমেত — অহানবদা ; সূত্ররূপে — সূত্র ( লৎলা-লংজিন ) ওইনা, করিয়ে — তৌগে ; গণন — শীঙথাবা , পাছে — তুংদা , তাহা — মহু , বিস্তারি — শন্দোক্লুনা ; করিব বিবরণ — তশেংবা ময়োল হায়গে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা সূত্র ওইনা লীলা মশীঙ থাগে , তুংদা মহু শন্দোক্লুনা তশেং-তশেংবা য়ায়োল লীথগে ।

মূল ৮

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য নবদ্বীপে অবতরি ।

অষ্টচল্লিশ বৎসর প্রকট বিহরি ॥ ৮ ॥

শব্দার্থ

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য — শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য , নবদ্বীপে — নবদ্বীপদা ; অবতরি — অবতার তৌরগা ; অষ্টচল্লিশ — নীফুনীপাল , বৎসর — চহী ; প্রকট — ফোংবা , বিহরি — লীলা শান্নদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু নবদ্বীপধামদা অবতার তৌরগা চহী নীফু-নীপাল প্রকট ওইরম্মী ।

মূল ৯

চৌদ্দশত সাত-শকে জন্মের প্রমাণ ।

চৌদ্দশত-পঞ্চান্নে হইল অন্তর্দ্ধান ॥ ৯ ॥

শব্দার্থ

চৌদ্দশত শত শকে — ১৪০৭ শক-তা , জন্মের — পোকপগী , প্রমাণ — প্রমাণ ; চৌদ্দশত-পঞ্চান্নে — ১৪৫৫ শক-তা , হইল — ওইখি , অন্তর্দ্ধান — থুপ্পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শকাব্দগী ১৪০৭ শুবা চহীদা শ্রীমন্মহাপ্রভু পোকখি অদুগা ১৪৫৫ শুবা চহীদা থুপ খি ।

## মূল ১০

চব্বিশ-বৎসর প্রভু কৈল গৃহবাস।

নিরন্তর কৈল কৃষ্ণ-কীর্ত্তন-বিলাস ॥ ১০ ॥

### শব্দার্থ

চব্বিশ-বৎসর—চহী ২৪, প্রভু—মহাপ্রভুনা, কৈল—তৌখি; গৃহবাস—যুমদা লৈবা, নিরন্তর—তংপা লৈতনা; কৈল—তৌখি, কৃষ্ণকীর্ত্তন—কৃষ্ণশোন্‌বা, বিলাস—শান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী ২৪ শ্রীমনমহাপ্রভুনা শঙ্গাইদা ( গৃহস্থ ওইদুনা ) লৈরম্মী। মতমতুদা তংতনা কৃষ্ণকীর্ত্তন তৌদুনা লীলা শান্নখি।

## মূল ১১

চব্বিশ-বৎসর শেষে করিয়া সন্ন্যাস।

চব্বিশ-বৎসর কৈল নীলাচলে বাস ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

চব্বিশ-বৎসব—চহী কুন্মরি, শেষে—লোইবদা, করিয়া সন্ন্যাস—লম্থোইরগা, চব্বিশ বৎসর—চহী কুন্মরি, কৈল- তৌখি, নীলাচলে—নীলাচলদা, বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহীকুন্মরি লোইবকপদা সন্ন্যাস লৌরগা চহী কুন্মরি নীলাচলদা লৈরম্মী।

## মূল ১২

তার মধ্যে ছয় বৎসব গমনাগমন।

কভু দক্ষিণ, কভু গৌড়, কভু বৃন্দাবন ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

তার—মতুগী, মধ্যে—মনুংদা, ছয়—তরুক বৎসর—চহী, গমনাগমন—লেংথোক-লেংসিন, কভু—করিগুম্বদা, দক্ষিণ—খা-ভারত; কভু—করিগুম্বা মতমদা; গৌড় বঙ্গদেশ, কভু—করিগুম্বা মতমদা, বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন ধামদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্না মনুঙদা চহী তরুক্রা ( অমদা অমদা ) লেঙথোক-লেঙসিন্ তৌয়ি। করিগুম্বা মতমদা দক্ষিণ ভারতলোমদা, করিগুম্বা মতমদনা গৌড়দা ( বঙ্গদেশদা ) অমুগা করিগুম্বা মতমদনা শ্রীবৃন্দাবনধামদা ( লেঙঙী )।

মূল ১৩

অষ্টাদশ বৎসর রহিলা নীলাচলে।

কৃষ্ণপ্রেম-নামামৃতে ভাসাইল সকলে ॥ ১৩ ॥

শব্দার্থ

অষ্টাদশ—তরাগা নীপাল, বৎসর- চহী, রহিলা—লৈরম্মী, নীলাচলে- নীলাচলদা, কৃষ্ণপ্রেম-নামামৃতে কৃষ্ণবু নুংশিবা হায়বমুনে অমুগা কৃষ্ণনাম কৌবা অমৃতমুনে অনীমুদা, ভাসাইল তাউহল্লম্মী, সকলে—পুম্নমকপু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী তরানীপাল ( প্রভু ) নীলাচলদা লৈরম্মী। অমুগা মী পুম্নমকপু কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনামামৃতদা তাউহল্লম্মী।

মূল ১৪

গার্হস্থ্যে প্রভুর লীলা—আদিলীলাখ্যান।

মধ্য-অন্ত্য-লীলা—শেষ লীলার দুই নাম ॥ ১৪ ॥

শব্দার্থ

গার্হস্থ্যে— যুমপানবদা, প্রভুর—প্রভুগী, লীলা—লীলা, আদি লীলা-আখ্যান—অহান্বা ( আদি ) লীলা কৌযি, মধ্য অন্ত্য-লীলা— ময়ায় অমসুং অরোয়বা লীলা, শেষ—অরোযবা, লীলার—লীলাগী; দুই—অনী, নাম—মিং।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৃহস্থ ওইরিঙৈদা তৌখিবা প্রভুগী লীলাদু আদিলীলা হায়না কৌরে; অমুগা অরোয়বা লীলাগীনা মধ্যলীলা অন্ত্যলীলা হায়বা মিং অনীনী।

### মৈনবরোল

গৃহস্থ আশ্রমদা প্রভু চহী কুম্মরি লৈরম্মী, চহী কুম্মরিসিগী লীলাবু আদি লীলা হায়না কৌরে। অতুগা চহী কুম্মরি অমনা সন্ন্যাস-আশ্রমদা লৈরম্মী, হায়রিবা চহী কুম্মরিসিগী লীলাবু শেষ লীলা হায়না কৌরে; অতুগা অমুক শেষলীলাতু শরুক অনী থোক্লা থায়রে, মহুদি—মধ্য লীলা অমসুং অন্ত্যলীলা। সন্ন্যাস লৌরগা চহী তরুক কোয়লেঙ লেঙলুবগী লীলাবু মধ্য-লীলা হায়না কৌরে, অতুদগী অরেম্বা চহী তরানীপাল নীলাচলদদা লৈখিবতুগী লীলাবু অন্ত্যলীলা হায়না কৌরে। অসুম্না ভাগ থাযদোক্লগা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা প্রভুগী লীলা ইরম্বনী।

### মুল ১৫

আদিলীলামধ্যে প্রভুর যতেক চরিত।
সূত্ররূপে মুরারিগুপ্ত করিলা গ্রথিত ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

আদিলীলামধ্যে—আদিলীলাগী মনুঙদা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী; যতেক—তৌরম্বা খিবিক, চরিত—চরিত, সূত্ররূপে সূত্র ওইনা, মুরারিগুপ্ত—শ্রীমুরারিগুপ্তনা, করিলা তৌবম্মী গ্রথিত—লেংশনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

আদিলীলাগী মনুঙদা প্রভুগী চোরিত খিবিক্তো মুরারিগুপ্তনা সূত্র ওইনা লেংলম্মী।

### মৈনবরোল

শ্রীমুরারিগুপ্তগী কড়চাদা প্রভুগী আদিলালাগী রা শম্পৎনা লেংলম্মী। মুরারিগুপ্ততু প্রভুনা গৃহস্থ ওইরিঙৈদা প্রভুগা লোয়নন নবদ্বীপতা লৈরম্মী, মরমতুনা মহাক্না আদি লীলাতু প্রভুগী সঙ্গী ওইনা মমিৎমক্না উদুনা অউবা থবক মথৈ মাগী কড়চাদা ইবম্বনী। শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা মুরারিগী কড়চাদগী মচাক লৌরগা ইরম্বনী।

### মুল ১৬

প্রভুর যে শেষলীলা স্বরূপদামোদর।
সূত্র করি গাঁথিলেন গ্রন্থের ভিতর ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী, যে শেষলীলা—শেষ (অরোয়বা) লীলাদু; স্বরূপদামোদর—শ্রীস্বরূপদামোদরনা, সূত্র করি—সূত্র ওইনা, গাঁথিলেন—লেংলম্মী; গ্রন্থের—লাইরীকী মনুঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুগী শেষলীলাদু স্বরূপদামোদরনা লাইরীকী মনুঙদা সূত্র ওইনা লেংলম্মী।

### তৈনবোল

স্বরূপদামোদর মহাপ্রভুগা লোয়ননা নীলাচলদা প্রভুনা থুপ্ত্রিবা মতম ফাওবা লৈমিন্নরম্মী। মহাক্না মমিৎমক্না প্রভুগী লীলা উহৌদুনা মহাকী কড়চাদা প্রভুগী শেষলীলা ইশলহৌবনী। মহাকী কড়চাদগী কবিরাজ গোস্বামীনা শেষলীলাগী মচাক লৌদুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংখিবনী।

### মূল ১৭

এই দুইজনের সূত্র দেখিয়া শুনিয়া।
বর্ণনা করেন বৈষ্ণব ক্রম যে করিয়া ॥ ১৭ ॥

### শব্দার্থ

এই দুইজনের—মী অনীসিগী (মুরারিগুপ্ত অমসুং স্বরূপদামোদরগী), সূত্র—সূত্র, দেখিয়া—য়েংলগা, শুনিয়া—নাকোঙনা তারগা, বর্ণনা করেন—ৱারী লীজে, বৈষ্ণব—বৈষ্ণবশিংনা, ক্রম মথংমনাও; যে—মদু, করিয়া—শেমদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী অনীসিগী (হায়বদি মুরারিগুপ্তগা স্বরূপদামোদরগা অনীগী) সূত্র অদু উরগা অমসুং তারগা বৈষ্ণবশিংনা মথং মনাও শেমদুনা ৱারীনরম্মী।

### তৈনবোল

শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীসু স্বরূপদামোদরগা লোয়ননা নীলাচলদা প্রভুগী সেবা তৌরম্মী। প্রভুগা স্বরূপদামোদরগনা থুপত্রবা মতুঙদা রঘুনাথ দাস বৃন্দাবন্দা লৈখিবনী। মহাক্সু লীলা-সঙ্গী ওইনা প্রভুগী অন্ত্যলীলা মশামক উহৌবনী। কৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা রঘুনাথগী মচীন্দগীসু

প্রভুগী অন্ত্যলীলাগী য়া য়াম্না খণ্ডলম্মী। শ্রীরূপ-সনাতন গোস্বামীখোয়স্তু প্রভুগী লীলা অয়াম্বা উথিবনী, মখোয়গী চীন্দগীসু প্রভুগী লীলাগী মরমদা কবিরাজ গোস্বামীনা য়াম্না তাখি। মমিংনা উরম্বা মীশিংদগী মচাক লৌয়গা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লেংবনী কবিরাজ গোস্বামীনা মরম্নাই শাগংপা য়া অমতা য়াওদে।

## মূল ১৮

বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর, যৌবন-চারি ভেদ।

অতএব আদিখণ্ডে লীলা চারি ভেদ ॥ ১৮ ॥

## শব্দার্থ

বাল্য – চহী মঙাকাওবগী মতাঙ, পৌগণ্ড – চহী তরাকাওবগী মতাঙ; কৈশোর - চহী তরামঙা কাওবগী মতাঙ, যৌবন – চহী তরামঙাগী মতুংদগী হৌবা মতাঙ, চারি—মরি, ভেদ - খায়দোকপা, অতএব—মরমদুনা, আদি খণ্ডে— অহানবা শরুক্তা, লীলা চারি ভেদ – মখল মরিগী লীলানী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর অমসুং যৌবন মরিসি চহীগী মতাঙনী মরমসিনা আদিখণ্ডদা লীলা মখল মরিনী।

## তৈনবরোল

শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজ গোস্বামীনা লেংবা শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতদা বাল্যলীলা, পৌগণ্ড-লীলা, কৈশোর-লীলা অমসু যৌবনলীলা হায়না আদিখণ্ডবু খায়দোকয়ি। তরাহুমদোইশুবা পরিচ্ছেদ অসিদা প্রভুগী জন্মলীলা বর্ণন তৌরি। মসিবু বাল্যলীলাগী মনুঙ চলহন্দে মরমদি ময়ামগী মিংয়েংদা পোকপা হায়বসে পোক্লিবা মী মছাগী ওইবা কর্ত্তব্ (খুৎ) য়াওদে। অদুনা লৌকিক লীলাদা প্রভুগী জন্মলীলাদু বাল্যলীলাগী মনুঙ চল্হন্দদুনা তোঙান্বা পরিচ্ছেদদা ইন্নিবনী।

## মূল ১৯

সর্ব্বসদ্গুণপূর্ণাং তাং বন্দে ফাল্গুনপূর্ণিমাম্।

যস্যাং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যোঽবতীর্ণঃ কৃষ্ণনামভিঃ ॥ ১৯ ॥

## শব্দার্থ

সর্বসৎ-গুণপূর্ণাম্—সৎগুণ পুম্নমক্না তিল্লবা, তাম্—মাবু, বন্দে—খুরুমজে, ফাল্গুন-পূর্ণিমাম্—ফাল্গুন-থাগী থানিলবু; যস্যাম্—মতুদা; শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা, অবতীর্ণঃ—লেণ্ডথরিবকথি; কৃষ্ণনামভিঃ—শ্রীকৃষ্ণগী নামগা লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা শ্রীকৃষ্ণগী নামগা লোয়নননা লেণ্ডথবিরম্না থাবান—ফাল্গুন থাগী সৎগুণ পুম্বনা তিল্লবী পূর্ণিমা থাবান—অদুবু ঐনা খুরুমজরি।

## নৈনরোল

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা পোকপা মতমদা মী পুম্নমক্কী মপুক্কীগুদে। মুংঙাইবা অমনা পুঙথন্ থল্লম্মী। অদুবু করিগীদমক মুংঙাইরিবনো হায়বদুদি কনামতনা অহানবদা খঙলমদে। মুংঙাইবসিগী মতুঙ ইম্না ভক্তশিংনা মানা মানা নৈরম্না মফমদা জগোই শাদুনা শ্রীনাম সঙ্কীর্তন তৌখি। মদুগী মুমিত্তো চন্দ্রগ্রহণসু তৌরম্মী। গ্রহণগী নী হাযদুনা নবদ্বীপকী মী অযাম্বনা শ্রীকৃষ্ণনাম কীর্তন তৌরম্মী। মতৌসুম্না শ্রীকৃষ্ণনামকীর্তনগী মনুঙদা প্রভু লেণ্ডথবিরকখি হায়না—মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নামগা লোয়নননা লেণ্ডথরকখি হায়বনী।

লাইরীক অম-অনীদা নৈনরিবা শ্লোকসিগী মতুঙদা মখাগী শ্লোক অনীসিসু যাওবা থেংনৈ, মদুদি—"বৈবস্বতমনোরষ্টাবিংশকে যুগসন্তবে। চতুর্দ্দশশতাব্দে বৈ সপ্তবর্ষ সমন্বিতো। ভাগীরথীতটে রম্যে শচীগর্ভমহার্ণবে। রাহুগ্রস্তে পূর্ণিমাযাং গৌরাঙ্গঃ প্রকটো ভবেৎ।" মসিগী অর্থদি—বৈবস্বত মনুগী কুন্নীপালগুবা যুগদা ১৪০৭ শতাব্দীদা পুক্কীঙ হুন্নবা ভাগীরথীগী তৌর্বান্দা শচীগর্ভ মহাসমুদ্রদা রাহুনা উম্নবা পূর্ণিমা-তিথিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রকট ওইখি।

মনুগী অধিকার (পানবা) মতম্বু মন্বন্তর কৌয়ি, তরেৎশুবা মনুগী মিং বৈবস্বত-মনু কৌয়ি, হৌজিক্কী মহাক্কী অধিকার-মতম্নী। অদুনা হৌজিক বৈবস্বত মন্বন্তর লৈরি। মন্বন্তর অমমমগী মনুঙদা চতুর্যুগ (যুগ মরিনা শাবা খুজিং) হুম্ফুতরামাথোই লৈ। হৌজিক লৈরিবা বৈবস্বত-মন্বন্তরগী চতুর্যুগ ২৭-থক লোইখিদুনা ২৮-শুদ্ধা চতুর্যুগগী মনুঙ-চনবা কলি যুগদা মহাপ্রভু অবতার তৌরনী। শকাব্দগী হায়রগম্বা ১৪০৭ শকগী

ফাল্গুনী পূর্ণিমা তিথিদা মহাক্ল শুকট ওইখিবনী। মতুগী নুমিত্তা পূর্ণিমা ওইরম্মী, থাগু রাহুনা উম্নম্মী। ভাগীরথীগী তোর্বান্দা শ্রীনবদ্বীপদা শচী-মাতাগী গর্ভদা মহাক পোকখিবনী।

অয়াম্বা লাইরীক্তদি শ্লোক অনীসি উবা ফংদে হাযতুনা ঐখোয়গু মতু মূল গ্রন্থগী মনুঙদা যাওহন্দ্রবনী।

## মূল ২০-২১

ফাল্গুন পূর্ণিমা-সন্ধ্যায় প্রভুর জন্মোদয়।
সেইকালে দৈবযোগে চন্দ্রগ্রহণ হয় ॥ ২০ ॥
হরি হরি বোলে লোক হরষিত হঞা।
জন্মিলা চৈতন্যপ্রভু নাম জন্মাইয়া ॥ ২১ ॥

### শব্দার্থ

ফাল্গুন পূর্ণিমা-সন্ধ্যায়—ফাল্গুন (ফাইরেন-লমদা) থাগী পূর্ণিমা (থানিল) তিথিগী (থাবানগী) সন্ধ্যাদা (যাচংবদা), প্রভুর—শ্রীমন্-মহাপ্রভুগী, জন্ম-উদয়—পোকপা; সেইকালে মতমতুদা, দৈবযোগে—লাইগী নোংদমদগী, চন্দ্রগ্রহণ—চন্দ্রগ্রহণ, হয়—ওই, হরি হরি—হরি হরি, বোলে—শোল্লী লোক—মীয়াম, হরষিত হঞা—হরাওনা, জন্মিলা—পোকখি, চৈতন্যপ্রভু—শ্রীচৈতন্যপ্রভু, নাম—হরিনাম, জন্মাইয়া—পোকহন্দুনা।

### মৈথৈলোন্দা হন্দোকপা

ফাল্গুনগী পূর্ণিমা তিথিগী সন্ধ্যাদা মহাপ্রভু পোকয়ি। মতম অতুদা লাইগী নোংদমদগী চন্দ্রগ্রহণ তৌখি। মী ময়াম্না হরাওরতুনা হরি হরি শোল্লী, হরিনাম পোকহল্লগা চৈতন্যপ্রভু পোকখি।

## মূল ২২

জন্ম বাল্য পৌগণ্ড কৈশোর যুবাকালে।
হরিনাম লওয়াইলা প্রভু নাম ছলে ॥ ২২ ॥

### শব্দার্থ

জন্ম—পোকপা, বাল্য—চহী মঙা মথাওবগী অতাও ওইরিবৈ; পৌগণ্ড—চহী তরা শুবা ফাবেগী মতাঙ, কৈশোর—চহী তরামঙা শুবকাওবগী

মতাণ্ড, যুবাকালে—চহী তরামণ্ডাগী মতুঙদগী মথোক ফাবা মতমদা; হরিনাম—হরিগী মিং; লওয়াইলা—লৌহনখি, প্রভু—মহাপ্রভুনা, নানা—মখল মথাগী; ছলে—তাং-লৌশিং তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোকপগী মতমদা, বাল্যগী মতাণ্ডদা, পৌগণ্ড-কৈশোর অমদি যৌবনগী মতমদা ছল্ (তৌছন্নবা) মখল মখা তৌদুনা প্রভুনা মীশিংবু হরিনাম লৌহনখি।

## তৈনবোল

পোকপগী মতমদা প্রভুনা মী মযাম্বু হরিনাম শোল্‌হনখি। অমুম্বা বাল্য, পৌগণ্ড, কৈশোর অদুগা যুবাগী মতমদা ময়াম্বু ছল মখল মখল তৌরগা হরিনাম শোল্‌হনখি। মরমদি মীবু হরিনাম শোল্‌হনগে হায়বগীদমক অবতার তৌখিবনী, অদুনা মতম পুম্বদা হরিনাম শোলহনবা হায়বসিদা তৌরম্মী।

## মূল ২৩-২৫

বাল্যভাবচ্ছলে প্রভু করেন ক্রন্দন।
কৃষ্ণ হরিনাম শুনি রহযে রোদন ॥ ২৩ ॥
অতএব 'হরিহরি' বোলে নারীগণ।
দেখিতে আইসে যেবা সব বন্ধুজন ॥ ২৪ ॥
'গৌরহরি' বলি তাঁরে হাসে সর্ব্বনারী।
অতএব হৈল তাঁর নাম, 'গৌরহরি' ॥ ২৫ ॥

## শব্দার্থ

বাল্যভাবচ্ছলে—বাল্যভাব লৌশন্নদুনা, প্রভু মহাপ্রভুনা, করেন—তৌরি, ক্রন্দন—কপ্পা, কৃষ্ণ—কৃষ্ণ, হরিনাম—হরিগী মিং, শুনি—নাকোণ্ডনা তারগা, রহয়ে—লেপ্পী, রোদন—কপ্পা, অতএব—মরমদুনা, 'হরি হরি'—হরি হরি, বোলে—শোল্লী, নারীগণ—নুপীশিংনা, দেখিতে—য়েংবা, আইসে—লাকয়ি, যেবা—কনাম্বা, সব—পুম্নমক; বন্ধুজন—মরিমতা, গৌরহরি—গৌরহরি; বলি—হায়দুনা, তাঁরে—মহাকপু, হাসে—নোকয়ি; সর্ব্বনারী—নুপী পুম্নমক্না, অতএব—মরমদুনা; হৈল—ওইখি, তাঁর—মাগী, নাম—মিং, গৌরহরি—গৌরহরি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাল্যভাব লৌশন্নদুনা প্রভুনা কন্নী , মতুদা কৃষ্ণ, হরি হায়বা নাম ঙাক্নোকপা তারগা কপ্পা তোক্লি । মরমদুনা মুপীশিংনা হরি হরি হায়না খোল্লী—মাবু য়েংবা লাক্লবা মরীমশ্না পুম্বনা মহাকপু গৌরহরি ( অতৌবা হরি ) হায়না কৌরগা মুপী পুম্নমক্না নোকলি । মরমদুনা মাগী মিং গৌরহরি ওইখিবনী ।

## মৈনরোল

প্রভুনা অঙাঙ ওইবগী হৌনশা কন্নদুনী হায়দুনা কপ্ শন্নরগা হরি হরি নাম হেক তাবদা কপ্পা তোকখি । মতৌ অসুম্না বাল্যকালদা প্রভুনা মীশিংবু হরিগী মিংলেন শোল্হনখি । প্রভুগী কুচুদি ঙৌরি ( হায়বদি গৌর ওই ); অদুগা হরিনামদা নুংঙাইজে , মরমদুনা মুপীশিংনা নোক্ল নোক্লদুনা মহাকপু গৌরহরি হায়না খোল্লম্মী । অদুদগী মাগী মিং অমা গৌরহরি ওইখিবনী ।

## মুল ২৬

বাল্য-বয়স যাবৎ হাথে খড়ি দিল ।

পৌগণ্ড-বয়স যাবৎ বিবাহ না কৈল । ২৬ ॥

## শব্দার্থ

বাল্য-বয়স বাল্যগী চহী মতাঙ , যাবৎ—লৈরবা মতমকাওবগী মনুঙদা ; হাথে—খুত্তা , খড়ি—খোংনবা লৈবাক ; দিল—পীরম্মী ; পৌগণ্ড-বয়স—চহী তরা ফাওবগী , যাবৎ—মতমদুগী মনুঙদা , বিবাহ - লুহোঙবা , না কৈল—তৌরমদ্রি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাল্য-বয়সগী হায়বদি চহী মঙাওরকপা মতমদা মখুত্তা খড়ি পীখি হায়বদি লাইরীক তম্বা হৌখি । পৌগণ্ডবয়সগী লোইবা ফাওবগী মনুঙদা প্রভু লুহোংলমদ্রি ।

## মুল ২৭

বিবাহ করিলে হৈল নবীন যৌবন ।

সর্বত্র লওয়াইল প্রভু নাম-সঙ্কীর্তন ॥ ২৭ ॥

শব্দার্থ

বিবাহ—লুহোংবা, করিলে—তৌরগা; হৈল—ওইরে; নবীন—অনৌবা, যৌবন—মথোকাবা মতম; সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা; লওয়াইল—লৌহনখি; প্রভু—মহাপ্রভুনা; নামসঙ্কীর্ত্তন—হরিনাম শোনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লুহোংলগা প্রভুগী যৌবনগী অনৌবা মতাও ছোখি। মফম পুম্নমক্তা প্রভুনা নামসঙ্কীর্ত্তন তৌহনখি।

মূল ২৮

পৌগণ্ড-বয়সে পঢ়েন, পঢ়ান শিষ্যগণে।

সর্ব্বত্র করেন কৃষ্ণনামের ব্যাখ্যানে॥ ২৮॥

শব্দার্থ

পৌগণ্ড-বয়সে—পৌগণ্ডগী বয়সদা; পঢ়েন—লাইরীক তম্লম্মী, পঢ়ান—তম্বীরম্মী, শিষ্যগণে—ছাত্রশিংদা, সর্ব্বত্র—মফম পুম্বদা, করেন—তৌয়ি, কৃষ্ণনামের—কৃষ্ণনামগী, ব্যাখ্যানে—ব্যাখ্যা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পৌগণ্ডবয়সগী মনুঙদা প্রভু মহাক্না লাইরীক তম্মী অদুগা (লাইরীক তম্বা লোইরদুনা টোল লিংখৎলগা। শিষ্যশিংবু লাইরীক তম্বীবা হৌখি। মফম পুম্বদা ব্যাখ্যা তৌরকপদা কৃষ্ণনামদা পানশন্ পানশন্দুনা (হেত্রনচিংবা) ব্যাখ্যা তৌরম্মী।

নৈনরোল

প্রভুনা শিষ্যশিংদা তম্বীরম্বদি ব্যাকরণ শাস্ত্রনী—থোইদোক হেন্দোক্না মহাক্না ব্যাকরণ তম্বীবম্মী। মহাক্না শক্তিংদি অঙকপনী, মরমদি ব্যাকরণগী সূত্র খুদিংমক্কী ব্যাখ্যাতু শ্রীকৃষ্ণদা হেক্তা পানশল্লী। মমাঙৈওদা থক তৌনবিরবা ব্যাখ্যা মতৌতু তারগা শিষ্যশিংনসু সূত্র লোটনমক্কী তাৎপর্য্যদি শ্রীকৃষ্ণতনী হায়না অনুভব তৌখি।

মূল ২৯

সূত্র বৃত্তি পাঁজী টীকা—কৃষ্ণেতে তাৎপর্য্য।

শিষ্যের প্রতীত হয় প্রভাব আশ্চর্য্য॥ ২৯॥

শব্দার্থ

সূত্র—সূত্র, বৃত্তি—বৃত্তি ; পাঁজী—পঞ্জিকা ; টীকা—টীকা ; কৃষ্ণেতে —কৃষ্ণদা, তাৎপর্য্য—পানশনবা ; শিষ্যের—শিষ্যগী ; প্রতীত হয়— মাল্লম্মী, প্রভাব—মঙম, আশ্চর্য্য—অঙকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ব্যাকরণগী পারিভাষিক শব্দ ওইরিবা ) সূত্র, বৃত্তি, পাঁজী টীকাদা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণনা তাৎপর্য্য ( পান্নীগুবা অর্থ ) ওইরম্মী। মহাক্কী প্রভাব-তি অঙকপনী হায়না মাগী শিষ্যশিংনসু খল্লম্মী।

তৈনবোল

পৌগণ্ডগী মতাঙদসু লাইরীক তম্বীবা মতমদা সূত্রনচিংবা ব্যাখ্যা তৌবা মতমদা ব্যাখ্যাতু শ্রীকৃষ্ণদা হেক হেক পান্সল্লী। মখোই অমুম্না প্রভুনা পৌগণ্ডগী মতমদসু মীশিংবু কৃষ্ণ-নাম লৌহন্থি।

মূল ৩০

যারে দেখে তারে কহে—কহ কৃষ্ণনাম।
কৃষ্ণনামে ভাসাইল নবদ্বীপ-গ্রাম ।৩০॥

শব্দার্থ

যারে—কনামবু, দেখে উরে ; তারে—মখোন্দা, কহে—হায়, কহ—হায়যু, কৃষ্ণনাম কৃষ্ণগী মিং, কৃষ্ণনামে—কৃষ্ণনামদা, ভাসাইল— তাউহল্লম্মী ; নবদ্বীপগ্রাম—নবদ্বীপ কৌবা খুঙ্গং অদু।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উরু উকবা মীদা কৃষ্ণনাম শোল্লু-হায়। নবদ্বীপ-গ্রামবু কৃষ্ণনামদা তাউহন্থি।

মূল ৩১

কিশোর বয়সে আরম্ভিলা সঙ্কীর্ত্তন।
রাত্রিদিনে প্রেমে নৃত্য,—সঙ্গে ভক্তগণ ॥ ৩১ ॥

শব্দার্থ

কিশোর-বয়সে—কিশোর ওইবগী চহী মতাঙদা ( চহী তরাগী মনুঙদগী

চহী ২৫ কাওবা ) ; আরম্ভিলা—হৌখি ; সঙ্কীর্ত্তন—নাম সঙ্কীর্ত্তন ; রাত্রি-দিনে—অহিং সুংখিন্দা , প্রেমে—কৃষ্ণ প্রেমা , নৃত্য—জগোই ; রঙ্গে—লোয়ননা , ভক্তগণ—ভক্তশিংগা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কিশোর ওইবা মতাঙদা হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন হৌখিবনী । অহিং-সুংখিল অনীমক্তা কৃষ্ণপ্রেমদা লুপ্তুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা জগোই শাখি ।

## মূল ৩২

নগরে নগরে ভ্রমে কীর্ত্তন করিয়া ।

ভাসাইল ত্রিভুবন প্রেমভক্তি দিয়া ॥ ৩২ ॥

### শব্দার্থ

নগরে নগরে—নগর খূদিংদা , ভ্রমে—কোয়না চৎলী ; কীর্ত্তন করিয়া—কীর্ত্তন শক্তুনা , ভাসাইল—তাউহল্লম্মী ; ত্রিভুবন—জগৎ মরোল অহুম , প্রেমভক্তি—কৃষ্ণবু সুংশিনা নীঙবা ; দিয়া—পীহুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা নগর খূদিং কীর্ত্তন তৌহুনা কোয়না লেঙলম্মী । কৃষ্ণবু সুংশিনা নীঙবা ( প্রেমভক্তি ) হায়বহু পীহুনা মরোল অহুম তাউহল্লম্মী ।

## মূল ৩৩

চব্বিশ বৎসর ঐছে নবদ্বীপ-গ্রামে ।

লওয়াইলা সর্ব্বলোকে কৃষ্ণপ্রেমনামে ॥ ৩৩ ॥

### শব্দার্থ

চব্বিশ—কুম্মরি , বৎসর—চহী , ঐছে—মতৌ অসুম্না , নবদ্বীপগ্রামে—নবদ্বীপগ্রামদা ; লওয়াইলা—লৌহনখি ; সর্ব্বলোকে—মীপুম্বা , কৃষ্ণপ্রেমেনামে—কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনাম ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী কুম্মরি মতৌ অসুম্না নবদ্বীপথামদা মী পুম্নমকপু কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনাম লৌহনুখি ।

## মূল ৩৪

চব্বিশ বৎসর ছিলা করিয়া সন্ন্যাস।

ভক্তগণ লঞা কৈলা নীলাচলে বাস ॥ ৩৪ ।

### শব্দার্থ

চব্বিশ বৎসর চহী কুম্মরি, ছিলা- লৈরম্মী, করিবা—তৌহুনা; সন্ন্যাস—লম্বোইবা, ভক্তগণ—ভক্তশিংবু; লঞা - পুহনা; কৈলা - তৌখি, নীলাচলে নীলাচলদ, বাস—লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চহী কুম্মরি সন্ন্যাস আশ্রমদা প্রভু লৈরম্মী। ভক্তশিংগা লোয়ননা নীলাচলদা প্রভু বাস তৌখি।

## মূল ৩৫

তার মধ্যে নীলাচলে ছয় বৎসর।

নৃত্য-গীত প্রেমভক্তি-দান নিরন্তর। ৩৫ ॥

### শব্দার্থ

তার—মতুগী (চহী কুম্মরিতুগী) মধ্যে—মনুঙদা; নীলাচলে—নীলাচলদা, ছয- তরুক, বৎসর - চহী, নৃত্য-গীত—জগোই অমসুং ঈশৈ, প্রেমভক্তি দান—প্রেমভক্তি পীবা, নিরন্তর—ভৎতনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সন্ন্যাসগী চহী কুম্মরিতুগী মনুঙদা চহী তরুক অতৎ-অথম নাইদবমক্তৈ জগোই শাহনা ঈশৈ শকুনা অদুগা প্রেমভক্তি পীনবিহনা লেনখি।

## মূল ৩৬

সেতুবন্ধ আর গৌড় ব্যাপি বৃন্দাবন।

প্রেমনাম প্রচারিয়া করিলা ভ্রমণ ॥ ৩৬ ॥

### শব্দার্থ

সেতুবন্ধ সেতুবন্ধ, আর- অদুগা, গৌড় - গৌড় দেশ, ব্যাপি - শীন্নহনা; বৃন্দাবন - বৃন্দাবন, প্রেম-নাম - কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনাম; প্রচারিয়া—শন্দোকুনা, করিলা—তৌখি, ভ্রমণ— কোয়বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সেতুবন্ধ ফাওবা খা-ভারত, গৌড় দেশ (বঙ্গদেশ), মোংচুপ্তা বৃন্দাবন ফাওবা কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনাম শন্দোক শন্দোক্লা লম কোয়রম্মী।

### তৈনরোল

সন্ন্যাস-আশ্রমগী চহী কুম্বরিগী মনুংদা অহানবা চহী তরুক অহু হায়রিবা মফমশিংসিদা প্রভু লেংলম্মী। অদুগা কৃষ্ণপ্রেম অমসুং কৃষ্ণনাম শন্দোকখিরম্মী।

### মূল ৩৭

এই মধ্যলীলা নাম-লীলামুখ্যধাম।

শেষ অষ্টাদশ বর্ষ অন্ত্যলীলা নাম ॥ ৩৭ ॥

### শব্দার্থ

এই - মসি মধ্যলীলা—মধ্যলীলা, নাম—কৌয়ি, লীলামুখ্যধাম —মরুওইবা লীলানী, শেষ— অরোয়বা, অষ্টাদশ—তরানীপাল, বর্ষ— চহী, অন্ত্যলীলা—অন্ত্যলীলা, নাম—কৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সন্ন্যাস-আশ্রমগী অহানবা চহী তরুক্তা তৌখিবা লীলা ) অসি মধ্যলীলা কৌয়ি, লীলাসি প্রভুগী অথোইবা লীলানী। অরোয়বা চহী তরানীপাল অদুনী লীলাগী অন্ত্যলীলা কৌয়ি।

### মূল ৩৮

তার মধ্যে ছয় বর্ষ ভক্তগণ-সঙ্গে।

প্রেমভক্তি লওয়াইলা নৃত্যগীতরঙ্গে ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

তার— মদুগী ( অকোনবা চহী তরানীপালগী ), মধ্যে—মনুংদা, ছয় বর্ষ—চহী তরুক, ভক্তগণ সঙ্গে— ভক্তশিংগা লোয়ননা, প্রেমভক্তি —( কৃষ্ণবু ) নুংশিনা নীংবা, লওয়াইল— লৌহনখি, নৃত্যগীতরঙ্গে — জগোইগা ঈশৈগগী নুংঙাইবা মতাংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সন্ন্যাস আশ্রমগী অকোনবা চহী তরানীপাল ) অদুগী মনুঙদা চহী তরাক ভক্তশিংগা লোয়ননা জগোইগা ঈশৈগদা নুংঙাইমিন্নরগা কৃষ্ণপ্রেম-ভক্তি ময়ামদা লৌহল্লম্মী ।

মূল ৩৯

দ্বাদশ বৎসর শেষ রহিলা নীলাচলে ।
প্রেমাবস্থা শিখাইলা আস্বাদনচ্ছলে ॥ ৩৯ ॥

শব্দার্থ

দ্বাদশ বৎসর চহী তরানীথোই শেষ—আরোয়বদু, রহিল—লৈরম্মে, নীলাচলে নীলাচলদ, প্রেম-অবস্থা কৃষ্ণপ্রেম লৈবগা ওইনা নুংপান অনীমকা ফাওম, শিখাইলা তাকপিখি, আস্বাদনচ্ছলে—মহাক তংবনী হায়শল্লদুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অরোয়বা চহী তরানীথোই অদুদি নীলাচল থাদোক্তবমথৈ লৈরম্মে । কৃষ্ণবু নুংশিরগা ভক্তগী নুং-পান অনীগী ফাওম করিনো হায়বদু মহাক তংবনী হায়শল্লদুনা ( ময়ামদা উৎতুনা ) তাকপিখি ।

তৈন্নবোল

অরোয়ব চহী তরানীথোইদুদি জগোই ঈশৈন চংবদু তোকখবে । অদুগী মতুংদা প্রভু রাধা-ভাব-তা চঙদুনা মদুদা লুপ্তুনা লৈ, রাধাভাবসিগী আবেশ ওইবদা মাগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগা কাযনবগী ভাব অদুগী স্ফুর্তি ওইদুনা লাক লৈ । মদুদা দিব্য-উন্মাদ ( প্রাকৃত-নত্তবা মঙাও ) ওইবনা প্রলাপ (চোইরোম্নচিংবা) তৌদুনা অদুক-নুংঙিল অমি চুপ্পা লেনখি শ্রীকৃষ্ণপ্রেমা ভক্তগী নুং-পান্ অনীদা করি করি অবস্থা ওইবগে হায়বদু অরোয়বা চহী তরানীথোইগী লীলাশিংসিদা প্রভুনা উৎখি ।

উৎখি হায়বদনী, থাজৈশেংনা উৎকে হায়বগী দমক লীলা শান্নখিবা নত্তে । মহাভাবকী আবেশ লাকপদা প্রভুনা কৃষ্ণপ্রেমগী শীঙলাক-ঙমদবা মথলমথেলদু মহাও তংখি, মদুনা মরম ওইদুনা অদুম প্রভুগী নুং-পান্ অনীদা

প্রেম-বিকার ( মঙং মঙং ) পূম্নক ওইরকপনী ; মসি পূম্নক প্রভুনা উংঙে হায়না তৌখিবা নত্তে। অতুবু প্রেমগী অবস্থা ওইরকপত্তু উকরগা প্রেম-বিকারগী মঙং করম তৌয়ি হায়বত্তু ময়াম্না খঙবা ঙমখিবদনী।

মূল ৪০

রাত্রিদিবসে কৃষ্ণ-বিরহ-স্ফুরণ।

উন্মাদের চেষ্টা করে প্রলাপবচন ॥ ৪০ ॥

শব্দার্থ

রাত্রিদিবস — অহিং নুংথিল অনীদা ; কৃষ্ণবিরহ কৃষ্ণগা কায়নবত্তু, স্ফুরণ—ফাওবা, উন্মাদের ভাবেগী, চেষ্টা মতৌ, করে—তৌয়ি, প্রলাপ-বচন — চোইরোল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহিং নুংথিল চুপ্পা ( শ্রীমতীরাধানা ) কৃষ্ণগা কায়নবত্তু ফাওরকয়ি। অদুদা ( শ্রীমতী রাধানা তৌবগুম্না ) দিব্য-উন্মাদগী ( ভাওবগী ) মতৌদা প্রভু চোইরোল লোল্লী।

টৈনরোল

অরেম্বদা রারী রাতাই ( আলাপ ) শাববু প্রলাপ কৌয়ি। মতুদি উজ্জলনীলমণিদা হায়রি— ব্যর্থালাপঃ প্রলাপঃ স্যাৎ।

মূল ৪১

শ্রীরাধার প্রলাপ যৈছে উদ্ধব-দর্শনে।

সেইমত উন্মাদ-প্রলাপ করে রাত্রিদিনে ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরাধার — শ্রীরাধাগী ; প্রলাপ—রাচোই ; যৈছে- অদুগুম্না, উদ্ধব-দর্শনে — উদ্ধবপু উবদা, সেইমত— মতৌ অদুগুম্না ; উন্মাদ— ভাওবা, প্রলাপ—রাচোই, করে - তৌয়ি ; রাত্রিদিনে— অহিংনুংথিল অনীদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

উদ্ধবপু উবদা শ্রীরাধানা চোইরোল লোন্বগুম্না অহিং নুংথিল অনীমক্তা ভাওবগা প্রভুনা চোইরোল লোল্লী।

মৈতৈলোন

শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লৈবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী মপাউ শুরগা বৃন্দাবনা ব্রজদা লাক্লা শ্রীরাধানচিংবী গোপসুন্দরীশিংনা উনবিবা মতমদা উদ্ধবপু হৈক উবদা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবগী বাদো ফোং কাওরদুনা শ্রীমতীরাধাদো উন্মাদ-অবস্থাদা লৈখি অদুগা প্রলাপ-বচন (চোইরোল) ঙাঙ্গা ঙাওখি। সন্ন্যাসগী অরোয়বা মতাও চহি তারানীথোইদো নীলাচলদা রাধা-ভাব তা আবেশ ওইখিদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুনা কৃষ্ণবিরহ স্ফুর্তিদা ঙাওদুনা চোইরোল লোনখি। উদ্ধব উবদা শ্রীরাধাগী প্রলাপবচন অসি শ্রীমদ্ভাগবতমদা য়াওবা ভ্রমর-গীতাদা ( ১০/৪৭ ) য়াওরিবনী। অদুগা শ্রীমন্মহাপ্রভুগী প্রলাপ-বচনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অন্ত্যলীলাদ বিশেষ ওইনা য়াওরিবনী, মধ্য লীলাদসু খর খর য়াওরিবনী।

মূল ৪২

বিদ্যাপতি জয়দেব চণ্ডীদাসের গীত।

আস্বাদেন রামানন্দ-স্বরূপ সহিত ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

বিদ্যাপতি—বিদ্যাপতি, জয়দেব—জয়দেব, চণ্ডীদাসের—চণ্ডীদাসগী; গীত—ঈশৈ, আস্বাদেন—আস্বাদন তৌরম্মী, রামানন্দ-স্বরূপ—শ্রীরামানন্দ অমসুং স্বরূপকা, সহিত লোয়ননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( বাহ্যজ্ঞান খঙ্জিজ্রুং ওইরবা মতমদা ) মহাপ্রভুনা বিদ্যাপতি, জয়দেব অমসুং চণ্ডীদাসগী ঈশৈশিংদো শ্রীরামানন্দ অমসুং স্বরূপ দামোদরগা লোয়ননা মহাও ত মিন্নে।

মৈতৈলোন

মহাজন-পদশিং আস্বাদন তৌবসি প্রভুগী কৃষ্ণবিরহদা প্রলাপবচন তৌরগা বাহ্যজ্ঞান খরা ওইরবা মতমদনী।

মূল ৪৩

কৃষ্ণের বিয়োগে যত প্রেমচেষ্টিত।

আস্বাদিয়া পূর্ণ কৈল আপন বাঞ্ছিত ॥ ৪৩ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী বিয়োগে-কায়নবদা যত-অদুক; প্রেম-চেষ্টিত—প্রেমগী মতৌ-মরাং, আস্বাদিয়া- মহাও তংদুনা, পূর্ণ কৈল—থুংহল্লী; আপন—মহাগী, বাঞ্ছিত-অনীওবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণগা কায়নবদা কৃষ্ণপ্রেমদা লৈবগী তৌকম থোকপা মওং লৈরিবমখৈ আস্বাদন তৌরগা মহাগী নীওবা থুংহল্লি।

## মূল ৪৪

অনন্ত চৈতন্যলীলা ক্ষুদ্র জীব হঞা।
কে বর্ণিতে পারে তাহা বিস্তার করিয়া ॥ ৪৪ ॥

## শব্দার্থ

অনন্ত—ওমখৈ নাইদবনী; চৈতন্যলীলা—শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি, ক্ষুদ্র—মচা পীথক, জীব—জীব, হঞা—ওইরগা; কে কনানা, বর্ণিতে—হায়বা, পারে-ঙমগনী; তাহা—মহু; বিস্তার—শন্দোকপা; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্যলীলাদি ওমখৈ-নাইদবনী; জীব অপীথক অমা ওইরগা কনানবু লীলাদু শন্দোক্লা হায়বা ঙমগদগে?

## মূল ৪৫

সূত্র করি গণে যদি আপনে অনন্ত।
সহস্রবদনে তেঁহো নাহি পায় অন্ত ॥ ৪৫ ॥

## শব্দার্থ

সূত্র করি—সূত্র ওইনা, গণে—মশীঙ থী; যদি—যদি, যস্থু; (গণে যদি—মশীঙ থীরবদি নত্রগা থীরবস্থু), আপনে—মহামক্তা, অনন্ত—শ্রীঅনন্তদেবনা, সহস্রবদনে—চীন লীশীঙনা, তেঁহো মহাক; নাহি পায়—ফংদে; অন্ত—অমখৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅনন্তদেব মহামক্না সূত্র ওইনা (মহাপ্রভুগী লীলাগী) মশীঙ থীরবস্থ মহাক্কী চীন শীঙনা লীলাগী ওমথৈ ফংলরোই।

## মূল ৪৬

দামোদর স্বরূপ আর গুপ্ত মুরারি।
মুখ্য মুখ্য লীলা সূত্রে লিখিয়াছে বিচারি ॥ ৪৬ ॥

### শব্দার্থ

দামোদরস্বরূপ—শ্রীস্বরূপ দামোদর, আর—অতুগা; গুপ্তমুরারি—শ্রীমুরারিগুপ্ত, মুখ্য মুখ্য—মরু মরু ওইবা, লীলা—লীলা, সূত্রে—সূত্র ওইনা, লিখিয়াছে—ইরম্মে, বিচারি—খল্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীস্বরূপদামোদর অতুগা শ্রীমুরারিগুপ্তগনা মরু মরু ওইবা লীলাশিংডু সূত্র ওইনা খল্লগা ইরম্মে।

### তৈননরোল

শ্রীমুরারিগুপ্তনা প্রভুগী আদিলীলা অতুগা স্বরূপদামোদরনা প্রভুগী অন্ত্য-লীলাডু মথোয়গী কড়চাদা সূত্র শম্না শম্না ইরম্মে।

## মূল ৪৭

সেই-অনুসারে লিখি লীলা-সূত্রগণ।
বিস্তারি বর্ণিয়াছেন তাহা দাস বৃন্দাবন ॥ ৪৭ ॥

### শব্দার্থ

সেই—মতুগী, অনুসারে—মতুঙইন্না, লিখি—ইজরি, লীলাসূত্রগণ—প্রভুগী লীলাগী সূত্রশিংডু, বিস্তারি—শন্দোক্লুনা, বর্ণিয়াছেন—ইরম্মে, তাহা—মডু; দাস বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন দাসনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগী মতুঙ ইন্না ঐনা লীলা সূত্রশিংডু ইজরি। মডু শ্রীবৃন্দাবন দাসনা শন্দোক্লুনা ইরম্মে।

## মূল ৪৮

চৈতন্যলীলার ব্যাস বৃন্দাবন দাস।
মধুর করিয়া লীলা করিলা প্রকাশ। ৪৮ ॥

### শব্দার্থ

চৈতন্যলীলার চৈতন্য-লীলাগী, ব্যাস—ব্যাস, বৃন্দাবনদাস—শ্রীলবৃন্দাবন দাস, মধুর করিয়া- থুম্না লীলা—লীলা; করিয়া ভৌরম্লে প্রকাশ ফোঙদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চৈতন্যলীলাগী ব্যাসদি শ্রীবৃন্দাবন দাসনী। মহাক্না প্রভুগী লীলাহ্ন মধুর ওইহন্দুনা ফোঙদোকখি।

## মূল ৪৯

গ্রন্থবিস্তার ভয়ে তেঁহো ছাড়িল যে-যে স্থান।
সেই সেই স্থানে কিছু করিব ব্যাখ্যান ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

গ্রন্থবিস্তার ভয়ে—লাইরীক চাউথোকখনী হায়না কিবনা, তেঁহো—মহাক্না (বৃন্দাবনদাসনা), ছাড়িল থাদোক্লম্লে; যে-যে—অতু অতু, স্থান—মফম, সেই সেই—অদু অদু; স্থানে- মফমদা, কিছু- খরা, করিব—ভৌজগে; ব্যাখ্যান—ব্যাখ্যা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইরীক চাউখ্রগনী হায়না কিবনা মহাক্না থাদোক্লম্বা মফম মফমদুদা খরা খরদং ব্যাখ্যা ভৌজগে।

## মূল ৫০

প্রভুর লীলামৃত তেঁহো কৈল আস্বাদন।
তাঁর ভুক্তশেষ কিছু করিয়ে চর্ব্বণ ॥ ৫০ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর—মহাপ্রভুগী, লীলামৃত—লীলাগী মথক ওইবা অমৃত, তেঁহো—মহাক্না, কৈল- ভৌরম্লে, আস্বাদন—মহাও তংবা; তাঁর—মহাকী, ভুক্তশেষ—চুক্থাক, কিছু—খরদং, করিয়ে—ভৌজগে, চর্ব্বণ—হাব্বা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী লীলা [illegible] অমৃতভু শ্রীবৃন্দাবন দাসনা আস্বাদন তৌগ্রে। মহাকী নুকথাক [illegible] হায়বগি নৈনজগে।

### মূল ৫১

আদিলীলার সূত্র লিখি শুন ভক্তগণ।
সংক্ষেপে লিখিয়ে, সম্যক না যায় লিখন॥ ৫১।

### শব্দার্থ

আদিলীলার—আদিলীলাগী সূত্র—সূত্র. লিখি—ইগি; শুন—তাবিয়ু, ভক্তগণ—ভক্তশিং, সংক্ষেপে—শন্না, লিখিয়ে—ইজগে, সম্যক—মপূঙফানা, না যায়—য়াদে, লিখন—ইবা।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

আদিলীলা সূত্র ইজরি, হে ভক্ত পুম্বা তাবিয়ু। শন্না ইজরি, মপূঙ ফানা ইবদি ওইথোক্তে।

### মূল ৫২

কোন বাঞ্ছা পূর্ণ লাগি ব্রজেন্দ্রকুমার।
অবতীর্ণ হৈতে মনে করিলা বিচার। ৫২॥

### শব্দার্থ

কোন—করিগুম্বা, বাঞ্ছা—অনীঙবা, পূর্ণ লাগি—থুংহনগে হায়দুনা, ব্রজেন্দ্রকুমার—শ্রীকৃষ্ণ, অবতীর্ণ হৈতে—অবতার তৌগে হায়না; মনে—পুক্নুংদা, করিলা বিচার—বিচার তৌখি।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

করিগুম্বা অনীঙবা অমা থুংনববা হায়দুনা ব্রজকিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌগে হায়না খন্থি।

### মৈনবোল

অনীঙবা করিগুম্বা অমা হায়রিবসি ১/১/৬ শ্লোক অদুদা হায়রিবা শ্রীরাধারাঃ প্রণয়মহিমা—নচিংবা বাহা অহং চুনী।

### মূল ৫৩

আগে অবতারিলা যে যে গুরু-পরিবার।
সংক্ষেপে কহিয়ে, কহা না যায় বিস্তার ॥ ৫৩ ॥

#### শব্দার্থ

আগে—হান্নমা, অবতারিলা—অবতার ভৌহল্লম্মী, যে যে - মহাক মহাক, গুরু-পরিবার—গুরুশিং অমসুং মখোয়গী পরিকরশিং, সংক্ষেপে - শম্না; কহিয়ে - হায়গে, কহা—হায়বা, ন যায়—য়াদে, বিস্তার—শন্দোক্না।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাকী গুরুজনশিং অমসুং মখোয়গী পরিবারশিংবু হান্নমা অবতার ভৌহন্খি। মদু শম্না হায়জগে, শা'না হায়বদ ঙইথোক্তে।

### মূল ৫৪

শ্রীশচী-জগন্নাথ শ্রীমাধবপুরী।
কেশব ভারতী আর ঈশ্বর পুরী ॥ ৫৪ ॥

#### শব্দার্থ

শ্রীশচী-জগন্নাথ—শ্রীশচীমাতা অমসুং পিতা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র, শ্রীমাধবপুরী—লৌকিক লীলাদা প্রভুগী পরমগুরু ( গুরুগী গুরু ), কেশব ভারতী—লৌকিক লীলাদা প্রভুগী সন্ন্যাস লৌবগী গুরু, আর - অহুগা, ঈশ্বরপুরী—শ্রীমাধবপুরীগী শিষ্য অহুনা প্রভুগী গুরু।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীমাতা, শ্রীজগন্নাথ মিশ্র, শ্রীমাধবপুরী, শ্রীকেশব ভারতী, অহুগা শ্রীঈশ্বরপুরী—মখোয়না হান্নমা অবতার ভৌখি।

### মূল ৫৫

অদ্বৈত-আচার্য্য আর পণ্ডিত শ্রীবাস।
আচার্য্যনিধি বিদ্যানিধি ঠাকুর হরিদাস ॥ ৫৫ ॥

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, শ্রীরাম পণ্ডিত, শ্রীআচার্য্যনিধি, শ্রীবিদ্যানিধি, শ্রীহরিদাস ঠাকুর—মখোয়সু প্রভুগী মমাঙদা পোকখিবনী।

## মূল ৫৬

শ্রীহট্টনিবাসী শ্রীউপেন্দ্রমিশ্র নাম।
বৈষ্ণব পণ্ডিত ধনী সদ্‌গুণ প্রধান।। ৫৬।।

### শব্দার্থ

শ্রীহট্টনিবাসী—শ্রীহট্টদা লৈবা, শ্রীউপেন্দ্র মিশ্র নাম—শ্রীউপেন্দ্র মিশ্র কৌবা, বৈষ্ণব—বৈষ্ণব, পণ্ডিত—লাইরীক-হৈবা, ধনী—লল্লৈবা, সদগুণ প্রধান—অফবা-গুণচেন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীউপেন্দ্রমিশ্র কৌবা শ্রীহট্টদা লৈরম্বা অদু বৈষ্ণবনী পণ্ডিতনী, লল্লৈবনী অমসুং সৎগুণখিবিক্লা তিনবনী।

## মূল ৫৭-৫৮

সপ্ত মিশ্র তাঁর পুত্র সপ্ত ঋষীশ্বর।
কংসারি পরমানন্দ পদ্মনাভ সর্ব্বেশ্বর। ৫৭।।
জগন্নাথ জনার্দ্দিন ত্রৈলোক্যনাথ।
নদীয়াতে গঙ্গাবাস কৈল জগন্নাথ।। ৫৮।।

### শব্দার্থ

সপ্তমিশ্র—মিশ্র তরেৎ তাঁর—মাগী, পুত্র—মচানুপা, সপ্ত—তরেৎ, ঋষীশ্বর—ঋষি অথোইবা; কংসারি—কংসারি, পরমানন্দ—পরমানন্দ, পদ্মনাভ—পদ্মনাভ; সর্ব্বেশ্বর—সর্ব্বেশ্বর; জগন্নাথ—জগন্নাথ, জনার্দ্দিন—জনার্দ্দিন, ত্রৈলোক্যনাথ—ত্রৈলোক্যনাথ; নদীয়াতে—নদীয়াদা, গঙ্গাবাস—গঙ্গা তোর্ব্বান্দা লৈবা, কৈল—তৌখি। জগন্নাথ—জগন্নাথ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ( শ্রীউপেন্দ্রমিশ্রগী ) মচানুপা মিশ্র তরেৎনী, মখোয়দু সপ্তর্ষিগা ( ঋষি তরেৎকা ) পাংথক্কী। মখোয়গী মিংদি কংসারি, পরমানন্দ, পদ্মনাভ সর্ব্বেশ্বর, জগন্নাথ, জনার্দ্দন অমুগা ত্রৈলোক্যনাথ কৌরি। শ্রীজগন্নাথ নদীয়াদা গঙ্গা তোর্বান্দা লৈখি।

## লৈনমচোল

সপ্ত ঋষিগী মিংদি—মরীচি, অত্রি, অঙ্গিরা, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু অমসুং বশিষ্ঠ অসিনী। শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা শ্রীমনমহাপ্রভুবু পোকপনী, অমুনা শ্রীউপেন্দ্র মিশ্র সি মহাপ্রভুগী মবুখোনী ( পিতামহনি )।

## মূল ৫৯

জগন্নাথ মিশ্রবর—পদবী 'পুরন্দর'।

নন্দ-বসুদেব রূপ সদ্গুণসাগর ॥ ৫৯ ॥

## শব্দার্থ

জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ, মিশ্রবর—মিশ্র আথাইবা, পদবী—উপাধি, পুরন্দর পুরন্দর, নন্দ-বসুদেবরূপ—শ্রীনন্দ অমসুং বসুদেবগী মশক্কী; সদ্গুণ-সাগর—সৎ ওইবা গুণশিংগী দ্বীপাক্কী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী উপাধি 'পুরন্দর'-নী। মহাক শ্রীনন্দ অমসুং বসুদেব অনীনা ভিনবনী, অদুগা সৎগুণশিংগী ভুগুফম্নী।

## লৈনমচোল

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী পদবী ( ফম ) হায়বদি উপাধি ( মিংথোল ) পুরন্দর হায়বনী। পুরন্দরগী অর্থ ইন্দ্র, প্রধান ( অখোইবা ) হায়বনী। দ্বাপর-লীলাগী শ্রীনন্দ মহারাজতুনা শ্রীজগন্নাথ ওইনা অবতার তৌরকপনী; শ্রীবসুদেবসু জগন্নাথদা চঙশিনবনী। মরমসিনা নন্দ অমসুং বসুদেবগুম্না জগন্নাথতু সৎ-গুণথিবিরা ভিরম্মী।

## মূল ৬০

তাঁর পত্নী শচীনাম পতিব্রতা সতী।
যাঁর পিতা—নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী ॥ ৬০ ॥

### শব্দার্থ

তাঁর—মহাক্কী (জগন্নাথমিশ্রগী). পত্নী ত্তালাই, শচীনাম—শচী কৌয়ি, পতিব্রতা—মপুরোইবা-নীঙবী ; সতী—মপূকলোঙদনী ; যাঁর—মহাক্কী (শ্রীশচীদেবীগী). পিতা—পাবুং ; নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী—নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী ত্তালোইদি শচীদেবী কৌয়ি। মহাক মপুরোইবা-নীঙবী সতীনী। মাগী মপাবুংদি শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনী।

### লেমদ্রোল

দ্বাপর-লীলাগী শ্রীযশোদা-মাতানা শ্রীশচীদেবী ওইনা অবতার তৌরকপনী অদুগা শ্রীদেবকীদেবীসু মঙোন্দা চঙবনি।

## মূল ৬১-৬২

রাঢ দেশে জনমিল ঠাকুর নিত্যানন্দ।
গঙ্গাদাস—পণ্ডিত, গুপ্তমুরারি, মুকুন্দ ॥ ৬১ ॥
অসংখ্য নিজ ভক্তেরে করাঞা অবতার।
শেষে অবতীর্ণ হৈলা ব্রজেন্দ্রকুমার ॥ ৬২ ॥

### শব্দার্থ

রাঢ দেশে— রাঢ়দেশগী একচাকা গ্রামদা (হৌজিক্কী বীরভূম জিলাদা), জনমিল—পোকখি, ঠাকুর—প্রভু ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ, গঙ্গাদাস পণ্ডিত—শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিত ; গুপ্ত মুরারি—শ্রীমুরারি গুপ্ত, মুকুন্দ—শ্রীমুকুন্দ, অসংখ্য—মশীং থীঙমদবা, নিজ—মহাক্কী ; ভক্তেরে ভক্তশিংবু, করাঞা—তৌহনদুনা ; অবতার অবতার ; শেষে মতৈদা, অবতীর্ণ হৈলা অবতার তৌখি, ব্রজেন্দ্রকুমার ব্রজনিংথৌ মপুস্থি শ্রীকৃষ্ণনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাঢ়দেশদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু পোকখি। শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিত শ্রীমুরারি-গুপ্ত, শ্রীমুকুন্দনচিংরা শ্রীগোলোক-ওমদদ্বা মহামক্কী ভক্তশিংবু অবতার তৌহল্লগা মখৈদা ব্রজনিংথৌ মপারি ( শ্রীকৃষ্ণনা ) অবতার তৌখি।

### মূল ৬৩

প্রভুর আবির্ভাব—পূর্ব্বে সর্ব্ববৈষ্ণবগণ।
অদ্বৈতাচার্য্য স্থানে করেন গমন ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুর - শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী, আবির্ভাব—অবতার (পোকপা), পূর্ব্বে — মাঙদা সর্ব্ববৈষ্ণবগণ - বৈষ্ণব পুম্নমক্না, অদ্বৈতাচার্য্য স্থানে—অদ্বৈতা-চার্য্যগী মকমদা, করেন—তৌরি, গমন—চৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন মহাপ্রভুনা পোক্লিদ্রিঙৈগী মমাঙদা বৈষ্ণবশিং পুম্নমক্না শ্রীঅদ্বৈতা-চার্য্যগী মকমদা চৎলী।

### মূল ৬৪

গীতা ভাগবত কহে আচার্য্যগোসাঞি।
জ্ঞানকর্ম্ম নিন্দি করে ভক্তির বড়াঞি ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

গীতা শ্রীমদভগবদ্গীতা, ভাগবত—শ্রীমদভাগবতম্, কহে—ব্যাখ্যা তৌরি ( হায় ), আচার্য্যগোসাঞি শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য প্রভুনা, জ্ঞান-কর্ম্ম —জ্ঞান মার্গ অমসুং কর্ম্মমার্গবু, নিন্দি নিন্দা তৌরগা, করে—তৌরি; ভক্তির—ভক্তিমার্গবু, বড়াঞি—থাগৎপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা (মনাক্তা লাক্লবা বৈষ্ণবশিংগী মকমদা) শ্রীমদ্ভগবদগীতা অমসুং শ্রীমদ্ভাগবতম্ অসিসি হায় (ব্যাখ্যা তৌরি)। (ব্যাখ্যা তৌবদা) জ্ঞানমার্গ অমসুং কর্ম্মমার্গবু য়াদবা উৎতুনা ভক্তিবু থাগৎলী।

মুল ৬৫

সর্ব্বশাস্ত্রে করে কৃষ্ণভক্তির ব্যাখ্যান।

জ্ঞানযোগ-কর্ম্মযোগ নাহি মানে আন।। ৬৫ ।।

শব্দার্থ

সর্ব্বশাস্ত্রে – শাস্ত্র পুম্নমক্তা, করে – তৌয়ি, কৃষ্ণভক্তির – শ্রীকৃষ্ণ-ভক্তিগী, ব্যাখ্যান – ব্যাখ্যা, জ্ঞানযোগ – মায়াবাদ, কর্ম্মযোগ – কর্ম্ম-কাণ্ডগী বা, নাহি মানে – য়াদে, আন – অতৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শাস্ত্র পুম্বা ব্যাখ্যা তৌবদা কৃষ্ণভক্তিনা মরু ওইবা হেল্লী হায়। জ্ঞান-যোগ অমদি কর্ম্মযোগ-নচিংবা অতৈ মত য়াওয়দে।

মুল ৬৬

তাঁর সঙ্গে আনন্দ করে বৈষ্ণবের গণ।

কৃষ্ণপূজা কৃষ্ণকথা নাম সংকীর্ত্তন।। ৬৬ ।।

শব্দার্থ

তাঁর – মাগা, সঙ্গে লোয়ননা, আনন্দ করে – নুংঙাইহৌই; বৈষ্ণবের গণ – বৈষ্ণবশিংনা, কৃষ্ণপূজা – কৃষ্ণবু লাৎপা, কৃষ্ণকথা কৃষ্ণগী য়ারী, নামসংকীর্ত্তন – কৃষ্ণনাম শোন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কা ( শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগা ) লোয়ননা বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণ পূজা, কৃষ্ণ-কথা অমদি নামসংকীর্ত্তন তৌদুনা নুংঙাইহৌই।

মুল ৬৭

কিন্তু সর্ব্বলোক দেখি কৃষ্ণবহির্মুখ।

বিষয়-নিমগ্ন দেখি পায় দুঃখ ।। ৬৭ ।।

শব্দার্থ

কিন্তু – অদুবু; সর্ব্বলোক – মী পুম্নমকপু, দেখি – উদুনা কৃষ্ণবহির্মুখ – কৃষ্ণদগী মায়ওন্থোকপা; বিষয়-নিমগ্ন – লৈহৌমগী নুংঙাইবদা পুম্না, দেখি – উদুনা; পায় – ফংঙী, দুঃখ – অওয়াবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুবু মী পুম্নমকপু কৃষ্ণদগী মায়ওন্থোকপা উবদা অদুগা ললথুম তান্দুনা সংসার বিষয়দা লুপ্পা উবদা খুংঙাইরমদে।

## মূল ৬৮

লোকের নিস্তার হেতু করেন চিন্তন।

কেমতে এসব লোকের হইবে তারণ ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

লোকের—মীগী ; নিস্তার হেতু—অরান খুভম ফংনবগীদমক ; করেন চিন্তন চিন্তা তৌয়ি, কেমতে-মতৌ করম্না, এ সব লোকের—মী-পুম্নমক্নিগী ; হইবে—ওইগনী, তারণ—অরান-খুভম।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মীশিংগী অরান-খুভম ফংননবগীদমক চিন্তা তৌরম্মী। মতৌ করম্না মী পুম্নমক্নিগী মুক্তি ওইগনী হায়না খনখি।

## মূল ৬৯

কৃষ্ণ অবতরি করে ভক্তির বিস্তার।

তবে সে সকল লোকের হইবে নিস্তার ॥ ৬৯ ॥

### শব্দার্থ

কৃষ্ণ—শ্রীকৃষ্ণনা, অবতরি—অবতার ওৌদুনা, করে—তৌরবদি ; ভক্তির—ভক্তিবু, বিস্তার—শন্দোকপা তবে—অদু ওইরবদি ; সে সকল লোকের মী পুম্নমক্নী, হইবে—ওইগনী, নিস্তার—লানবা ( মুক্তি )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণনা অবতার ওৌরগা ভক্তি শন্দোক্লবদা ( কৃষ্ণনীঙদবা ) মী পুম্নমক্না লানবা ( মুক্ত ) ওইগনী।

## মূল ৭০

কৃষ্ণাবতারিতে আচার্য্য প্রতিজ্ঞা করিয়া।

কৃষ্ণপূজা করে তুলসী গঙ্গাজল দিয়া ॥ ৭০ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণ-অবতারিতে—কৃষ্ণবু অবতার তৌহন্নবা হায়রুনা, আচার্য্য —শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ; প্রতিজ্ঞা—ৱাশকপা ; করিয়া—তৌদুনা, কৃষ্ণপূজা --কৃষ্ণবু পূজা, করে—তৌয়ি, তুলসী-গঙ্গাজল দিয়া—তুলসীমনাগা গঙ্গাজলগনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌহন্নগে হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা ৱাশল্লগা তুলসীপত্রগা গঙ্গাজলগন্তা কৎলগা কৃষ্ণবু পূজা তৌয়ি।

## মূল ৭১

কৃষ্ণের আহ্বান করে সঘন হুঙ্কার।

হুঙ্কারে আকৃষ্ট হৈলা ব্রজেন্দ্রকুমার ॥ ৭১ ॥

## শব্দার্থ

কৃষ্ণের আহ্বান – শ্রীকৃষ্ণবু কৌবা ; করে—তৌয়ি, সঘন – হন্না হন্না, তোয়না তোয়না ; হুঙ্কার হুঙ হুঙ হায়বা ৱাহৈ, হুঙ্কারে হুঙ্কারদুনা, আকৃষ্ট—চিংশনবা, হৈলা– ওইখি, ব্রজেন্দ্রকুমার--ব্রজনিংথৌ মপারি, শ্রীকৃষ্ণ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

তোয়না তোযনা ওংবা হুঙ্কারনা কৃষ্ণবু কৌয়ি। হুঙ্কারদুনা ব্রজ-নিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণবু চিংশিনখি।

### মৈনবোল

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী হুঙ্কারনা চিংলবদা ব্রজনিংথৌমপারি-শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা শচীমাতাগী গর্ভদা আবির্ভাব তৌখি।

## মূল ৭২

জগন্নাথ মিশ্র-পত্নী শচীর উদরে।

অষ্ট কন্যা ক্রমে হৈল – জন্মি জন্মি মরে ॥ ৭২ ॥

## শব্দার্থ

জগন্নাথমিশ্র-পত্নী—শ্রীজগন্নাথমিশ্রগী তান্লোই, শচীর - শ্রীশচীগী,

উদরে পুত্রা, অষ্ট কন্যা—মচানুপী নীপাল; ক্রমে - মথত্ত মথত্ত, হৈল—ওইখি, পোকখি, জন্মি জন্মি—পোক্ল পোক্ল, মরে - শি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী তালোই শ্রীশচীদেবীগী গর্ভদা মচানুপী নীপাল মথত্ত মথত্ত পোকখি, অদুবু মথোয়দো পোক্ল পোক্ল শিখি।

## মূল ৭৩

অপত্য বিরহে মিশ্রের দুঃখী হৈল মন।
পুত্র লাগি আরাধিলা বিষ্ণুর চরণ ॥ ৭৩ ॥

### শব্দার্থ

অপত্য - মচা, বিরহে—কায়নবদা; মিশ্রের—শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী; দুঃখী - রাবা, হৈল - ওইখি, মন—পুক্নীঙ, পুত্র—মচানুপা, লাগি—পাম্বনীদমক, আরাধিলা—লাংচখি, বিষ্ণুর—শ্রীবিষ্ণুগী, চরণ - খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচা কায়নবদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী মপুক্নীঙ দুংঙাইরমদে। মচানুপা ফংননবা হায়দুনা শ্রীবিষ্ণুগী চরণবু আরাধনা তৌজখি।

## মূল ৭৪

তবে পুত্র উপজিলা বিশ্বরূপ-নাম।
মহাগুণবান্ তেঁহে বলদেবধাম ॥ ৭৪ ॥

### শব্দার্থ

তবে - অদুদগী, পুত্র মচানুপা উপজিলা—পোকখি বিশ্বরূপনাম—বিশ্বরূপ কৌবা, মহাগুণবান্ - মহাগুণ-চেনবা, তেঁহো - মহাক, বলদেবধাম - বলদেবগী দেহ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী বিশ্বরূপ কৌবা মচানুপা অমা পোকখি। মহাক মহাগুণ-চেনবনী অদুগা শ্রীবলদেবগী দেহনী।

### নৈনরোল

থাম শব্দগী অর্থদি দেহ ( হকচাঙ ), প্রভাব ( মতীকময়াম ), রশ্মি ( মঙাল )-নী ( শবকয়ক্রম ), আশ্রয় ( তুংকম )। বলদেবধাম গী অর্থ বলদেবগী দেহ, বলদেবগী দেহ অমা নত্ৰগা অংশগী মশক ওইবা দেহ হায়বসি বলদেবগী অংশ হায়বা য়াই ; মতুদি সুমীংকী মঙানবু সুমীংকী অংশনী হায়বগুম্বনী। নত্ৰগা, বলদেবনা মহাক্কী অংশী ( মপুম ) ওইনা থাম ( নত্ৰগা আশ্রয় ) ওইরিবা, অতুগুম্বা মহাক অদো বলদেবধাম-নী হায়বদি বলদেবগী অংশনী। শ্রীবিশ্বরূপ অসু শ্রীবলদেবগী অংশনী।

### মুল ৭৫

বলদেব-প্রকাশ—পরব্যোমে সঙ্কর্ষণ।
তেঁহো বিশ্বের উপাদান নিমিত্ত কারণ ॥ ৭৫ ॥

### শব্দার্থ

বলদেব প্রকাশ—শ্রীবলদেবগী বিলাসমূর্ত্তিনী, পরব্যোমে—পরব্যোমদা, সঙ্কর্ষণ সঙ্কর্ষণ, তেঁহো—মহাক, বিশ্বের—বিশ্বজগৎকী, উপাদান—পোৎচঙ ; নিমিত্ত—পোৎশাবা মী, কারণ মরম।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীবিশ্বরূপ অসি ) শ্রীবলদেবনা ওইবা বিলাসমূর্ত্তিনী, মহাক পরব্যোমগী সঙ্কর্ষণ হায়বতুনী। মহাক বিশ্বগী উপাদান অমসুং নিমিত্ত কারণ অনীমক ওইরিবনী

### নৈনরোল

বলদেবপ্রকাশ—বলদেবনা প্রকাশ হায়বদি বিলাস ওইনা থোরকপনী, অতুনা শ্রীবিশ্বরূপ বলদেবগী বিলাস মূর্ত্তিনী।

পরব্যোমে সঙ্কর্ষণ—পরব্যোমদা সঙ্কর্ষণ হায়বতু শ্রীবিশ্বরূপসিনী। পরব্যোমদা ব্যূহ মরিগী মনুঙচনবা সঙ্কর্ষণ হায়বতু বলদেবগী বিলাস মূর্ত্তিনী অতুগা মহাক্না বিশ্বপুম্বগী উপাদান ( মচাক ) অমসুং নিমিত্ত কারণ ওইরিবনী ( মঙাশুবা পরিচ্ছেদ য়েংবিয়ু )।

উপাদান কারণ—কয়িগুম্বা পোৎ অমা শাবগী মচাক অতুবু উপাদান কারণ কৌয়ি, মতুদি লৈপাক্কী চকু শাবগী মচাক্তি লৈথোক্নী।

নিমিত্তকারণ—করিগুম্বা পোৎ অমা শাম্বিবা মহাক অদুবু নিমিত্ত কারণ কৌম্বি; অদুদি চকু-শাবা মীবু চকুগী নিমিত্ত-কারণ কৌম্বি।

কারণ-গী অর্থদি থোরকফম হায়বনী। উপাদান অমসুং নিমিত্ত অনীনা প্রোৎকী থোরকফমী।

পরব্যোমদা লৈরিবা কায়ব্যূহ মরিগী মনুঙদা অমা ওইরিবা সঙ্কর্ষণ হায়বা ব্যূহসিনা কারণার্ণবশায়ী ওইনা জগৎসিগী উপাদানসু নিমিত্তসু ওইবা কারণ অদুনী।

## মূল ৭৬

তাঁহা বিনা বিশ্বে কিছু বস্তু নহে আর।

অতএব 'বিশ্বরূপ' নাম যে তাঁহার ।। ৭৬ ।।

## শব্দার্থ

তাঁহা—মহাক, বিনা—নত্তনা, বিশ্বে—বিশ্বজগত্তা কিছু করিম্সু; বস্তু—পোৎ, নহে—নত্তে, লৈতে, আর—অতৈ, অতএব—মবমদুনা, বিশ্বরূপ—বিশ্বরূপ নাম যে—মিং, তাঁহার—মহাকী।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

মহাক (সঙ্কর্ষণ) নত্তনা বিশ্বজগৎসিদা পোৎ অতৈ করিম্সু লৈতে। মরমদুনা মহাকী (শচীগী মচানুপাসিগী) মিং বিশ্বরূপ ওইবিবনী।

## তৈনবরোল

জগৎসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্কী উপাদানদি সঙ্কর্ষণনী, সঙ্কর্ষণ নত্তবা পোৎ অমত্তা বিশ্বসিদা লৈত্রে। সঙ্কর্ষণনা বিশ্ব প্রপঞ্চ ওইরকপনী হায়দুনা সঙ্কর্ষণবু বিশ্বরূপ হায়বা যারিবনী। শচীগর্ভদা ওইরক্লিবা বিশ্বরূপ অদু মাগী তত্ত্ব য়েংলুরগদি সঙ্কর্ষণনী।

## মূল ৭৭

নৈতচ্চিত্রং ভগবতি হ্যনন্তে জগদীশ্বরে।

ওতংপ্রোতমিদং যস্মিন্ তন্তুষঙ্গ যথা পটঃ ।। ৭৭ ।।

## শব্দার্থ

ন — নত্তে ; এতৎ — মসি  চিত্রম্ — অঙকপা ; ভগবতি — ভগবান্দা , হি — লেপমক ; অনন্তে — অনন্তদা ( শ্রীবলদেবদা ) , জগদীশ্বরে — জগদীশ্বরদা , ওতম্ — ময়ুং ; প্রোতম্ — মফেল ; ইদম্ — মসি , যস্মিন্  মতুদা , তন্তুষু — লং পুন্নমক্তা , অঙ্গ — হে অঙ্গ , যথা — ৺ম্না , পটঃ — ফি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীশুকদেব গোস্বামীনা পরীক্ষিৎ মহারাজদা হায়রম্মী ) হে মহারাজ, লং পুন্নমক্তা ফিনা লৈবগুম্না মতোন্দা বিশ্বসি ময়ুং মফেল ওইনা লৈ-হায়বা অসি জগদীশ্বর ভগবান্ অনন্তগী হায়রবগদি করিস্ম ঙকঙাই লৈতে ।

## তৈনরোল

(শ্লোকসি শ্রীমদ্ভাগবতম্‌দগীনী ( ১০/১৫/৩৫ ) ।

মম্না যেংশন্নগদি ফিগী মায়কৈ অনীদা লং লৈ — শাংবগী মাযবেদা অতুগা মরাক্কী মায়কৈদা । শাংবগী মাযকৈগী লংগা মরাক মাইকৈগী লঙগা লেংশন্নবনী অতুগা মরাক মাযকৈগী লংগা লোয়নন মশাং মাযকৈগী লংস্থু লেংশন্নবনী অতুগা মশাং মাযকৈগী লংগা লেংশন্নববু ওত ( ময়ুং ) কৌয়ি অতুগা মরাক মাযকৈগী লংগা লেংশন্নববু প্রোত ( মফেল ) কৌযি । ফিদি লনা ওতপ্রোত (ময়ুং-মফেল) ওইবগীদমক ফিগী মফম পুম্বদা লংগী লং-ঙাওনী, লং নত্তনা অৈত্ত করিমতা লৈতে । মতৌ অতুংম্না বিশ্ব অসিস্থু ভগবান অনন্তদেবনা ( শ্রীবলদেবনা ) ওতপ্রোত ওইবনী হায়বদি বিশ্বগী ময়ুংগী মাযকৈদস্থু মহাক ঙাংগা মরাক্কী মাযকৈদস্থু মহাক ঙাক্তনী, বিশ্বগী কবিগুম্বা মফমদস্থু মহাক নত্তনা অৈত্ত করিমতা লৈতে । অসিগুম্বা শ্রীবলদেবনীনা, মতোন্দদি এতৎ — মসি, ধেনুকাসুরনা গর্দ্দভকী (গাধাগী) দেহনা থাবদা তালবন পুম্বা নৈকপা হায়বাস করিস্ম ঙকঙাই ওইদে ।

নোংমা শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীবলদেবগা রাখাল লোইনমকপু পুন্নগা শন্ শেনবা চংপদা তালবনগী মনাক্তা লেঙখি । তাল ( থাওতুপ ) অমুবশী মনম্না চানীওলহুনা রাখালশিংনা তাল চানীওঙী হায়বদগী মথোয় লোইনা তালবন তাম্না চংখ্রে । বলদেবনা মথুং অনীনা তাল-পাম্বী পায়রগা কম্থ কম্থরগা তাল যৈথরম্মী । তাল যৈথবগী মখোল তারহুনা কংসনা থাবকপা গাধাগী শক্লোবা ধেনুকাসুরনা মফমহুদা লাক্লগা বলদেবদা আক্রমণ তৌরম্মী ।

বলদেবনসু পাথাগী ভুংগী মথোঙ অনীদু পায়রগা মাবু কয়ারক হুম্না কোয়রৈ লৈহুনা হাইরগা তাল-পাম্বী অমগী মথক্তা লংলগা থাথরম্মী। মহুদা তাল-পাম্বীদু ভুরে, মহুনা ভুথরকপদা য়ৈশিন্দুনা অতোপ্পা তাল পাম্বী অমা, মহুনমুক অতোপ্পা অমা য়ৈশিন্নহুনা তালবন পুম্বা থক থক নীকখি। অদুম্না তৌবসি অশুকপা থৌদৌ অমনী হায়বদা করিমতা চিংনগাই লৈতে। অদুবু শ্রীশুকদেবনা হায়রম্মী— বলদেবনা তৌখিবা থবকসি করিসু ঙক্লগাই নত্তে, মরমদি বিশ্বজগৎসিদা মহাক্না ওত-প্রোত ওইনা লৈরিবনী।

'মহাক নত্তনা বিশ্বসিদা অতৈ করিসু লৈতে' হায়বা ৭৬-শুবা পয়ারদা য়াওরিবা ৱাকমগী প্রমাণ ওইনা শ্রীভাগবতম্‌গী শ্লোকসি লৌখৎলিবনী।

## মূল ৭৮

অতএব প্রভুর তেঁহো হৈল বড ভাই।

কৃষ্ণবলরাম দুই—চৈতন্য-নিতাই। ৭৮॥

### শব্দার্থ

অতএব—মরমহুনা, প্রভুর—মহাপ্রভুগী, তেঁহো—মহাক (বিশ্বরূপ), হৈল—ওইরে, বড ভাই—ময়াম্বা, কৃষ্ণবলরাম—কৃষ্ণ অমসুং বলরাম; দুই—অনী, চৈতন্য-নিতাই—চৈতন্য অমসুং নিতাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরমহুনা মহাক (বিশ্বরূপ) শ্রীমন্‌মহাপ্রভুগী ময়াম্বা ওইরে। কৃষ্ণ-বলরাম অনীনা চৈতন্য-নিতাই ওইরে।

### তৈনবোল

বিশ্বরূপ-না শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বা ওইবগী মরমদি অসিনী মহুদি—শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য অদুগা শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইবা মরম্না অদুগা অমুক শ্রীবিশ্বরূপ-না শ্রীনিত্যানন্দগী অংশ ওইবনা অদুগা শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বা ওইবা মরম্না শ্রীনিত্যানন্দগী অংশ ওইবা শ্রীবিশ্বরূপসু শ্রীচৈতন্যগী ময়াম্বা ওইরে।

## মূল ৭৯

পুত্র পাঞা দম্পতী হৈল আনন্দিতমন।

বিশেষে সেবন করে গোবিন্দ-চরণ॥ ৭৯॥

## শব্দার্থ

পুত্র—মচানুপা , পাঞা—ফংলদুনা ; দম্পতী—মপুমনাই (মতৈ-মনাও) ; হৈলা আনন্দিতমন—পুক্নীঙ-মুংঙাইবা ওইরে ; বিশেষে—খোইদোকপা ওইনা ; সেবন করে—সেবা তৌয়ি ; গোবিন্দ-চরণ—শ্রীকৃষ্ণগী খোঙ ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচানুপা অমা ফংলদুনা শ্রীজগন্নাথগা শচীদেবীগা মপু-মনাই অনীগী পুক্নীঙ মুংঙাইরম্মী । খোইদোক্না শ্রীগোবিন্দগী চরণ সেবা তৌরম্মী ।

## মূল ৮০

চৌদ্দশত-ছয়-শকে শেষ মাঘ মাসে ।

জগন্নাথ শচীর দেহে কৃষ্ণের প্রকাশে ॥ ৮০ ॥

## শব্দার্থ

চৌদ্দশত-ছয়-শকে—১৪০৬ শক চহীদা , শেষ মাঘ মাসে—মাঘগী ( রাকচীঙ ) থামৈদা , জগন্নাথ-শচীর—শ্রীজগন্নাথগা শচীগী , দেহে—হকচাঙদা ; কৃষ্ণের প্রকাশে—শ্রীকৃষ্ণনা প্রকাশ ওইরে ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

১৪০৬ শক চহীদা মাঘ থাগী থামৈদা শ্রীজগন্নাথ মিশ্র অমসুং শ্রীশচীদেবীগী দেহদা শ্রীকৃষ্ণ প্রকাশ ওইরে ।

## মূল ৮১-৮২

মিশ্র কহে শচীস্থানে—দেখি আনরীত ।

জ্যোতির্ম্ময় দেহে গেহে লক্ষ্মী অধিষ্ঠিত ॥ ৮১ ॥

যাঁহা তাঁহা সব লোক করেন সম্মান ।

ঘরেতে পাঠায়্যা দেন বস্ত্রধন ধান ॥ ৮২ ॥

## শব্দার্থ

মিশ্র শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা ; কহে-হায় , শচীস্থানে—শ্রীশচীগী মফমদা ; দেখি—উইনে আনরীত—ওন্থোকপা থোদো জ্যোতির্ম্ময়—মঙাল-ঙাক্নগী , দেহে- দেহেদা , গেহে—যুমদা , লক্ষ্মী—শ্রীলক্ষ্মী ;

অধিষ্ঠিত—লৈ ; যাঁহা তাঁহা – মফম অম–অমদা ; সবলোক—মী পুম্বক্কা ; করেন সম্মান – ইকাইথুম্বৈ , ঘরেতে—যুমদা , পাঠাঘ্যা– থারক্কুনা , দেন —পীরৈ , বস্ত্র—ফি , ধন শেল , ধান—ফৌ ।

মৈতৈ লান্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা শচীগী মফমদা হায়রম্মী—ওম্মোকপা থৌদৌ ভাক্তা উইনে । মঙান-ভাক্তগী দেহ লৌচুম লক্ষ্মীনা ঐথোয়গী যুমদা লৈরে । মফম অম-অমদ মী পুম্বক্কা ঐবু সম্মান তৌয়ি, অদুগা যুমদা ফি, শেল অদুগা ফৌ থারক্কুনা পীরৈনে ।

## মূল ৮৩

শচী কহে—মুঞি দেখোঁ আকাশ উপরে ।
দিব্য মূর্ত্তি লোক সব যেন স্তুতি করে ॥ ৮৩ ॥

## শব্দার্থ

শচী—শ্রীশচীদেবী , কহে—হায় , মুঞি--ঐ , দেখোঁ—উইনে ; আকাশ অতিয়া , উপরে—মথক্তা ; দিব্য মূর্ত্তি—মী-নত্তবা মূর্ত্তিগী ; লোক সব—মী পুম্বনা , যেন—গুম্না , স্তুতি করে- স্তুতি তৌয়ি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীশচীদেবীনা হায়রম্মী- ঐমু অতিয়াদা মঙান-ভাক্তগী মী ভাক্তনা ঐবু স্তুতি তৌবগুম তৌয়ি ।

## মূল ৮৪-৮৫

জগন্নাথ মিশ্র কহে—স্বপ্ন যে দেখিল ।
জ্যোতির্ম্ময়ধাম মোর হৃদয়ে পশিল ॥ ৮৪ ॥
আমার হৃদয় হৈতে গেলা তোমার হৃদয়ে ।
হেন বুঝি জন্মিবেন কোন মহাশয়ে ॥ ৮৫ ॥

## শব্দার্থ

জগন্নাথ মিশ্র—শ্রীজগন্নাথ মিশ্র, কহে—হায় স্বপ্ন মঙ, যে—অদু , দেখিল উখি , জ্যোতির্ম্ময়ধাম— মঙান ভাক্তগী দেহ অমা মোর —ঐগী , হৃদয়ে—থম্মোইদা , পশিল— চঙ্খি , আমার—ঐগী হৃদয় হৈতে —থম্মোইদগী , গেলা – চৎখি , তোমার— নহাক্কী হৃদয়ে—থম্মোইদা , হেন—অদুম্না , বুঝি থগুরগুম মান্নী ; জন্মিবেন পোকনী , কোন—কনাগুম্বা , মহাশয়ে অচৌবা মী অমা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রনা হায়—মচু অমা উথিবন্না, মচাতপী ওইবা মেহু অমা ঐগী থম্মোইদা চঙলকখি। অদুদগী ঐগী থম্মোইদগী মুত্তিরু নহাক্কী থম্মোইদমুক চঙখি। কনাগুম্বা অচৌবা মী অমা পোকদৌরিবাক্নে হায়না অসুম্বা খল্লী।

### নৈনরোল

মীওইবগী মমা-মপা লৈবগুম্বা মীওইবা ওইনা লীলা শাগরিবা স্বয়ং ভগবাননগী অপ্রকট লীলাদসু মহাক্কী মমা-মপানী হায়জনীঙবা পরিকর লে। মখোয়না মচাবু ভগবাননগী মমা-মপানী খল্লী অদুগা ভগবাননসু মাখোয়দুবু মাগী মমা-মপানী হায়না খল্লী। ভগবাননা ব্রহ্মাণ্ডদা মহাক্কী নরলীলা ফোঙদোক্লীঙবা মতমদা মতমতুগী মীশিংগী মকমদা মহাক্নে মখোয়-গুম্বা মী নী হায়না খনজনবা তাগনী, নত্রগদি নরলীলা ওইবা য়ারোই। মীনী হায়না খঙজনবা তারবদি মমাগী গর্ভদগী পোকপা তাই মরমদি মীওইবা খুদিংমক মমাদগী পোক্লকপা তাঙনী। মরমদুনা নরলীলা তৌবা যাননবা ব্রহ্মাণ্ডসিদা প্রকট ওইবা মতমদসু মহাক্কী মমা-মপা লৈক্কম থোকপনী অদুগা মহাক্না অবতার তৌগ্রিঙৈগী মমাঙদা মমাগী মেহদসু গর্ভদা অঙাং লৈরে হায়বগী লক্ষণ উৎপা দরকারনী। মরমদুনা অপ্রকট ওইরিঙৈদা মাগী মমা-মপা ওইবশিংদুবু, ব্রহ্মাণ্ডদা মচামক থোরক্লিঙৈগী মমাঙদা, ভগবাননা তোঙানা প্রকট ওইহল্লী অদুদগী তুংদ লুহোং-কৈহোং তৌগনা মমা-মপা ওইদৌরিবা অনীমবু পূনশিনহল্লী। মচামক থোরক্লিঙৈগী মমাঙদা ভগবাননা অহানবদা জ্যোতিংগী মচক অমা চঙবনচিংবগী রাড়ু মমাগী মকমদা ফোঙদোক্লবা মতমদা মতুংদমক ভগবাননা মমাগী থম্মোইদা চঙঙৌ, মসুম তৌবসি মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণগী আবির্ভাবকী মতমদা তৌখি। মতুম তৌরবা মতমদগী মমাগী দেহেদা প্রাকৃতমাতাগী মতৌগুম্বা গর্ভসঞ্চার তৌবগী খুদম উৎলকখি। থেম্বা হায়ববু অসিনী মদুদি—প্রাকৃত ওইবীশিংগী গর্ভসঞ্চারদি শুক্রগা ( কণ্বীগা ) শোনিতকা ( ঈগা ) তিন্নবগী ফল ওইননী, অদুগা ভগবাননগী মমাদি শুদ্ধসত্ত্ব তাকনী, শুক্র শোণিত তিন্নবদগী গর্ভসঞ্চার ওইবা নত্তে—ভগবান মচামক মমাদা আবির্ভাব তৌরগা—মমাগী চিত্তদা মহামক্কী গর্ভদা অতাও পোকদৌরে হায়বা খাজংলগা মহাক্কী মেহদা গর্ভ-লৈবীগী লক্ষণ ফোঙদোকরকপনী। মতুঙদা মতম চানা মমাগী দেহদা অতাও পোক্লমদাইগী য়েক-খোৎপনচিংবা অমদি পোকপগী লক্ষণ উহনগা

পোকপদা ভায়রিবা অতাওদৌন ভগবান মথন্তুনা থোরকপনী, মতুগী তুংদা নরশিঙ্‌ মী-অতাও ) মহাক্ন্ অসুম অসুম চাউখৎলকয়ি—মহৌসিংনুমা লীলা ওইংনী।

## মূল ৮৬

এত বলি দোঁহে রহে হরষিত হঞা।

শালগ্রাম-সেবা করে বিশেষ করিয়া ॥ ৮৬ ॥

### শব্দার্থ

এত—অসিথক, বলি—হায়রুনা; দোঁহে অনীনা, রহে লৈ হরষিত—হরাওবা, হঞা—ওইরতুনা, শালগ্রাম সেবা—শালগ্রাম চক্রবু সেবা, করে—তৌয়ি, বিশেষ করিয়া—থোইদোকপা ওইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়নরদুনা মখোয় অনীনা হরাওনা লৈরম্মী অদুগা শালগ্রামগী সেবা থোইদোকপা অমা ওইনা তৌরম্মী।

## মূল ৮৭

হৈতে হৈতে হৈল গর্ভ ত্রয়োদশ-মাস।

তথাপি ভূমিষ্ঠ নহে, মিশ্রের হেল ত্রাস ॥ ৮৭ ॥

### শব্দার্থ

হৈতে হৈতে—অসুম অসুম ওইরকুনা; হৈল ওইরকখি; গর্ভ—গর্ভ পূবগী; ত্রয়োদশ-মাস—তরাহুমদোইগুবা থা, তথাপি অদুম ওহনমক ভূমিষ্ঠ—পোকপা, নহে ওইদ্রে; মিশ্রের—জগন্নাথ মিশ্রগী, হৈল—ওইখি; ত্রাস—অকিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসুম অসুম শুগৎলতুনা গর্ভদো থা তরাহুমদোই শুবে। অদুবা৺না অতাও থোরক্তে, অদুনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী কিবা হায়ববু লোইরম্লে।

## মূল ৮৮

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী কহিলা গণিয়া।

এই মাসে পুত্র হবে শুভক্ষণ পাঞা ॥ ৮৮ ॥

### শব্দার্থ

নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী, কহিলা—হায়রম্মী, গণিয়া—জ্যোতিষ হোংলগা, এই মাসে—থা অসিদা পুত্র—মচানুপা; হবে—পোক্কনী; শুভ—মঙ্গলগী, ক্ষণ—পুঙফম পাঞা—ফংহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীশচীদেবীগী মপাবুং ) শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা জ্যোতিষ হোংলগা হায়রম্মী - ( ফাল্গুন ) থা অসিদা মঙ্গলগী পুঙফম ফংহুনা নুপা অমা পোক্কনী।

### নৈনরোল

থা অসিদা হায়বদি গর্ভ লৈরকপা হুরাহুমদোইগুবা থাসিদা হায়বদি ১৪০৭ শক চহীগী ফাল্গুন ( মৈতৈগীনা লমদা ) থাদা মহাপ্রভু পোকপনি।

### মূল ৮৯-৯০

চৌদ্দশত-সাত শকে মাস সে ফাল্গুন।
পৌর্ণমাসী-সন্ধ্যাকালে হৈল শুভক্ষণ ॥ ৮৯ ॥
সিংহ রাশি সিংহলগ্ন উচ্চগ্রহগণ।
ষড় বর্গ অষ্টবর্গ সর্ব্বসুলক্ষণ ॥ ৯০ ॥

### শব্দার্থ

চৌদ্দশত-সাতশকে—১৪০৭ শকদা, মাস- থাচৎনা সে ফাল্গুন—ফাল্গুন অদুনী, পৌর্ণমাসী—পূর্ণিমাগী, সন্ধ্যাকালে—হুমীৎ-য়াচঙবা মতমদা, হৈল—ওইখি, শুভক্ষণ - অফবা পুঙফম, সিংহরাশি—সিংহ-রাশি সিংহ লগ্ন সিংহলগ্ন উচ্চগ্রহগণ—উচ্চগ্রহশিং, ষড় বর্গ—ষড় বর্গ, অষ্টবর্গ—অষ্টবর্গ, সর্ব্বসুলক্ষণ অফবা লক্ষণ পুম্নমক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

১৪০৭ শকাব্দদা ফাল্গুন থাদা পূর্ণিমাগী সন্ধ্যায়াচংবা মতমদা পুঙফম অফবা ওইরম্মী। সিংহরাশি, সিংহলগ্ন, উচ্চগ্রহশিং, অষ্টবর্গনচিংবা অফবা লক্ষণ পুম্নমক্না তিল্লম্মী।

### নৈনরোল

সিংহরাশি, সিংহলগ্ন, উচ্চগ্রহ, ষড় বর্গ, অষ্টবর্গ-ন চিংবসি জ্যোতিষগী পারিভাষিক শব্দ অমনী। মখোয় ময়ামসিনা থঙহন্নবি গ্রহ নক্ষত্রশিংগী

মতম মতমগী ওইবা মকম অতুনী। গ্রহনচিংবা কীভমসিদা লৈরবা মতমদা পোকপা মীগী মপোক্তি লক্ষণ অকুপা পূর্ণমক্তা তিয়ী।

মহাপ্রভুনা পোকপা সিংহলগ্নদনী গ্রহ পূর্ণমকশু উচ্চ ( অয়াংবা ) ওইবা মফমদা লৈরম্মী। অতুগা ষড়্‌বর্গ অষ্টবর্গনচিংবা জ্যোতিষগী ওইবা অফবা লক্ষণ পূর্ণমক তিয়ম্মী জন্মনক্ষত্রগী মতুং ইন্না মহাপ্রভুগী রাশিনি সিংহ রাশিনী। ১৩৩৩ বঙ্গাব্দগী পৌষমাসগী প্রবাসী কৌবা মাসিক পত্রিকাদা শ্রীযুক্ত যোগেশচন্দ্র রায়না ইবা কবিশশাঙ্ক কৌবা লেবকগী মতুঙ ইন্না মহাপ্রভু ১৪০৭ শকগী ফাল্গুন ২৩-দা শনিবার সূর্যিক্তা পোকখি।

## মূল ৯১-৯৩

'অকলঙ্ক' গৌরচন্দ্র দিলা দরশন।

সকলঙ্ক চন্দ্রে আর কোন প্রয়োজন ॥ ৯১ ॥

এত জানি রাহু কৈল চন্দ্রের গ্রহণ।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরিনামে ভাসে ত্রিভুবন। ৯২ ॥

জগৎ ভরিয়া লোক বোলে "হরি হরি"।

সেইক্ষণে গৌরকৃষ্ণ ভূমি অবতরি ॥ ৯৩ ॥

### শব্দার্থ

অকলঙ্ক — মাযতি -থাংদবা, গৌরচন্দ্র—গৌরচন্দ্র দিলা—পীরম্মী, দরশন — দর্শন ; সকলঙ্ক — মাযতি-থাংবা, চন্দ্রে থাজনা, আর — অতৈ, কোন করি, প্রয়োজন — কান্নবা, এত — মযামসি ; জানি — খঙদুনা, রাহু রাহুনা ; কৈল - তৌখি, চন্দ্রের — থাগী গ্রহণ — লাকপা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি নামে — কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি মিংলেন্দা, ভাসে - তাউরি, ত্রিভুবন — মরোল অলম, জগৎ ভরিবা - জগৎ থল্লা ; লোক — মীশিংনা, বোলে — হায়, শোল্লী, হরি হরি — হরি হরি, সেইক্ষনে - পুঙকমতুদা, গৌরকৃষ্ণ — গৌরগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদো, ভূমি — পৃথিবীদা, অবতরি — অবতার তৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়থিং-থাংদবা গৌরচন্দ্রনা ( অতৌবা থাজনা নত্তগা গৌরগী মশক ওইবা থাজনা ) দর্শন পীবিররে। মায়থিং-থাংবা থাজনা করি অমুক কান্নরগনী ? অসি খঙলদুনা রাহুনা থা-বু গ্রহণ তৌখরে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরি

ঈশীং . স্থাবর - লেপ্পবা . জঙ্গম—চত্লেপ্পবা ; হৈল —ওইরে , আনন্দে—নুংঙাইবনা ; বিহ্বল —বিত্থুনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরি হরি খোন্দুনা নুপীশিংনা হুলুধ্বনি তৌরম্মী ; মর্ত্যদা পুংঙইথৈ শঙ্খুনা দেবশিংনা হরাওনা জগোই শারম্মী । মায়কৈ তরামক হরাওরম্মী , ভুবেনগী ঈশীঙনু হরাওরি । অচৎ-চৎতা পুম্নমক নুংঙাইবনা বিত্থুনা চুরম্মী ।

## মূল ৯৭

নদীয়া উদয়গিরি  পূর্ণচন্দ্র গৌরহরি,

কৃপা করি হইল উদয় ।

পাপ তমো হৈল নাশ, ত্রিজগতের উল্লাস,

জগভরি হরিধ্বনি হয় ॥ ৯৭ ॥

### শব্দার্থ

নদীয়া—নদীয়া উদয়গিরি – থোরকপগী চীঙ , পূর্ণচন্দ্র মপুং ফাবা থাজ , গৌরহরি – শ্রীগৌরহরি , কৃপা করি চানবিহুনা , হইল – ওইরে , উদয় – থোকপা ; পাপ-তমো— পাপ কোবা অমম্বা ; হৈল—ওইরে , নাশ মাংবা ; ত্রিজগতের— মহোল অহুমগী ; উল্লাস – হরাওবা , জগভরি —জগৎথুম্না ; হরিধ্বনি হরি হরি হায়বা খোন্ , হয় – ওই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নুমীৎ-থাগী ) থোরকফম চীঙ নদীয়াদা শ্রীগৌরহরিনা মপুংফাবা থাজ ওইদুনা চানবিদুনা থোক্লে । পাপ কোবা অমম্বদু মাংখরে ; মহোল অহুম হরাওরে , জগৎ থুম্না হরিধ্বনি তৌরে ।

### নেনরোল

নোংপোক থংবা মায়কৈগী ওমথৈদা থা নক্রগা নুমীৎ থোরকপা উনৈ ; হায়নগী মীতাশিংনা মতমদুদা চীঙ অমা নৈ হায়না অদুগা চীঙদুদা নুমীৎ-থা থোরকখি হায়না খল্লী । মখোয়সনা চীঙ অদুবু উদয়গিরি ( থোরকফম চীঙ ) হায়না কৌরি । মফমসিদা নদীয়াদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা পোক্লকপীনা অদুগা শ্রীগৌরবু থাজগা চাপ্নরবনা নদীয়াবু উদয়গিরিগা লোয়ননা চাংদমদুনা নদীয়া-উদয়গিরির হায়রিবনী ।

## মূল ৯৮

সেইকালে নিজালয়ে, উঠিয়া অদ্বৈতরায়ে,
নৃত্য করে আনন্দিত মনে।
হরিদাসে লৈয়া সঙ্গে হুঙ্কার কীর্ত্তন রঙ্গে,
কেনে নাচে কেহো নাহি জানে ॥ ৯৮ ॥

### শব্দার্থ

সেইকালে মতমতুদা, নিজ-আলয়ে—লম্নাই মযুমদা, উঠিয়া—তৌগৎতুনা অদ্বৈতরায়ে শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা, নৃত্য করে—জগোই শাই; আনন্দিত মনে—নু ডাইবা পুক্কীগুদা, হরিদাস—শ্রীপাদ হরিদাস ঠাকুরবু; লৈয়া পুডুনা সঙ্গে—লোয়নননা, হুঙ্কার—হুঙ্কার, কীর্ত্তন কীর্ত্তন, নাম শোনবা রঙ্গে নুংঙাইনা, কেনে—করিগীদমক, নাচে—জগোই শাই, কেহো—কনাম্বু, নাহি জানে—খঙদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতমতুদা মযুমদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা পুক্কীগু নুংঙাইনা জগোই শাই। শ্রীহরিদাস ঠাকুরগা লোয়নননা হুঙ্কার কীর্ত্তন নুংঙাইনা তৌরি। করিগীদমক জগোই শাব্রিবনো হায়বা কনাম্বু খঙদে।

## মূল ৯৯

দেখি উপরাগ হাসি শীঘ্র গঙ্গাঘাটে আসি,
আনন্দে করিলা গঙ্গাস্নান।
পাঞা উপরাগ ছলে, আপনার মনোবলে,
ব্রাহ্মণেরে দিল নানাদান ॥ ৯৯ ॥

### শব্দার্থ

দেখি—উত্তুনা, উপরাগ—গ্রহণ্না; হাসি—নোকপা, শীঘ্র খুনমক; গঙ্গাঘাটে—গঙ্গাঘাট্টা, আসি—লাকুনা, আনন্দে—নুংঙাইনা, করিলা—তৌখি, গঙ্গাস্নান—গঙ্গাদা ইরুজবা; পাঞা—ফংলত্তুনা, উপরাগ—গ্রহণ, ছলে—হাওসম্লগুনা; আপনার—মহাক্কী; মনোবলে—পুক্কীগু নুংঙাইবা, ব্রাহ্মণেরে—ব্রাহ্মণশিংদা, দিল—পীরম্মী, নানা দান—দান কয়া।

### মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

গ্রহণগী নোংকপা মতমদি শ্রীচৈতন্য হৌবা উবদুনা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা থুনমক গঙ্গাঘাট চাম্না লেংলক্লগা মুংঙাইদনা গঙ্গাস্নান তৌখি। গ্রহণগীনী হায়গনবুনা ব্রাহ্মণশিংদা দান মথেল মথেল তৌরম্মী।

### মৈনতরোল

দেখি উপরাগ হাসি—মসিগী অর্থ—উপরাগ ( গ্রহণ ) উরদুনা নোক্না নোক্না—হায়না লৌবসু য়াই।

গ্রহণ হৌবদা অমসুং লোইরবদা স্নান তৌগদবনী হায়। অদুগা গ্রহণগী মতমদা সংপাত্রদা দান তৌবসু চংনৈ।

মুল ১০০

জগৎ আনন্দময়, দেখি মন সবিস্ময়,
ঠারে ঠোরে কহে হরিদাস—।
তোমার ঐছন রঙ্গ, মোর মন পরসন্ন,
দেখি কিছু কার্য্যে আছে ভাস ॥ ১০০ ॥

### শব্দার্থ

জগৎ—তাইবংপান, আনন্দময় মুংঙাইরে, দেখি—উরগা, মন—পুক্নীঙ, সবিস্ময়—ঙকয়ি, ঠারেঠোরে—ইঙ্গিতনা, কহে—হায়; হরিদাস—শ্রীহরিদাস ঠাকুর, তোমার—নহাক্কী, ঐছন অদুগুম্বা, রঙ্গ—ইরাং, মোর—ঐগী; মন—পুক্নীঙ, পরসন্ন—পেহে; দেখি—উইনে; কিছু কার্য্যে—থবক কৈনোমগী, আছে—লৈ; ভাস—ইঙ্গিত।

### মৈতৈলোন্দা ইন্দোকপা

জগৎপুম্বা মুংঙাইরে হায়বা উবদা পুক্নীঙদা অঙকপা অমা পোক্লে। অসি হরিদাস ঠাকুরনা ইঙ্গিত তৌদুনা হায়রম্মী —নঙগী মুংঙাইকী ইরাংসি উবদা ঐগী পুক্নীঙসু মুংঙাইরে। করিগুম্বা থবক অমা থোক্লে হায়না তৌবগী ইঙ্গিত এইনা ঐদি উইনে।

### মৈনতরোল

"জগৎ পুম্বনা মুংঙাইরবদু" উবদা হরিদাস ঠাকুরনা অদুগী অরথদি অসিনী—মহাউত্তা গ্রহণ কয়ারক থোকখরে, মতুংদদক জীশিংনা করমক

হয়া গঙ্গাস্নান তৌখ্রগ, অদুগু ভজিনী মুরা জগৎপুম্বা হয়াওরিবসি করিগনো? অসুমা হয়াওবদি মমাইঙ্গদা থক থেংনখিদে। অদুনদি করিগুম্বা অমা ওসিসে থোক্লম্বা তাই, মদুনা মরম ওইদুনা জগৎ পুম্বা হয়াওরিবনী হায়না খন্দুনা ইঙ্গিত তৌদুনা অদ্বৈতাচার্য্যদা হায়রম্মী—"নংমু অসুক য়াম্না ইরাং তৌরি, জগোই শাই, ঈশৈ শকয়ি, হুঙ্কার তৌরি; অদুদগী নুংঙাইবনা হাকমনখিদুনা ব্রাহ্মণদসু দান তৌরি। অসোমদা ঐসু মন-সু নুংঙাইবনা লোইরে। তৌরিবসিনী অথুপ্পা মরম অমা লেরম্বা তারে হায়না থরে" অদুনা ইঙ্গিতনা থঙহল্লম্মী—"অদুদি নঙগী আরাধনাগী ফল ওইবা শ্রীকৃষ্ণ লেঙথরক্লবরা? নত্রদি অসুক নুংঙাইবসে করম্না ওইগদৌরিবনো?"

## মূল ১০১

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস হৈল মনে সুখোল্লাস,

যাই স্নান কৈল গঙ্গাজলে।

আনন্দে বিহ্বল মন, করে হরিসঙ্কীর্ত্তন,

নানাদান কৈল মনোবলে ॥ ১০১ ॥

## শব্দার্থ

আচার্য্যরত্ন—শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য, শ্রীবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত; হৈল—ওইখি, মনে—পুক্নীংদা সুখোল্লাস নুংঙাইবনা হয়াওবা; যাই—চংদুনা, স্নান কৈল—স্নান তৌখি; গঙ্গাজলে—গঙ্গাগী ঈশীংদা, আনন্দে—নুংঙাইবনা, বিহ্বল—পুক্নীংনা অতৈপুম্বা কাউরম্লে; করে—তৌরি; হরি সঙ্কীর্ত্তন—হরিনাম শোল্লী নানাদান—দান মখল মখেল; কৈল—তৌখি, মনোবলে—পুক্নীং নুংঙাইনা।

## মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যগা শ্রীবাস পণ্ডিতকনা নুংঙাইবনা হয়াওমখোই কায়রম্মী অদুনা গঙ্গাগী ঈশীংদা চংলগা স্নান তৌখি। নুংঙাইবগা লোইননা মন-না অকাউ-লাই চুরম্মী, হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌখি, পুক্নীং নুংঙাইনা দান মখল মখেল তৌরম্মী।

মূল ১০২

এইমত ভক্ততি, যার যেই দেশে স্থিতি,

তাঁহা তাঁহা পাঞা মনোবলে।

নাচে করে সঙ্কীর্তন আনন্দে বিহ্বল মন,

দান করে গ্রহণের ছলে ॥ ১০২ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না, ভক্ততি—ভক্ত পুম্নমক, যার—মশাকী: যেই দেশে—দেশ দেশতুদা, স্থিতি—লৈবা, তাঁহা তাঁহা—মফম মফমদুদা, পাঞা—ফংদুনা, মনোবলে—পুক্কিঙগী মুংঙাইবা, নাচে—জগোই শাই; করে সঙ্কীর্তন—নাম সঙ্কীর্তন তৌরি; আনন্দে মুংঙাইবনা, বিহ্বল মন—মন বিভুলা চুরি, দান করে—দান তৌরি, গ্রহণের ছলে—গ্রহণগীনী হায়শনজুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ভক্ত পুম্নমক্না মা মানা লৈরম-লৈরন্দা দেশদা মপুক্কি ঙদা মুংঙাইবা ফংলম্মী। মখোয়না জগোই শাই অমসুং সঙ্কীর্তন তৌরম্মী মুংঙাইবনা বিভুলা চুত্নুনা গ্রহণগীনী হায়শঃদুনা পোৎ মখল মথেল দান তৌখি।

মূল ১০৩

ব্রাহ্মণ-সজ্জন-নারী নানাদ্রব্য থালী ভরি

আইলা সভে যৌতুক লইয়া।

যেন কাঁচা-সোণা-দ্যুতি দেখি বালকের মূর্তি

আশীর্বাদ করে সুখ পাঞা ॥ ১০৩ ॥

শব্দার্থ

ব্রাহ্মণ—ব্রাহ্মণ সজ্জন—সাধুজন, নারী—নুপী, নানাদ্রব্য—পোৎ মখল; থালী—পুখম, ভরি—থম্না; আইলা—লাকখি; সভে—লোইননা; যৌতুক—খুদোল; লইয়া—পুরকুনা যেন—মান্নী, কাচা-সোনা—সনা অহিঙবগী: দ্যুতি—মঙাল; দেখি—উই; বালকের—মিপাম্চাগী, মূর্তি—শাবাক্, আশীর্বাদ করে—আশীর্বাদ তৌরি; পাঞা—ফংদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা সদ-জাত ওইবশিংগী মুপীশিং পুম্নমক্তা পোৎ মথল-মথোন্না পুথম থন্না পুরক্লগা লাক্লম্মী। অদোংগী মুর্ত্তিদা মনা অহিংবশী মতৌগুবা কুচু অদু উবদা মুংঙাইরদুনা আশীর্ব্বাদ তৌরম্মী।

## মূল ১০৪

সাবিত্রী গৌরী সরস্বতী     শচী রম্ভা অরুন্ধতী

আর যত দেবনারীগণ।

নানাদ্রব্য পাত্র ভরি     ব্রাহ্মণীর বেশ ধরি

আসি সভে করে দরশন॥ ১০৪॥

### শব্দার্থ

সাবিত্রী সাবিত্রী দেবী; গৌরী—শ্রীদুর্গাদেবী, সরস্বতী—শ্রীসরস্বতী, রম্ভ—রম্ভা, অরুন্ধতী—অরুন্ধতী, আর—অদৈ, যত দেবনারীগণ—দেবশিংগী দেবী লৈরমমথৈ, নানাদ্রব্য—মথলমথাঙ্গী পোৎ, পাত্র ভরি—পাত্র থন্না, ব্রাহ্মণীর—ব্রাহ্মণীগী, বেশ ধরি—ফিজেৎ শেংলগা; আসি—লাকুনা; সভে—পুম্নমক্ত, করে—তৌরি; দরশন—য়েংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সাবিত্রী, দুর্গা, সরস্বতী, রম্ভ, অরুন্ধতীনচিংবা দেবশিংগী দেবী লৈরমমথৈ পাত্র থন্না থন্না পোৎ মথল মথল হাপ্লগা ব্রাহ্মণীগী বেশ থোক্লগা লোইনা লাকুনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু দর্শন তৌরম্মী।

### নৈনরোল

মহাপ্রভুগী আদি নরলীলানী হায়দুনা দেব-নারীশিংনা মাগী মাগী স্বরূপ-তা লাক্লমদে; মীওইবগী শক লৌরদা লাক্লম্মী। প্রভুনা ব্রাহ্মণ মচা ওইনা পোক্লরকনীনা ব্রাহ্মণ নত্তনা অতোপ্পনা আশীর্ব্বাদ পীবা য়াদবনীনা দেবনারীশিংনা ব্রাহ্মণীগী বেশ থোক্লনা লাক্লম্লিবনী, অদুগা দেবী (লাই-রেম্ম) ওইনা লাক্লবস্তু খায় পুম্বনা অকনী অদুগা নরলীলাগী রস অদু কায়গনী। ব্রাহ্মণী ওইনা লাকপদুনা মথোয়না অদোংগী নাক্তা চঙবদস্তু বাধা কংলমদেশ খায় অতৈনা অল্লম্বদি মথোয়না অদোংদবু আশীর্ব্বাদ পীশো লাকপনী হায়না খল্লম্মী, অদুবু অশেংবদি মথোয়দি অদোংদা আশীর্ব্বাদ

তৌরমগে মখোয়না তৌরম্বদি দর্শন-দমক (যেংবদমক) তৌরম্মী। মখোয়দা লৈরা দৈবীশক্তিনা মখোয়না প্রভুগী স্বরূপ খঙলম্মী, মরমতুনা মখোয়না অঙাওবী মশক লৌরিবা স্বয়ং ভগবান্দা আশীর্ব্বাদ তৌদনুনা মপুক্কুংদা স্তুতি তৌহুনা থুরুমখি। অদুগা শচীদেবীগী বৈরোম-লৈকায়গী ব্রাহ্মণী-শিংহুদি লীলাশক্তিনা শীন্দুনা প্রভুগী শক খঙলমদে, মখোয়না মহাকপু শচীগী মচা নরশিশুনী হায়না খন্দুনা অঙাওহুনা পুন্সি তোগ্রোইনা হিংননবগী-দমক আশীর্ব্বাদ পীরম্মী।

মূল ১০৫

অন্তরীক্ষে দেবগণ গন্ধর্ব্ব সিদ্ধ চারণ
স্তুতি নৃত্য করে বাদ্য গীত।
নর্ত্তক বাদক ভাট নবদ্বীপে যার নাট
সভে আসি নাচে পাঞা প্রীত ॥ ১০৫ ॥

শব্দার্থ

অন্তরীক্ষে—অতিয়াদা, দেবগণ—লাইয়াম্না, গন্ধর্ব—স্বর্গগী ঈশৈ-শকপা লাই, সিদ্ধ—সিদ্ধশিং, চারণ—স্বর্গগী ঈশৈ-শকপা অদুগা স্তুতি-বাদ-তৌবা লাই মখল, স্তুতি—থাগৎতুনা থুরম্বা, নৃত্য—জগোই; করে—তৌরি; বাদ্য—পুঙশেল য়েবা, গীত—ঈশৈ, নর্ত্তক—জগোই-শাবা, বাদক—পুঙযেবা, ভাট—ভাট, নবদ্বীপে যার নাট নবদ্বীপ্তা লৈরম্বা; সভে—লোইনমক্না, আসি—লাকুনা, নাচে—জগোই শাই, পাঞা—ফংতুনা, প্রীত—পেন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দেবশিং, গন্ধর্ব্ব-সিদ্ধ-চারণ-খোয় পুম্নমক্না অতিয়াদা লৈরগা (প্রভু পোকপগীদমক) হরাওনা স্তুতি তৌরি, জগোই শাই, অদুগা পুঙ য়েহুনা ঈশৈ শরম্মী। অদুগা নবদ্বীপ ধামদা লৈরম্বা নর্ত্তক, বাদক অমদি ভাট পুম্নমক্না হুংজাইবনা উত্তবিবদগী (শচীগী-মযুমদা) লাকুনা পুক্নীঙ পেন্না জগোই শাই।

মূল ১০৬

কেবা আইসে কেবা যায় কেবা নাচে কেবা গায়
সম্ভালিতে নারে কারো বোল।
খণ্ডিলেক দুঃখশোক প্রমোদে পূরিত লোক
মিশ্র হৈলা আনন্দে বিহ্বল ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

কেহ—কনা ; আইসে—লাকরি , কেবা—কনা ; যায়—চৎথি ; কেবা—কনানা , নাচে—জগোই শাই ; কেবা—কনানা ঈশৈ শকখি ; সকালিত—শতবা ; নারে জমদে , কারো—কনাগীহ ; বোল—বা , খণ্ডিলেক—কোকখরে দুঃখ শোক—অৱাবা ; প্রমোদে—নুংঙাইবনা , পূরিত হয়ে , লোক—মীয়ামশো মিশ্র—জগন্নাথ মিশ্র , হৈলা—ওইরে , আনন্দে নুংঙাইবনা ; বিহ্বল—মাৰু য়ারা হাৎবা হৌদবা ( কিহুনা ) ।

#### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

কনা লাকরি, কনা চৎখি, কনানা জগোই শাই কনানা ঈশৈ শকখি । কনাগুম্বী মঙ্গল-মরোল শতবা উৎলমদে । অৱা থেংবা কোকখরে, মীয়াম্না নুংঙাইবনা থল্লে । শ্রীজগন্নাথ মিশ্রসু নুংঙাইবনা মাৰু য়ারা হাৎবা হৌদনদে ।

### মূল ১০৭

আচার্য্যরত্ন শ্রীবাস জগন্নাথ মিশ্র-পাশ

আসি তাঁরে করি সাবধান ।

করাইল জাতকর্ম্ম যে আছিল বিধিধর্ম্ম

তবে মিশ্র করে নানাদান ॥ ১০৭ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যরত্ন—শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্য , শ্রীবাস—শ্রীবাস পণ্ডিত , জগন্নাথ মিশ্র-পাশ—জগন্নাথ মিশ্রগী নাক্তা ; আসি লাকুনা ; তাঁরে—মহাকপু (মিশ্রবু) ; করি—ওইহন্দুনা , সাবধান—চেকশিনবা করাইল—তৌহনখি , জাত কর্ম্ম—পোক্লবা অঙাংগী মমক তৌকম থোকপা থৌ , যে আছিল বিধি-ধর্ম্ম—হেৎনবা নৈয়মশু , তবে—অদুগী ; মিশ্র—মিশ্রনা ; করে—তৌরি ; নানা দান—দান মখল মখা ।

#### মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

শ্রীচন্দ্রশেখর আচার্য্যগা শ্রীবাস পণ্ডিতকনা শ্রীজগন্নাথমিশ্রগী নাক্তা লাক্লগা মিশ্রবু মুখ নীংশীংহনগা জাতকর্ম্ম ( অঙাং পোক্লবিক্না অঙাংগী তৌকম থোকপা ) হৌনবা ধর্ম্ম নৈয়মগা মথুং ইন্না তৌহনখি । অদুগী জগন্নাথ মিশ্রনা দান মখল মখা তৌখ্রে ।

দুবাহুতে দিব্য শঙ্খ, রজতের মলবঙ্ক,
স্বর্ণমুদ্রা নানা হারগণ ॥ ১১ ॥
ব্যাঘ্র-নখ হেমজড়ি কটিপট্টসূত্র-ডোরী
হস্তপদের যত আভরণ।
চিত্রবর্ণ পট্টশাড়ী ভুনী ফোতা পট্টপাড়ি,
স্বর্ণ-রৌপ্য মুদ্রা বহুধন ॥ ১১২ ॥
দুর্ব্বা ধান্য গোরোচন হরিদ্রা কুঙ্কুম চন্দন
মঙ্গলদ্রব্য পাত্রেতে ভরিয়া।
বস্ত্রগুপ্ত দোলা চড়ি সঙ্গে লঞা দাস চেড়ী
বস্ত্রালঙ্কার পেটারি ভরিয়া ॥ ১১৩ ॥
ভক্ষ্য ভোজ্য উপহার, সঙ্গে লৈল বহু ভার,
শচীগৃহে হৈলা উপনীত।
দেখিয়া বালকঠাম সাক্ষাৎ গোকুল কান
বর্ণমাত্র দেখি বিপরীত ॥ ১১৪ ॥

শব্দার্থ

সুবর্ণের—সনাগী ; কড়ি—লিকোল, বৌলি—বকুল মর ; ( সুবর্ণের কড়ি বৌলি—সনায়োগা লিকোল অমসুং সনায়োগা বকুল মরু ), রজতমুদ্রা—লুপা মরেক ; পাশুলি—খোঙগী লৈতেং, ( রজতমুদ্রা পাশুলি—লুপা-মরেক যাম্বা পাশুলি ) সুবর্ণের—সনাগী ; অঙ্গদ—ভাল শাবোম কাবী ; কঙ্কন—খুজি, দু-বাহুতে—পাম্বোম অনীদা, দিব্যশঙ্খ—ফজবা শঙ্খ, রজতের—লুপাগী ; মলবঙ্ক—বাঁকমল, স্বর্ণমুদ্রা—সনা ডাবগী, নানা—মথল মথাগী, হারগণ—লীক্লাংশিং, ব্যাঘ্রনখ—কৈ-খুজিল, হেমজড়ি—সনা-রোম্বা, কটিপট্ট সূত্রডোরি—খাঙগী কত্রংগী ডোরি, হস্ত-পদের—খুৎ-খোঙগী ; যত আভরণ—লৈতেং লৈরিবা কয়া ; চিত্রবর্ণ—মচু মথল মথলগী, পট্টশাড়ী—( শচীমাতাগীদমক ) রেশমগী শাড়ী, ভুনিফোতা—ইনফী চাদর মথল অমা ; পট্টপাড়ি—রেশমগী মপান-চনবা, স্বর্ণরৌপ্য মুদ্রা—সনা-লুপা শেল মরেক, বহুধন—লন য়াম্বা ; দুর্ব্বা—তিংথৌ নাপী, ধান্য—কৌ, গোরোচন শনবী কোক্তগী খোকপা মাপুমচু মানবা গোরোচনা ;

হরিদ্রা—যাওও কুঙ্কুম্ চন্দন—কুঙ্কুম চন্দন, মঙ্গলদ্রব্য—মঙ্গলগী পোৎলম; পাত্রেতে—হাপ্পবা পোত্তা ; ভরিয়া—হাপ্লুনা, বস্ত্রগুপ্ত—ফিনা-কুপ্পা; দোলা—দোলাই ; চড়ি—তোংদুনা, সঙ্গে—লোয়ননা, লঞা—পুদুনা, দাস—মীনাইহুপা; চেড়ী—মীনাইচনুপী (দাসী), বস্ত্রালঙ্কার—ফিগা লৈতেংগা, পেটারি—উপু ; ভরিয়া—থম্না, ভক্ষ্য—চাবা য়াবা পোৎ, ভোজ্য—চাবা য়াবা পোৎ, উপহার—খুদোল, সঙ্গে লৈল—লোয়ননা পুরম্মী ; বহুভার—য়াম্না ; শচীগৃহে—শচীগী য়ুমদা, হৈল—ওইরম্মী, উপনীত—থুংলবা, দেখিয়া—উবগা, বালক-ঠাম—অঙাঙগী মতৌ; সাক্ষাৎ গোকুল কান—সাক্ষাৎ গোকুলগী কৃষ্ণ, বর্ণমাত্র কুচুদমক, দেখি—উই, বিপরীত—ওনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সনা'যোম্বা লিকোল অমস্তুং বকুল মক্ক, লুপা ময়েক য়ান্‌বা খোঙগী লেতেং পাঙুলি, সনানা শাবা তাল অমস্তুং খুজি, পাম্বোম অনীগী কজবা শঙ্খ, লুপানা শাবা বাঁকমল, সনাতাঙগী লাক মখল মখল, সনায়েংপা কৈ-খুজিল, কঙ্কন তাবা খাঙলী, খুৎক খোঙগী অরৈবা লৈতেং পুম্মক, মচু মখল মখলগী রেশমী শাড়ী (শচীমাতাগীদমক), রেশম্না মপান্-চন্‌বা ইনফি (চাদর), সনা-তাঙ-লুপা-তাঙ শেন য়াম্না, অহুদগী তিংখৌ, ফৌ, গোরোচনা, য়াওও, কুঙ্কুম চন্দমচিংবা মঙ্গল-ওইনবা পোৎলম পাত্রদা হাপ্লগা, ফিনা কুপ্পা দোলাই তোংদুনা মীনাইহুপা-হুপীগা লোয়ননা ফিগা লৈতেংগা ময়ামহু উপুদা হাপ্লগা, অচাপোৎকী মরম য়াম্না য়াম্না পুরগা শচীগী য়ুমদা (অদ্বৈতাচার্যগী ভার্য্যা সীতা দেবী ঠৌরাণীদু) থুংলখি। শচীমাতাগী অঙাঙগী মতৌ উবদা সাক্ষাৎ গোকুলগী কানাইমক্কী, কুচুদমক খেন্নবনী হায়না উখি।

মূল ১১৫

সর্ব্ব-অঙ্গ সুনির্ম্মাণ　　সুবর্ণ প্রতিমা ভাণ

সর্ব্ব অঙ্গ সুলক্ষণময়।

বালকের দিব্য দ্যুতি　　দেখি পাইল বহুপ্রীতি

বাৎসল্যেতে দ্রবিল হৃদয় ॥ ১১৫ ॥

শব্দার্থ

সর্ব্ব-অঙ্গ—হকচাঙ-কায়াৎ পুম্নমক ; সুনির্ম্মাণ—ফজনা শাথকপা,

সুবর্ণ – সনাগী ; প্রতিমা ভাগ – মূর্তিগুম্মী ; সর্বঅঙ্গ—হকচাঙ পুন্নক ; সুলক্ষণময়—অফবা লক্ষণ ওাক্লী , বালকের—অঙাঙগী . দিব্য দ্যুতি—লাইগী ওইরা মঙাল , দেখি—উবদা , পাইল—ফংখি . বহুপ্রীতি—য়াম্না নুংশিবা , বাৎসল্যেতে – মচা নুংশিবা হায়বতুনা , দ্রবিল—শোঁদোক্লম্মী, পেংলম্মী ; হৃদয় – থম্মোই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হকচাঙ কায়াৎ পুন্নমক ফজনা য়াংপনী, সনাগী মূর্তিগুম্বনী, অঙ্গ পুম্বদা অফবা লক্ষণ ( ৺ ) ওাক্লমী , অঙাঙগী কুচুদি লাইগী ওইবা মঙাম্নী মত্ন উবদা নুংশিবা য়াম্না পোকখি । মচানুংশিবা ( বাৎসল্য ) প্রেমনা ( সীতা ঠাকুরাণীগী ) থম্মোই পেংথরম্মী ।

মূল ১১৬

দুর্ব্বা ধান্য দিল শীর্ষে কৈল বহু আশীষে
'চিরজীবী হও দুইভাই' ।
ডাকিনী শাকিনী হৈতে শঙ্কা উপজিল চিতে
তার নাম থুইল 'নিমাই' ।। ১১৬ ।।

শব্দার্থ

দুর্ব্বা—তিংথৌ ; ধান্য—ফৌ , দিল—হাপ্লম্মী , শীর্ষে – কোক্তা , কৈল – তৌরম্মী , বহু – য়াম্না ; আশীষে —আশীর্ব্বাদ , চিরজীবী—মতম শাংনা পুন্সিবা , হও—ওইযু , দুই-ভাই—নচীন্-ননাও অনী , ডাকিনী-শাকিনী – ফত্তবা লাই মথল অমা ; হৈতে—দগী ; শঙ্কা—অকীবা চিংনবা , উপজিল—পোকখি , চিতে পুক্নীঙদা , তার – কিবদগী , নাম – মিং , থুইল – থোল্লম্মী ; নিমাই – নিমাই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সীতাদেবী ঠাকুরাণীনা ) তিংথৌগা ফৌগা অঙাঙগী কোক্তা হাপ্লম্মী অমুগা "নচিন্-ননাও অনী মতম শাংনা পুন্সিযুকে" হায়দুনা আশীর্ব্বাদ য়াম্না তৌয়না তৌরম্মী । ডাকিনী শাকিনীদগী চিংনবা মবুক্নীঙদা পোকখি , কিবদগী ( সীতাদেবী-না ) অঙাঙগী মিং 'নিমাই' হায়দুনা থোন্খি ।

### মৈনরোল

বাৎসল্য প্রেমা থুমহৎখিত্রনা শ্রীগৌরচন্দ্র ভগবান্নী হায়বা সীতাদেবানা খঙখিদে। অদুনা মহাত্মা আশীর্ব্বাদ তৌরগা অপদেবতাদগী ভাকথোক্লবা হায়দুনা অঙাঙগী মিং নিমাই হায়না থোল্লমিবনী।

### মূল ১১৭

পুত্র-মাতা স্নানদিনে দিল বস্ত্র-বিভূষণে
পুত্রসহ মিশ্রেরে সম্মানি।
শচী মিশ্রের পূজা লঞা মনেতে হরিষ হঞা
ঘরে আইলা সীতাঠাকুরাণী ॥ ১১৭ ॥

### শব্দার্থ

পুত্র মাতা-স্নানদিনে—মচাগী মমাগী ইরুজবা নুমিত্তা, দিল—পীরম্মী, বস্ত্র—ফি, বিভূষণে লৈতেং, পুত্রসহ—মচানুপাগা লোয়ননা, মিশ্রেরে—জগন্নাথ মিশ্রবু, সম্মানি—সম্মান তৌদুনা, শচী-মিশ্রের পূজা—শচীগী মিশ্রগনা তৌবা পূজা, লঞা—লৌরগা, মনেতে—পুক্নীঙদা, হরিষ—হরাওবা, হঞা—ওইরদুনা ঘরে—যুমদা, আইলা—লাক্লম্মী, সীতাঠাকুরাণী—ঠৌরাণী সীতাদেবী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(পাক্লন্দা মচাগী মমাগী অনৌগী স্নান তৌবা নুমিত্তা (সীতাদেবী লাক্লুনা) জগন্নাথ মিশ্রগী মচানুপা বিশ্বরূপকবু সম্মান তৌদুনা ফিগী লৈতেংগী পীরম্মী। সীতাঠাকুরাণীসু শচীগী মিশ্রগী অনৌনা তৌরকপা পূজা লৌরগা পুক্নীঙ হরাওনা ময়ুম হল্লকখি।

### মৈনরোল

শচীদেবীগী জগন্নাথ মিশ্রগনসু সীতাদেবীদা ফি-নচিংবা কৎদুনা পূজা তৌরম্মী, অদুনা হায়রিবনী পূজা লঞা হায়রিবসি।

### মূল ১১৮

ঐছে শচী জগন্নাথ পুত্র পাঞা লক্ষ্মীনাথ
পূর্ণ হৈল সকল বাঞ্ছিত।
ধনধান্যে ভরে ঘর লোকমান্য কলেবর
দিনে দিনে হয় আনন্দিত ॥ ১১৮ ॥

**শব্দার্থ**

ঐছে—অসুম্না ; শচীজগন্নাথ—শচীদেবীগা জগন্নাথগা , পুত্র—মচানুপা ; পাঞা—ফংদুনা , লক্ষ্মীনাথ—রাধানাথবু , পূর্ণ হৈল—থুংলয়ে , সকল পুন্নমক , বাঞ্ছিত—অনীঙবা ; ধনধান্যে—লনগা ফৌগ ; ভরে—থল্লী , ঘর য়ুম , লোকমান্য কলেবর মছাবু থাইনা মান তৌবা ওইরম্মী), দিনে দিনে—নোংমা নোংমগী ; হয়—ওই ; আনন্দিত মুংঙাইবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না শচীদেবীগা জগন্নাথগম্না রাধানাথবু মচানুপা ওইনা ফংদুনা নীঙজবা পুন্নমক থুংখি । মখোয়গী শঙাইদু লন্থুম-ফৌচেংনা থল্লম্মী অদুগা মখোয়বু মী পুন্নমক্না সন্মান তৌরম্মী , মখোয় নোংমা নোংমগী মুংঙাইখৎলম্মী ।

**তাৎপর্য্য**

**লক্ষ্মীনাথ** হু য়বদি লক্ষ্মীগী মবুংঙো হায়বনী । অদুবু গ্রন্থমসিদা লক্ষ্মী শব্দসি শ্রীমতী রাধাবু হায়না লৌগদনী , মরমদি শ্রীরাধাবু **সর্ব্বলক্ষ্মী**-ময়ী-নী লক্ষ্মী পুন্নমক্না তিনবীনী হায় । মরম অমনা শ্রীগৌরচন্দ্রদি স্বয়ং ভগবান্ রাধানাথ **শ্রীকৃষ্ণমক্নী** । অদুনা শচীগা জগন্নাথ মিশ্রগনা ফংলিবা মচাবু লক্ষ্মীনাথ হায়রিবসে রাধানাথ হায়গে হায়না হায়রিবনী ।

## মূল ১১৯

মিশ্র বৈষ্ণব শান্ত অলম্পট শুদ্ধ দান্ত<br>
ধনভোগে নাহি অভিমান ।<br>
পুত্রের প্রভাবে যত ধন আসি মিলে তত<br>
বিষ্ণুপ্রীতে দ্বিজে দেন দান ॥ ১১৯ ॥

**শব্দার্থ**

মিশ্র শ্রীজগন্নাথ মিশ্র ; বৈষ্ণব—বৈষ্ণবনী , শান্ত—ভগবান্দা নিষ্ঠা-লৈবা , অলম্পট—লম্পট-নাইদ্রবা ; শুদ্ধ—শুদ্ধচেংশেংবা , দান্ত—অমাবা-থাঙনবা ; ধনভোগের—ধন ভোগ তৌবনী , নাহি—লৈতে ;

অভিমান - নাপল, অপাগ্না , পুত্রের প্রভাবে মচাগী প্রভাবতগী , যত - অতুকী মতীক , ধন লন , আসি—লাকুনা , মিলে—ফংভী তত— অতুকী মতীক , বিষ্ণুপ্রীতে বিষ্ণুগী পেন্নবা , দ্বিজে- ব্রাহ্মণদা , দেন দান —দান পীথোকখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ মিশ্রদি বৈষ্ণবনী, ভগবানদা নিষ্ঠা—লৈবনী, লম্থুম-পামজবনী, পূকচল-শেংবনী, অৱাবা-থাওগনবনী, লন্ ভোগ তৌদুনা মুংঙাইনীঙায়গী রা চংলমজবনী। মচা অমগী প্রভাবতগী ধন লাকুনা ফংথিবা পুন্নমক্তো শ্রীবিষ্ণুগী পেন্নবা হায়দুনা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌথোকখি ।

মূল ১২০

লগ্ন গণি হর্ষমতি   নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী
গুপ্তে কিছু কহিল মিশ্রেরে— ।
মহাপুরুষের চিহ্ন   লগ্ন অঙ্গে ভিন্ন ভিন্ন
দেখি এই তারিবে সংসারে । ১২০ ।

শব্দার্থ

লগ্ন পোকপগী লগ্ন গণি—তোংলগা , হর্ষমতি—হরাওরম্মী ; নীলাম্বর চক্রবর্ত্তী—শচীদেবীগী মপাবু , গুপ্তে—লোম্না কিছু—রা খরা ; কহিল—হায়খি , মিশ্রেরে—মিশ্রদা , মহাপুরুষের—মহাপুরুষগী , চিহ্ন —খুদম , লগ্ন—নপুনা লৈ , অঙ্গে—অঙাওগী অঙ্গদা ভিন্ন-ভিন্ন— তোঙান-তোঙানবা ; দেখি—উই , এই—মসিনা ( অঙাওসিনা ) , তারিবে —লানবিগনী , সংসারে—জগৎপু ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা অঙাও পোকপগী লগ্ন তোংদুনা যেংবদা হরাওবম্মী অদুগা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রদা লোম্না রা খরা হায়রম্মী—"অঙাওগী হকচাঙদা মহাপুরুষগী তোঙান্-তোঙানবা চিহ্ন নপুনা লৈবা উই ; অঙাওসিনা জগৎ লানবিগদৌরি ।

মূল ১২১

ঐছে প্রভু শচীঘরে কৃপায় কৈল অবতারে
যেই ইহা করয়ে শ্রবণ।
গৌর প্রভু দয়াময় তাঁরে হয়েন সদয়
সেই পায় তাঁহার চরণ ॥ ১২১ ॥

শব্দার্থ

ঐছে—মতৌ অসূম্না, প্রভু—মহাপ্রভুন, শচীঘরে—শ্রীশচীদেবীগী সঙ্গাইদা, কৃপায়—চানবিচুনা; কৈল অবতারে—অবতার তৌবিয়ে, যেই—মহাক অচুনা ইহা—মসি, করয়ে শ্রবণ—মনাকোওনা তারে, গৌর শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু—ইবুংঙো দয়াময়—থৌজাল-হৈবা; তাঁরে—মহাকপু, হয়েন সদয় নুংশিবী, সেই—মহাক্না, পায়—ফংঙী, তাঁহার—মহাকী; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না মহাপ্রভুনা চানবিচুনা শচীদেবীগী সঙ্গাইদা অবতার তৌবিখি। থাকমসিবু মনাকোওনা তাজরবা মহাক অচুবু থৌজাল-হৈবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা নুংশিবী, মহাক অদুনা শ্রীমন মহাপ্রভুগী চরণ ফংজেয়ে।

মূল ১২২

পাইয়া মানুষজন্ম যে না শুনে গৌরগুণ
হেন জন্ম তার ব্যর্থ হৈল।
পাইয়া অমৃতধুনী পিয়ে বিষগর্ত্তপানী
জন্মিয়া সে কেনে নাহি মৈল ॥ ১২২ ॥

শব্দার্থ

পাইয়া—ফংলগা; মানুষজন্ম—মীওইবগী মপোক; যে—মহাক অচুনা; না শুনে—মনাকোওনা তাজবা; গৌরগুণ—গৌরগী মগুণ, হেন অদুগুম্বা জন্ম—মপোক; তার—মহাকী; ব্যর্থ—অরেম্বা; হৈল—ওইরে;

পাইয়া—ফংলগা ; অমৃতধুনী—অমৃতগী তুরেল ; পিয়ে—থকয়ি, বিষগর্ত্ত—হূগী কোম, পানী—ঈশীঙ, ( বিষগর্ত্তপানী—হূগী কোমগী ঈশীঙ ), জন্মিয়া—পোক্লগা ; সে—মহাক্না, কোন—করিগীনো নাহি মৈল—শিত্রিবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ম.ঙইবগী মপোক ফংলগা গৌরগী পুক মনাকোঙনা তাত্রবা মী মাগী অচুম্বা মপোক্তি অরেব্দা মাঙলেদে । অমৃতগী তুরেল ফংলগা হূগী কোমদগী ঈশীঙ থকপা মহা কুদি পোক্লগা শত্রিবা করিগীনো ?

মুল ।১৩

শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ আচার্য্য অদ্বৈতচন্দ্র
স্বরূপ রূপ রঘুনাথদাস ।
ইহ' সভার শ্রীচরণ শিরে বন্দি নিজধন
জন্মলীলা গাইল কৃষ্ণদাস ।। ১২৩ ।।

শব্দার্থ

শ্রীচৈতন্য—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, নত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, আচার্য্য অদ্বৈতচন্দ্র—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, স্বরূপ—শ্রীস্বরূপদামোদর, রূপ—শ্রীরূপ গোস্বামী ; রঘুনাথদাস—শ্রীরঘুনাথ দাস, ইহা সভার—মখোয় পূম্বসিগী, শ্রীচরণ—খোঙ, শিরে—কোক্তা, বন্দি—খুরুমজহুনা ; জন্মলীলা—গৌর পোকপগী লীলা গাইল—শকচরি, কৃষ্ণদাস—শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু, শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য, শ্রীস্বরূপ-দামোদর, শ্রীরূপ গোস্বামী, শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামী—মখোয় পূম্বমক্তিগী শ্রীচরণন্থ ইরন ওইনা কোকথক্তা হাপ্লগা খুরুমজহুনা কৃষ্ণদাস ঐহাক্না শ্রীমন্ মহাপ্রভুগী জন্মলীলা শকচরি ।

ইতি শ্রীচৈত[illegible]মৃতে আদিখণ্ডে জন্মমহোৎসব-বর্ণনং নাম ত্রয়ো[illegible] পরিচ্ছেদঃ । ১৩ ।

